# ঙাঙ্কী মচা ঙাক ওরোঙ্কী মচা ওরোক

লমাবম বীরমণি



ভী আই পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল

KWAKKI MACHA KWAK
UROKKI MACHA UROK
a Collection of 12 short stories
By : Lamabam Viramani
V. I. Publications, Imphal.

নিপালগুবা
ভী, আই পব্লিকেসন

কুমারী লমাবম সত্যবতি দেবীনা
ভী, আই পব্লিকেসন্স ইম্ফালগীদমক
অম্বীকা প্রেস, ইম্ফালদা নমলগা
মার্চ্চ, ১৯৮৮ দা ইম্ফালদা ফোঙবা, অহানবা খূৎনম।
অনীশুবা খূৎনম : ইং ১৯৯৩

মখুম য়েকপা : রাজকুমার জয়কুমার




# য়াওরিবা ৱারী মচাশিং

চহী তরেত ফোঙবা ঙমলুদ্রবা মতুংদা ম্নারী মচা ১২ থক য়াওবা লাইরিক অসি হন্দক্কী চহী অসিদা পুথোকচরি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ম্নারী মচা পুম্নমক মণিপুরগী সাহিত্যগী চেফোঙশিং—সাহিত্য, ম্নাখল, ঋতু, মালেম অমস্থুং অকাসবানি ইম্ফালদা ফোঙথ্রবা ঙাক্তনি। লাইরিক অসি ফোঙনবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা শেল ওইনা লুপা ৯০০ থক মতেং পাংবিরকই। মসিগীদমক তৌবিমল থঙবা উৎচরি। লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা মাইকৈ কয়াদগী মতেং পাংবিরকপা মরুপ মপাংশিং পুম্নমকপু থাগৎচরি। রাজকুমার জয়কুমারনা লাইরিক অসিগী মথুম য়েকপীবগীদমক্তসু থাগৎচরি। চিল্লবা মতমদা লাইরিক অসি নম্বগী পোৎলুম পুবিখিবা অম্বীকা প্রেসপুসু তৌবিমল থঙবা উৎচরি।

মার্চ্চ, ১৯৮৮ অইবা।

---

কাক্কী মচা কাক উরোক্কী মচা উরোক, ম্নারীমচা তরানিথোই য়াওবা ছাপা তৌহ্নুনা ফোঙবা ঐগী অহুমশুবা লাইরিক্নি। অহানবা খূৎনম ইং ১৯৮৮ দা পুথোকখি। মতম থরা লাইরিক অসি ফংলুদ্রে। মুংশিবিবা মীওই অমা অনীনা লাইরিক অসি করি করিগুম্বদা হংবিরকই। মখোয়দা লাইরিক ফংহনবা ঙমদবগী মুংঙাই-তহ্নুনা লৈরিক্কৈদা পব্লিক বুক ষ্টোরগী ইয়াম্বা শ্রীএন, প্রীয়োকুমারনা থৌনা পীবিবদগী লাইরিক অসিগী অনীশুবা খূৎনম পুথোকপা ঙমজবনি। ইয়াম্বা অসিগী লমন শিংবা ঙম্নরোই। খূৎনম অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা ছাপা তৌবগী থৌগাই পুম্বা পুবিখিবা অম্বীকা প্রেসকী ইচিন-ইনাও পুম্নমকপুসু তৌবিমল থঙবা উৎচরি।

নভেম্বর, ১৯৯৩ অইবা

# ৱাহৌদোক : বীরমণিগী ৱারীমচা

লমাবম বীরমণিবু ( পোঃ ১৯৫২ ) 'পিকনিক পিকনিক' ইবা হায়না খঙনৈ। লাইরিক ওইনা ফোঙদ্রিবৈদা ( ফোঙবাঃ ১৯৮০ ) ৱারীমচা অসি য়াম্না মমিং চৎখি। মণিপুরী ৱারীমচাগী ঈচেন্দা অনৌবা থুংই অমসুং মহাও পীবা ঙস্বা ৱারীমচা ওইনা শীংথানখি। ৱারীমচাসিদা বীরমণিনা মীওইবগী মপাম্থোংগী মরীসিগী মরুমদা লৈরিবা মুংগী ওইবা মশক অমা পুথোক্লকই। অইবনা তত্তনা থেংনরিবা সহরগী পুন্সি, ওফিসদা থবক-ইনথাং তৌরিবা, লাইরিক-লাইশু হৈরবনি হায়না লৌনরবা মীওই কাঙবু—মখোয়গী অনৌবা মীৎয়েংদা য়াউরিবা হন্থবা মীৎয়েং, ঈরাংদা ইতাউ-তাউবা, মনুং-লুপথদবা পুন্সি অমসুং মসিগা শাগোন্নরিবা মীন্নুংশি মাঙথরক্লবা মীৎয়েংগী মশক অমা সিম্বোলিক অমসুং লিরিকেল ওইনা উৎলি। লায়রবগী অৱাবা অমসুং মীওইবগী মীন্নুংশিবু মমল য়াউদ্রবা শান্ন—কুম্মৈ ওইনা সিম্বোলিক ওইনা উৎলকপা অসি, হৌজিক্কী পুন্সিদা অহোংবা মশক অমা ওইনা লাক্লিবা, পুন্সিবু য়াম্না কোমথোক্লা য়েংবা অনৌবা মীৎয়েংগী মশক অমনি। লায়রবা মচিন-মাউ অনীগী মরী অমসুং মুংশিববু পৈশাগী ময়ায়না শুমহৎ-খিহুনা ঈ থোকপামখৈ থরো থরো ওন্দুদা মুক্লা শান্নহন্‌বা হিংবগী মুক্লা অমসুং হিংবগী ঈশৈ, অতুগা অমরোমদা পিকনিক লাকপা, মু

ঙাউরবা বেঙ্ককী কর্ম্মচারীশিংগী ঈরাং-ঈশৈ—মসিনা উৎলি মীওইবগী মমল মাঙথরক্লবা পুন্সিগী মশক অমম্সুং ফিবম অমা। অরাবা মুংগী ফিবম উৎনবা হোৎনবদা য়াম্নসু লিরিকেল ওইরকই— "পুম্লিল নিল্লি, পুমলাঙ্ লাঙ্ই চীংমায়দু। থৌজিল-থৌজিল্লগা হেনগৎলকই, থরো থরো ওল্লি চীংগী কল্লবা লৈমায়দুদা। মচী লেঙদে চীংমায়দি। লিরি শিংলি মুংশিং, উনা লেংই, মউদি লেঙদে উপালগী। য়েংথখিবদা উগনি ঙম্লবা, শুক্লবা লোক, অতাম্বদা চরাখোক্কী লৌবুক।" চরাঙ্নবা মরক্তা ঈংনা তপ্না ঈথিল পীরিবা স্থর অমনি।

মথংদা, 'চেক্লা পাইথ্রবদা' ( ১৯৮১ ; লাইরিক অসিদা খৃঃ কুঃ ১৯৮৪ গী ভারতকী সাহিত্য একাদমীগী এৱার্ড ফংখি ) ফোঙলক-পদা রোমান্টিক ওইজদুনা লৈরবা মণিপুরী ভাবোক্তা রারীসিনা অমুক শুমহৎখ্রে। কনানা হায়—রারীসে মুংশিখ্রে, পাবদা কপ্ই। লোইশিনবা য়াম্না ফজে অসিনচিংবা। ঐনা চেৎনা থাজে—রারীসিগী মপুং ওইবা চরিত্র ওইরিবা মুংশিতোম্বীগী মীমুংশি মণিপুরী সাহিত্যদা তোপতোপ্পা মশক অমনি। মনেম-মকুনা য়াদবা অমদি মপুরোইবনা হুন্দোকপীরবা, অদুগা অমুক মীহৌচাউরবা এম, এল, এ, অহলজাউনা ওফিসতা লমচৎনাইদবী, ওক্তবী তাহন্দুনা থবক মচা অমা তৌজরম্বদগী তোক্হল্লক্লবা, নিপা হায়বা জাৎ অসিবু তুক্কচরবা অমদি থাজবা ঙমদ্রবা, নোংমা ইথঙ থঙহৌদনা মহাক্কী মামাবু থাদোক্লমদুনা দিমাপুরদা ওক্তবী ওইনা রেবিকা হায়না মমিং ওন্দুনা লাকখিবী লৈথা তারবী মুপী অমনি

মুংশিতোম্বী। মুংশিতোম্বীনা মীশোন, মীচেন ইবোতোম্বী থেংনখি। মুংশিতোম্বীনা ইবোতোম্বীবু মাগী হিংবদা মুংঙাইনবা, "নুপানা শেম্বা সমাজসিদা হিংবদা অপন্বা লৈতবা," মপাম্বোংদা মাগী মপুরোইবা শাননবা মরুম্বী অমা ওইনা থমখি। অদুবু ইবোতোম্বীগী নুপী অমসুং মচানা মাবু খোৱাংনা ঙাইদুনা লৈরি হায়বসি খঙলকপদা মুংশিতোম্বীদা হায়কম খঙদ্রবা মীনুংশি অমা ফাওরকখি। মাগী পূমকোক কোল্লবা পুন্সিসিদা অনৌবা য়েনিং চোংখৎলকখি। "পুন্সিগী অরোইবা য়েনিংনি। অমুক খুইথ-হল্লরোই।" মুংশিতোম্বীগী অচেৎপা ফিরেপ্পি—"ঐগী কাং-খোঙ্ চাইরবা পুন্সিগী ফিভম অসি কনাগুম্বা অমদা তাগদবা লৈরবদি মদু ঐ খাঙদুনা লৈথোকপা ঙমলোই।" থম্মোয়বু থম্মোয় অমনা মশক খঙলকপনি। ওক্তবী মুংশিতোম্বীসু থম্মোয় পাল্লি—নুপীগী থম্মোয়দি নুপীতনা খঙই। অসিগুম্বা অকনবা মীনুংশি অমনা ইন্শিল্লকপা অচেৎপা থম্মোয়গী অশেংবা ফিরেপ অমগা লোয়ননা মুংশিতোম্বীনা ইবোতোম্বীবু ফজনা থাদোকখি। মীনুংশি য়াওদ্রবা থম্মোয়নি হায়না খন্দুনা লৈরুরবা নিপাগী থম্মোয়দা মীনুংশিগী তাঙলবা মশক অমা পোক্লক্লবা মতমদা অতোপ্পা মীনুংশিগীদমক্তা মাগী মুংশিববু থাদোকখিবা অসি অইবনা মুংশি-তোম্বীদা শাগৎপা নুপী ওইবগী থম্মোয়গী মশক অমা তাক্লিবা ফজরবা খুৎশেম অমনি। মসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা লৈরিবা মুংশিবগী শক্লোন পুবা অভৈ নুপীশিংদগী তোখাইনা লেপ্পুনা লৈরি। কমলগী মাধবী ('মাধবী'), শ্রীবীরেনগী কবোক্লে

( অকংবা লৈ ), বিনোদিনীগী তম্পাক ( য়ুমগী মুপী ) অসিনচিংবা মুপীশিং অসিদগী বীরমণিগী মুংশিতোম্বীগী মীনুংশিনা তোথাইনা তারি। মারী অসি মুপী অমগী থম্মোয় কায়রবা, মুংশিবনা থল্লবা মারীমচা অমনি।

মথক্তা পনখ্রিবা মারীমচা অনী অসি বীরমণিগী লাইরিক অমমম্‌দগী লৌথোক্লকপা খেল্লরবা মারী মচা অমমম্‌নি। মারীমচা অনী অসিনা বীরমণিগী মপূম ওইবা মশক তাকপদি নত্তে। অহানবগী মারীমচা 'পিকনিক পিকনিক' অসিদা মপুংওইনা খুৎই অমস্তুং খুৎলাম্থোক্নী মায়কৈদা অনৌবা ষ্টাইল অমা চাংয়েং তৌবনি। ( মসিগা লোয়ননা হূইগী রচনা, হনুবা অমস্তুং য়োংয়াম, উচিশিংগী পুন্সি, লম্বী, উন হেন্না তাথরক্লি, মীথুংশঙ, অসিনচিংবা অসিদা এরিগোরিকেল, সিম্বোলিক, সেটারিকেল ওইবা খুৎইগী চাং-য়েংনি। ) অকোনবগী অসিনা রোমান্তিক ওইরবা পরম্পরাদা শাগৎপা, মতমগী পুন্সি-মহিংগী ঈরাং য়াউরবা, মুপা-মুপীগী লৈনরিবা মরীদা মুপীগী থম্মোয়মুংগীত ওইবা মুপীগী থম্মোয় অমা ফজথ্রবা মীনুংশি অমনা য়োমশিন্দুনা উৎলকপনি। ("লৈদ লৈগুম থোংনৌরবা মুপীগী থম্মোয় অসি কয়াদা হৈনা লোং-শিল্লমল্লিবা!") অতুবু, বীরমণি মশক তাক্লিবা মারীমচাশিংদি— হৌজিক্কী হিংবগী পুন্সিগী লানফমদা মানা খাঙলিবা, হিংবদা মারবা তোল্ল-তারবা মীচমগী পুন্সি, থোইনা শেমজিন-শাজিনবা মানদ্রবা থৌদোক অমস্তুং পুন্সিগী ফিবম য়েক্লকপা মারীমচাশিংনি। অসিগুম্বা মারীমচাশিংদা মতমগী অশেংবা পুন্সি-শক্তমবু য়াম্না

রিয়্যালিষ্টিক ওইনা য়েকপা ঙমই অমসুং অপাবশিংদা মতমসিগী ওইবা সোসিয়েল রিয়্যালিটি অমা ময়েকশেংনা উহনবা ঙমই।

অসুক্কী মতিক অচম্বা মীওই ওইরগা, অসুক্কী মতিক অচম্বা থৌদোক অমসুং রারী ওইরগা বীরমণিগী রারীমচাগী ফজবা মশক হেন্না হেন্না চোংথোক্লকপা হেল্লি। অসিগুম্বা রারীমচাশিং অসিদা য়েক্লিবা চরিত্রশিং অসি অফ-নুংঙাই, অচৌ-অশাং অমত্তা নত্তে—লায়রবা, হিংননবগীদমক থবক শুজ-নোমজবা, তোল্ল-তারবা, নৈহৎ-পীরবা, গতি-লৈত্রবা; অরানবা নিয়ম অমসুং অরানবা শক্তি, চৎনবী কয়াদা রানা হাইনা হুম্না খাঙলিবা; আশা, পামজবা মঙ হন্না হন্না কায়রবা, মচেৎ-মচেৎ তারবা মীওইশিং ঙাক্তনি। খুদম ওইনা পনবা তারবদা—পিকনিক পিকনিক লাইরিকসিদা য়াউরিবা রারীমচাশিং:— 'পিকনিক পিকনিক' (ঙরাংদগী চাক চারক্লিবা, কাংচুপ্তা পিকনিক লাকপা কাঙবুদা শীং য়োল্দুনা, অরেম-অথাক চাহুনা হিংজবা মচিন-মনাউ); হূইগী রচনা, (মপুরোইবা শেৎনরবী, মশা শোল্লবী, কনা লৈজদ্রবী, মদোম হিংনবা হোৎন-জরিবা, মথাদগী মচা মুনবিগ্রবী মমা); 'হনুবা অমসুং য়োংয়াম' (মরাইবক থিরবী, পুন্সিগী নুংঙাইবা ফংজদ্রবী, শারমচৎ চৎলু য়াদবদগী য়োংয়াম্না হাংখিবা ফিদক য়োনবী লৈহাউ); 'লাই লম-থোকপা' (লায়রবী থামচা, মতুমচা থাক্তনি খঙদবা য়ু ঙাউবা মরা, লৌবুক্তা লৌ শুরিবী লাই হরাউবগী ঈরাং চঙদনা); 'খুৎশুমল' (লায়রবা লৌমী য়াইমা, মচান্নুপী লুহোংজগে খনজবা ঙমদবা); 'রাহং, (গতি লৈত্রবা লাইরবা মমা-মচা, থবক ফংদ্রবা, তৌফম

খঙদ্রবা নহা, চা থক্লিংঙাই অমসুং থুম থাক্লিংঙাই ফাউবা লৈতবা লায়রবা ইমুং ) ; 'নাহেখোল' ( সরকারগী চেং য়োনফমদগী চেং লৌরগা মতু অমুক তুকান অমদা য়োম্হোক্লগা মতুদগী ফংলকপা শেন্দোং অতুনা চেং নক্লগা য়াম খরা হোঙবতু রাল্লগা নোংমগী চরা নোংখম্নগদৌরিবা লায়রবা ইমুং—ইবোতোম্বী অমসুং হজিরা শুবী মমা অতুগা হৌগৎ-কাঙখৎপা ঙমদ্রবা মপা ) ; 'তকখাইরকপা' ( হাজিরা শুবী থম্বাল, অনাবা মপুরোইবা অমসুং মচাশিং থাক্লিবা থম্বাল ) ; 'চেক্লা পাইখ্রবদা' য়াউরিবশিং :— 'মণি মতুম' ( শিবগী মতম ঙাইতুনা লৈরবা অনাবা মচা অতুগা হা চাতুনা হিংলিবা গতি লৈত্রবা, লায়রবা মতৈ-মনাউ ) ; 'অসুম্না পুন্সিদা' ( মেম সাহেব সখীগী রিক্সা থৌবা পাঙ্গন ) ; 'কাক মচা' দা য়াউরিবা - ( 'অযুক অমসুং নুমিদাং' নালা শেংতুনা পুন্সি হিংলিবা শঙ্কর অমসুং আনন্দ) ; 'লিম্হোইঙম্বী' ( বাজারদা, সিনেমা হোলদা অচোপ-অরেম খঙদনা ব্লেক মার্কেট তৌরিবী নুপীশিং ) : 'কাক্কী মচা কাক উরোক্কী মচা উরোক' ( লুখ্রাবী থবি য়োনবী ইবেনী ) অসিনচিংবা কয়া। মখোয় অয়াম্বা হোৎনবা কল্লি, পুন্সিগী লানফমদা কন্না হিংনবা লাম্হৈংনৈ। অতুবু, মখোয় অরাবা নংই, তত্তনা দষা তাই। লেঙ্ল-লেঙ্লগা পুংথবা খোঙফমদা লেপ্পা গতি লৈত্রবা মীওই ঙাক্তনি।

লৈত-লায়র, অরা–অনা, উপায় লৈত্রবা অরা-ফিবম অমসুং পুন্সিগী মরমদা রারীমচা ইবসি বীরমণি মতোমত নত্তে। সমস্যা অসি অতৈ মতমসিগী রারীমচা ইবশিংগীসু য়াম্না খোয়দাজরবা হীরম্নি। কুঞ্জমোহনগী 'ইলিশা অমগী মহাও'. 'তাতোম্বা,' 'রাখল

হোংবা'; প্রকাশকী 'পুথি মচা'; রাজনীকান্তগী 'ডাক্তরদা লাই-য়েংবা,' 'মীনাই তোম্বা'; শ্রীবীরেনগী 'য়াউশং মৈথাবা'; নীলবীর শাস্ত্রীগী 'তোম্বা'; গুণগী 'সরকারগী চাকরী'; শরতচন্দ্র নোং-থোম্বমগী 'শেন্দোহি' অমদি অতৈ রারীমচা কয়ানি মসিগী তোথার তোথায়রবা পুন্সিগী মশক উত্তুনা ইবা রারীশিং। অদুবু, অরা-অনাগী পুন্সি উৎপগী মতাংদা বীরমণিগী রারীমচাশিংগা অতৈগীগা খেন্নবা লৈ। অতৈ রারীমচা ইবশিংনা—মপাম্থোংগী অরা-অনা উৎনবা হোৎনবদা হেন্না পুক্নিং থমই। মহু য়েক্লবা হোৎনবদা হেন্না মান্নবা হোৎনৈ, ময়েক শেংনবা হোৎনৈ অদুগা য়াম্না ওবজেক্-টিব ওইনা অরাবা পুন্সি অদু মাঙদা শং শং উহন্নবা; লাক্লে। শম্না হায়রবদা, মপাম্থোংগী খুৎয়েত্তা অরা-পুন্সি অমা মান্নবা উৎপনি। তোইগুম্বসুং বীরমণিগী অরা-রারীশিং অসিদদি য়াম্না মনুং হুনজিন্না লৈরবা মীমুংশিগী মীৎয়েং অমা ( a deep human sympathy ) ঈরোয়নরি। মসিগা লোয়ননা য়াম্না অর্থ চেল্লবা পুন্সিগী মীৎয়েং অমসু ফোঙদোক্লুনা উৎনবা হোৎনরি। অদুনা, হেন্না লুথবা, হেন্না মনুং হুনজিনবা মীৎয়েং অমা য়াউবনা মাগী অরা-রারীশিং অসি হৌজিক্কী পুন্সিগী হিংবগী ফিবম উৎলকপা ওম্বা কলাগী খুৎশেম ওইরি।

বীরমণিনা পুন্সিদা য়েংলিবা মীৎয়েং অসি মুংঙাইবা নত্তে—অরাবনি। ( হৌজিক মতমগী সাহিত্যদা লৈরিবা 'মোর্দন রিয়্যালিটি'গী মশক অমনা অমম্বা অমসুং আশা য়াউদ্রবা রিয়্যা-লিটিগী মশক অসিনি ) বীরমণিগী চরিত্র অয়াম্বা পুন্সিগী

খুদোংথিবা কয়া মায়য়োক্লতুনা লাম্থেংনহল্লি, পুন্সিবু অঙম্বা শক্তিদা মায়রোং য়াতুনা লেপহল্লি। তৌইগুম্বসুং লাম্থেংনবদা মায় পাকপদি নত্তে—লাম্থেংনবনি, অস্থুম লাম্থেংনবনি। লাম্থেং-নবসি পুন্সিনি, পুন্সি হায়বসিস্থু লাম্থেংনবনি পুন্সি অমা হিংলি তাক্লবা। মরমদি হৌজিক্কী পুন্সিনা লানঙম্ ফিরাল খেতুনা মায় পাকপা হায়বতুদি ওইথোক্তে। মসিগী মরমদি, হৌজিক্কী তোল্লবা, লায়রবা, গতি লৈত্রবা, মীচঙ, লৈজদ্রবা মীওইশিং অসি অরানবনা থল্লবা সমাজ অমদা হিংলি। পুন্সিগী নাক-য়েত্তা অরানবা, অশোয়বা, চুংশিন্নবা য়াদ্রবা, শক্তি পায়বা, অশেংবা নত্তবা তৌশিন্নবা, ওইদবা কয়াগী লাং থাক্লুনা লৈরি। অতুনা মখোয় গতি লৈতে, নীংবা কায়, আশাগী মঙাল উদে, হোৎনরুবা পুম্নমক অরেম্বদা তাই। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা পুন্সিদা করম্না মায় পাকপা ঙমগনি! অতুনা মখোয়গীদি মাম্লখিবনি, ইকাইবা নংবনি, মীনা লাকচখিবনি, মীনা ৎৎ-নৈবিবনি, থিনা চৈবিবনি, হম্বনা য়েংবিবনি, তুহৎপীবনি, করেম্নবিবনি, খুদোংচাবা লৌবিবনি —মসিনা মখোয়গী হিংবগী মমল ওইরি।

অসিগুম্বা ফিবম অসিদা অইবনা হংলকই পুন্সিগী অরুবা ৱাহং কয়া। মীমান্নদ্রবা তাইবঙমীশিং অসিগী অৱা-পুন্সি মরুমদা মুংগী ওইবা ৱাহং কয়া থোক্লকই—মখোয়গী লাইবক, মখোয়গী বিধাতা, মখোয়গী নোংদম্বা থিরকই। মখোয়গী ফিবম অমসুং পুন্সি অসিগী অর্থ থিরকই। মসি ৱাহং নত্তে—মতমগী পুন্সিগী পাউখোংনি। মসিগী পাউখুম লৈতে অতুগা ব্যাখ্যা

তৌবস্নু ওইথোক্কে। মরমদি পুন্সি হায়বসি পাউখোংনি—খণ্ডবা ঙমদ্রবা পাউখোংগী লীলা শক্লোন অমনি। মসিগী মমুং হুনজিনবা পাউখোংগী মশক ওইরবা মতমগী পুন্সি শক্লোন অমা মাগী ব্রারীমচাশিং অসিদা ফুমহুনা উৎপা থেংনৈ। ব্রাফমসি মাগী ব্রারীমচাশিং নৈনরগা খঙবা ঙমই। 'পিকনিক পিকনিক' হায়বা ব্রারীমচা অসিদা অইবনা মরুওইনা লায়রবা মচিন-মনাউগী মপাম্থোংগী ওইবা অরা-পুন্সি য়েক্লবা হোৎনবা নত্তে—মখোয়গী অরা-পুন্সিদা করেম্নবিরিবা মীৎয়েং অহু পুখোকপনি। মচিন-মনাউ অনী অসি শীং য়োনজহুনা ব্রানা হিংনবা হোৎনরিবা তোল্লবা মীশকশিংনি। অহুবু, মখোয়বু মী ওইনা উবিদে—থম্মোয় পান্দবা সার্কসকী কুম্মৈশাঙ্গুম উবি। অসিগুম্বা সমাজ-সিগী করেম্নবা, তোম্বা মীৎয়েংদা মখোয়না ব্রানা খাঙলি—ষন রাইনহুনা ঈহিং নাহিং শাবমথৈ। 'হন্নুবা অমস্নুং য়োংয়াম'দা তোল্লবা মণ্ডু-মবেনগী অরা-ব্রারী অমা ফুঙ্গাব্রারীগী হন্নুবা-হন্নুবী পান থাবগা চাংদম্নহুনা সিম্বোলিক ওইনা উৎলি। মণ্ডুহুগী মপাহু চেক চনখনি। অশেংবা পাউ খঙদনা চেক নীংখাইবদা শিগ্রে হায় মানা চহী ৮ শুবদা। মমা লায়রবী লুপ্রাবীনা কন্না হিংননবা হোৎনৈ কৈথেন্দা ফিদক য়োন্দুনা। হল্লকপদা য়োংয়াম্না শার-মচৎ চৎলু য়াদবদগী ইজ্জৎ মাংহনবিরগা মচেৎ মচেৎ শেক্তুনা, হোগাই হোগাইহুনা হাৎতোক্লগা হুন্দোকপীরমই। অরা-ব্রারী অসিগী মরমদা বীরমণিনা উৎলি—সমাজনা তুহৎপীরবা লুপ্রা ওইরবী মুপী অমা। বীরমণিনা হায়নিংলিবদি—"শাগৈ ঙাই লৈজদবা, মীচং লৈজদবা, ইচা-ইমৌ লৈজদবা, ইবুধি-ঈরৌশিং

য়োম্বোক্লগা শেন্দোংহুনা চাগদৌরিবনি। অহুগা মমানা হাজিরা শূবা চংকদৌরিবনি। অনাবা মপানা য়ূম শঙ্হৌবা। মী য়ামথ্রে, চেঙ্ ফংদ্রে। অহুবু, খঙন-চান্নবশিংদদি মহাজন্না লোম্না-লোম্না অস্লুম পীখিবহু ইবোতোম্বীনা উই। তৌরিবা ঈরাংশিং অহু পীক্লিবা অঙাংমচাসিগী মীত্তদি উরি। "পুম্নমক্কু মাবু লক্লবগুম উই। পুম্নমক্কা খঙই—হুকান্দারনা করম্না চেঙ্ য়েনবা, সরকারদগী করম্না লৌরকপা। অহুবু, মহাজন্না অহেনবা মমলদা চেঙ্ থারবস্লু মখোয়গী চাকথুং পীবিদ্রবস্লু, রাংনবু পীরবস্লু, কনাস্লু হায়রুবা ঙমদে। -- লায়রবা খুঙ্গংনি, কনা থোক্লক্কনি। অহুনা, উরবস্লু উদে, খঙলবস্লু খঙদে। মসিদা ইবোতোম্বীগুম্বা অঙাং অমনা করি তৌবা ঙমগনি। অহুধু, পুম্নমক্কু উরুই।" থিংবা ঙমদ্রবা অশাউবা অমনা নুংহুম মচা অমা খুল্লগা থারকপনি। অঙাং ওইরিবা ইবো-তোম্বীনা লিংজেন পান্না, নিপা থোক্লা অরানবা থৌওংহু শীংনৈ মানা ঙম্বা শক্তিদা। অহুবু মহাক মায় পাকপদি নত্তে—মায়থিথি। মাগী শীংনবা মচা অহু পীকথ্রবা ঈপোম মচা অমগুম্না করিগুম্বা নোংলৈন্নুংশিং অমত্তা হৌহনবা ঙমদনা তুমিন্না অহুম মাংখি। মাবু ফুবিরমই, মমানস্লু কম্ভি থোক্লা ফুরমই। "অহুবু, মমাগী মমীং অনীগী পি অহুদি খাম্বা নাইদনা শিম্থরি।" ইবোতোম্বীগী মমানা শিম্থরিবা পি, হাজিরা শুবী থম্বালগী মপুরোইবনা শিম্থরিবা পিরাং, লৌউবা য়াইমনা অকাম্বা রাহৈনা লাউরিবা—"থোরাইমচাগী নোং, থোরাইমচাগী নোং," লায়রবা মচিন-মনাউদা থৌজিল্লিবা—"অমুবা চুই/অঙৌবা চুই/চুই চুই চুই চুই।," অচাপানবু লমপান ওইহন-

খিবগী তেংথাখোল—পূম্নমক অসি পুন্সিগী লাম্থেংদা মায়থিবগী থূদমনি, মায়থিবগী তমথিরবা নাহেখোন ঙাক্কনি।

"ব্লাহং" দদি অব্রাবা পুন্সিগী ফিভম অসিদা মুংগী ওইবা হকচিন্‌বা ব্লাহং কয়া হংলি। মপাম্থোংগী অব্রাবা শক্তম উৎপগী মহুত্তা মুংগী ওইবা ব্লাহং, পল্লেপকম ফংদ্রবা ফলগীদমক্তা হেন্না লাংতক্লবা, নীংবা কায়বা উৎলি। য়ুম নোং য়ুব্রবা, থুমকাউ থাক্লিং-ঙাই লৈত্রবা, মমা লুপ্লাবী হন্নুবীনা য়েনশাং নাপী য়োন্দুন। লাইরিক হৈব্রবা, য়ুনিভর্সিটিগী সার্টিফিকেট পায়রবা মচাবু ব্লানা থাক্লি। লাইরৈ, মীচঙ লৈজদে, থবক ফংদে। ফিবমসিদা কাহেন্না নীংবা কায়রকই—"ঐগী আশা করি। ঙাইরি করি খঙদনা, ঙাইরি মসি নত্তা ? অহিংবা শাহুনা চংলি, মীয়াম্না চৎনবা পাউনা রোডকী অচিনবা মরক্তা, মসিদগী হেনবা করি লৈরি।" অদুনা, মঙাল য়াউদ্রবা মাগী মমিত্তা উরকই ( লৌমী য়াইমানা মচাম্নুপী লুহোংবা মঙদা উবগুম)—মাগুম্বা নাতৈ চাদ্রবা মীশকশিং ঙাক্তা, (উহল্লিবা, থেংনহল্লিবা থৌদোক থরসি ফজে)—হূরানবা অমনা নমথাক তৌবিরম্নবা লানজদ্রবা, পঙজরবা হন্নুবা অমা থেংনৈ। মহাক শগোল হব্রাই য়োল্লগা মচন মুপীগী জোইপুর অমতংগা য়োৎপাক অমগা লৈজগে হায়দুনা ইম্ফালদা কারকপনি। মশক খঙদবা হূরানবা অমনা পোৎ অমা পীশিল্লম্নগা চেনখি, মাবু হূরানবা তাহনখি। পুলিসনা ফাহুনা অহীং অমা নমথিরবা কাদা থমখি। "হূরানববু হিংগ্রেদনা, পঙজবগী হন্নুবদু চৈরাক ফংহৌই।" অস্নুম্না থেংনৈ পৈশা নিবা, বরফ য়োনবা কয়া কয়া। বীরমণিনা হায়—"চৈফমতনা পুন্সিসি পীক থল্লে। চৈফমশিং অদো ঐঙোন্দদি

ৱাহংনি। খল্লোই য়াদে ৱাহং অমগী মথঙদা অমা।" তশেংবমক, নীংবা কায়রবা স্নুর অমস্নুং ৱাহংতা ঙাইরবা পুন্সিগী শক্তম অমনি।

অৱা-অনাগী ৱারীশিং য়েকপদা পুন্সিগী য়াম্না মগুং হুনজিনবা শক্তম অমা য়েক্লিবা ৱারীমচাদি 'অয়ুক অমস্নুং নুমিদাং' (কাকী মচা) হায়রিবা ৱারীমচা অসিনি; হৌজিক্কী পুন্সিবু তুংগী খনবা ঙম্লিব্রা? ঙমদ্রে। কয়া য়াম্না শাংনা য়েংবা ঙম্লিবগে? য়েংবা ঙমদ্রে। তুংগী করম্বা আশা, অপাম্বা কয়া তুঙশিন্দুনা থম্বা ঙম্লিবগে। থম্বা ঙমদ্রে। অতুদি করম্না হিংলি? মতম খরগী। মতম খরগীত নত্তে—নোংমগী। নোংমগীস্নু নত্তে—অয়ুক অমগী, নুমিদাং অমগী। চারা অমখত্তংগী। শুপ্নগী মীৎকুপ অমতংগী। অস্নুক পীকশিল্লবা, অস্নুক খুজিল্লবা, অস্নুক চপশিল্লবা, মুশি মুশিবা মৈরিতা ঙাইরবা মঙান্দা হিংজরি—নালা শেংবা মীশক অনীথক—শঙ্কর অমস্নুং আনন্দ। নুংতিগী শঙ্কর অমস্নুং আনন্দ নালা শেংই—অমনা নালাগী অমোংপা কোংখংলি অমনা মতুদা য়াউরকপা পোং-চৈ থি। মবান্নি দিমাপুরদগী ইম্ফালদা লাক্তুনা ভাম্না অমদা পূন্না লৈমিন্নখি। চহী মাপল মপূং ফারক্লে মফমসিদা মবান্নি লৈমিন্ন-রকপা। মবান্নি মশক খঙনদে—কনানা কনানো কদায়দগীনো। খঙলুবগীস্নু কান্নদে, অস্নুম লৈমিম্নে পাংন-শান্নবা—শিত্রিঙৈগী মতম খরা। মবান্নি মশক খঙনদবা লমলানবা অনীনি। অতুবু, লৈমিন্নখি, খঙনখি, মফম খঙদবা লমদম অমদা পূন্না লৈমিন্নরি। পীক্লবা মবান্নিগী পুন্সিগী থৌদোকস্নু য়াম্না পীকই—নোংমগী নালা শেংবা, নেপালী হুপী কায়োনবী গৌরীগী তুকান্দগী কা লৈগনি, শোংকনি,

বেরি লৈগনি, মাগা ন্নারী শাগমি, অশংবা মতমদা থবক অতৈ শুগনি। "নোংমগী চান্না নালাগী অমোংপা মরকসিদা লৈ।"

নোংমদি কাগী ভান্না লু: ৪০ পীনিংঙাই লৈত্রহুনা অরাবা ওইরে। আনন্দস্তু মখূৎ শোক্তুনা লৈরে। মবান্নিনা থরা থরা তুঙশিনজবা শেনফু য়েংবদা লু: ৩০ দমক ঙাইন্নে, কোন্নদ্রে। শঙ্করনা শেনচোইশিং অহু গৌরাদা মপূম ওম্বোকপা চৎখিবদা পৈশা অহুনা য়ু থক্তুনা হল্লক্লে। আনন্দ শাউনিংবনা খাঙবা ঙমদ্রে। য়ু ঙাউরবা শঙ্করনা আনন্দবুস্তু নমহুনা য়ু পীথক্লে। আনন্দ শাউবগা নেশাগা পাখ্রে। পীক্লবা কা মচা অহুদা হূই চীক্লবগুম চীক্লরক্লে। ফুনরে, নম্নরে। পোৎশিং ঈচাই চাইরে, ফক্লাংশিং থোক থোক নোমলে। ঈশিং হৈদোক্লে—ঈশিংনা কাহু পূমতাউ তাউরে। মশা পূম্বহুস্তু পূমতৈ তৈরে। অস্তুম্না নম্নবমখৈ নম্নরগা চোকথরহুনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লহুনা নাকন নাকন্দা তাহুনা লৈনরে। হৌগৎপা ঙম্নদ্রে। নোং ঙাল্লে। "আনন্দ য়াম্না মুংঙাইনা তুম-হৌরি। মচীন ফাউবা শেংবা নংদনা বেরচান মরেংবান্দা থোঙ্গৎলহুনা শঙ্কর হোবে হোবে কাহুদগী থোকখি।" 'পিকনিক পিকনিক'তা লায়রবা মচিন-মনাউনা ষণ ন্নাইনরি থরো থরো ওন্দুনা ঈ থোকপ-মখৈ --হিংনবা, হিংনবগী উপায় ওইনা মচিন-মনাউগী মীন্নুংশি লিপুন কাউথোক্লরহুনা। খুরবা কাসিদনা শঙ্কর অমস্তুং আনন্দ অনীনা য়ু ঙাউরহুনা হূই চীক্লবগুম ফুদৎনরি—মীন্নুংশি য়াউদনা শা-ঙাগুম। অহুগা অমুক হিংলি অহিংবা তাইবঙমীগুম। মখোয়গী হিংবগী পুন্সিদা তৎলোইদ্রবা, অচেৎপা মরী অমনা কন্না পুনশিন্দুনা নে-তানা মঙাল অমস্তুং আশা য়াউনা হিংজবা পুন্সি হায়বহুদি

ওইদ্রে। অসিগুম্বা আশা অমস্তুং মঙাল য়াউদ্রবা, নিঙবা কায়বনা থল্লবা পীক্লবা পুন্সি মচাশিং অসিদা মুংঙাইবা, ফজবা হায়বহু শাগোন্নবা ফংদে, ফজবা স্নুর তাবা ঙমদ্রে, অমম্বগী অমম্বা মশক ঙাক্তনি—শারমচং, চাবা ফংদবা, অন্নাবা অমস্তুং নীংবা কায়বা। বাংলা কবি শক্তি চট্টোপাধ্যায়গী শৈরেং মতেক অমা নীংশিংবা য়াই—"**Conscience is now circumscribed /Man is such to day that he will trample/heaped flowers under his feet and go away/To admire or to be found is out of court/today we limit ourselves to darkness—**।" ঙসিদি ঐখোয় অমম্বা মপৈদা লুপশিল্লে।

বীরমণিগী মৈতৈলুপীদা য়েংলিবা মীৎয়েং অমস্তুং হৌজিকী মতমগী লমচং মাঙথরক্লবা নুপা-নুপীগী লৈনরিবা মরী, সেক্স অমস্তুং মোরেলিটিগী মরমদা নৈনরিবা সমস্যা অসি অতৈ রারীমচা ইবশিংদগী খেন্নবা, তোঙানবা মওং অমদা য়েংবা থেংনৈ। বীরম-ণিগী নুপীদি ওক্তবী নুপী নত্তে অতুগা লমচং মাংলবী, লৈখা তারবী শারমচং চৎপী নুপীশিংস্নু ওইদে। বীরমণিনা মাগী নুপীশিং অসিদা য়াম্না নুংশিনা য়েংই। মপাম্বোংগী ঈরাং অমস্তুং থৌদোকশিং অসিগী মন্নুংদা লোত্তুনা লৈরিবা মীনুংশি, মখোয়গী গন্তি লৈত্রবা ফিবম অতু পুথোক্লবা হোৎনৈ। মাগী নুপীশিং অসিনা রারিবা, ওইরক্লিবা ফিবম পুন্নমক অসি সমাজনা থোকহনবা, সোসিয়েল সিষ্টেম অসিনা ওইহনবা, মতমগী ফিবম্না তকথায়রকপা মশক অমনি হায়না উৎলি। অসিগুম্বা তকথায়রক্লিবা ফিবমদা নুপী থোক্না লাম্বেংনহন্‌বা মরম্না মখোয়না অন্নাবা তারবা মতমদা ঐখোয়গী মীনুংশি লায়না চীংশিনবা ঙমই। অতুনা, বীরমণিগী

মুপীশিংদা ঐখোয়গী মীনুংশি ৱাম্ভে। ঐখোয়না মখোয়বু নুংশি। অমরোমদা, মাগী মুপীশিং অসি অশেংবা মৈতৈ মুপীনি। মাগী মুপীশিংনা মৱা-মপুবোইবা, মচাশিং থাক্লবা, মহৈ তম্লবা হোৎনবদা অৱা-অনা কয়া লাম্থেংনদুনা, ইকাই-ইকি খঙদবঙখৈ হিংনবগীদমক মখল-মখা কয়াগী হস্থবা, তোল্লবা থবক কয়া তৌই। মখোয় থবক কন্না শুই, নোম্বা কল্লি, পুন্সিগী লানফমদা অঙম্বা শক্তিনা মায়বোং য়াদুনা চোংখোক্লক্লিবা মুপী ঙাকুনি। মাগী মুপী অয়াম্বা অচুম-অরানগী ৱাখল য়াম্না চেল্লি, বুদ্ধি লৈ, অফ-ফত্ত নাইনা চৎলি, ইজ্জৎ ঙাকচবা পামজৈ। মথক্তা হায়রিবা ৱাফমসি মাগী মুপীশিংগী লমচৎ নৈনরগা খঙবা ঙমই।

ওক্তবী মুংশিতোম্বীবু (চেক্লা পাইথ্রবদা) ঐখোয়না মুংশিবা ঙমই। ফিবম্না, মতম্না, হিংদবা য়াদবদগী মহাক ওক্তবী মুপী ওইখি, লৈখা তাখি। অদুবু, মাগী থম্মোয়দা লৈরিবা মীনুংশিদি য়াম্না চাউই। মাগী থম্মোয়গী অরুবা মরেপ ঐখোয়না ওন্‌বা ৱানা থোক্কনি। মহাক ওক্তবীনি হায়বসি কাউবকই। (শরতচন্দ্রগী মুপীগী চরিত্রগা নকশিন্নরকই।) থম্বাল (তকখায়রকপা) হাজিরা শুবী মুপীনি। অনাবা মপুরোইবা অমদি মচাশিং থাক্লবা নোংমদা লুঃ ৫ দং ফংদুনা ৱানা থবক শুই। করামচাউবা মোহ-ৱীনা মীৎয়েং চঙশিল্লকই, খুদোংচাবা লৌগদবগী হোৎনরকই। অদুবু, থম্বাল য়াদে। মপুক্কিংদা চেৎনা ৱারকচৈ। "থম্বাল ৱাঙাং-শঙাংশিং অদু তাবগা শাই শাই লাউই ···। ইচে লাল্লিবদি ঐনি, ঐনা সিদা লাক্লমদ্রবদি মসি তাখিদ্রা ··? থম্বাল মশা

নীল্লে। খঙই মখোয়না হায়রিবশিংছ ···। ইনে মুপা পায়রিবা মুপীনি ··· ···। শেন্দু মাঙগে মাঙজরসনু, হয়েংদগী শুরাক লাক্লরোই।" অচেৎপা রাখলগা লোয়নবা মশাগী ইজ্জৎ ওাক্লা চৎচবী থম্বালনি। ইবেনীসু (কাকী মচা কাক উরোকী মচা উরোক) তশেংবা মৈতৈ মুপীগী শক্তম অমনি। থবি য়োনবী, লুথ্রাবী ইবেনীগী মপুরোইবা লৌফমগী খৎনবদা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাংখি। মচা অনী য়োক্লি। "য়াইমাগী মুপী ইবেনী মপুরোইবগী পূকচেল খঙবা, খাড়বা কনবী চপচাবা মৈতৈ মুপীনি।" নোংমা, রারবা পুন্সিগী তানফম অমদা য়াইমানা হায়খি—"ঐঙোন্দা লৈদনা নঙ য়াম্মা রারমাল্লে।" মতুদা ইবেনীনা খুমখি—"কনানা হায়রিবা অসুক মুংঙাইরিবসিদি।" পূমঈং ঈংই, পূমপেন পেন্নখি থম্মোয় অনীমক পীকথ্রবা রাহৈ মচা অমমমৃতনা। মসিদা ইবেনীনা অরা-অনা, মুংঙাইতবা কয়াবু লোয়না থম্মোয়মুংদা ফাজিন্দুনা থম্লগা মুংশিনা নোক্লমগদবা মায়থোঙছ মিত্তা শং শং উরকই। অমরোমদা এম, কে, বিনোদিনীনা থরোবু (নংগা উন্নরমদ্রবদি) মপি শিন্থহল্লি অনালোয়রগা মপুরোইবগী সেবা তৌবদা অরোইবা পুন্সিগী খোঙফমদা। মপুরোইবা কুলনা য়াম্মা শোম্না খুমলকই— "থরো নং অসে ওম্থোক্লা রারেদকো ··· ··· ঐননিকো ··· ··· ।" থরোনা থুনা খুম্লকই—"হায়হৈদেদা, করিগী রারুদগে" হায়রগা লোম্না মপি তৈথোকই। মুংশিবা থৌদোক মচা অমনি। তৌইগুম্বম্বুং মসিদা উৎলিবা মুপী অনীসিগী ফিবম অমসুং থম্মোয়গী মশক অসি খেন্নে। মুংশিরবা মচা অমসুং মরা কুন্দোক-লম্লগা খোইনা মুংশিদবা, মায়থাবা, অনমকন্না নিঙ্গা অসিদা

ময়ুম পাল্লকখিবী থরোগী অরাবদা ঐখোয়না য়ৌনা মুংশিরুবা ঙমদে।

রজনীকান্তগী 'কবিমুংগা' বীরমণিগী 'অতিথি'গা থিমদা মান্নরবস্থ (মপুরোইবা কায়নরবা মতুংদা মচা লূহোংবগী মতাংদা মপুরোইবগী য়ুমদা লাকপা) বীরমণিগী রারীমচা অসিদদি ইবোহল অমসুং তমুবী অনীনা কায়নদ্রিঙৈগী চহী তরা চূপ্পা থেংনরকপা থম্মোয় অনীগী লাঙ্গাউগী শাংলবা প্লোট অমা উতুনা তমুবীনা মপুরোইবগা কায়নখিবগী রারী অসি ময়েক শেংনা উংলি। বীরমণিনা উংলি—তমুবী মরাল লৈতবা মুপী অমনি, মপুরোইবগী হেনজিনবা মীয়েংনা বিজয়গা মরী লৈনৈ হায়না চীংনবনি। তমুবীদা মরানগী নম্বো অমা থোঙ্গৎপীরগা চৎহনখিবনি। ইবোহলনা তমুবীগী থম্মোয় মশক খঙবা ঙমখিদে। তমুবীনা কায়নরমদাইগী মতমদা তুমতুনা লৈরিবা মচামুপীতুগী মরাইবক্তা অমুক্তং নাল্লমই। মরাল লৈত্রবী তমুবীনা চহী ১০ গী মতুংদা, কায়নরবা মপুরোইবগী ময়ুমদা অতিথি ওইনা মচাগী লূহোংবা য়াউবা লাকপা মতুদা পোক্লকপা তমুবীগী থম্মোয় ঈহুলশিং অতু ঐখোয়গী থম্মোয়দা য়ৌনা য়ৈবা ঙমই। ("চহী তরা চূপ্পা মতৈ-মনাও অনীগী মরক্তা থিঙ্গৎলম্ব। রা ঙাংনদবগী পল অতু ঙসি মিৎকুপ অমদা নম-খাইখ্রে।") ঐখোয়না তমুবীগী লাঙ্গদবা থম্মোয় মশক খঙবনিনা মাগী লমচত্তা হেন্না ময়েক শেংলকই, হেন্না মপুংফাবা ফারকই। রজনীকান্তগী থম্বালদি অতোপ্পা মুপীগা লোন্নবা পামজদবদগী 'নিঙ্গানা পান্নীত্রবা মুপী'নি হায়রতুনা মতোমত্ত চৎচখিবনি। মাবু

নমতুনা লানহন্ খিবা, মরাল শিবিখিবা লৈতে। মারীসিদা রজনীকান্তনা মপুং ওইনা উৎনিংলিবদি—থম্বালগী হৌখ্রবা পুন্সিবু নৌহৌনা অমুক নিংশিংলকপা, মতুদা পোক্লকপা থম্মোয় ঈহুলশিং ফিবমসিদা ওইরিবা মুপীগী থম্মোয় অতুবু উৎনবা হোৎনজবনি। য়াম্না ফজনমু উৎলি। তৌবতবু বীরমণিনা লানজদ্রবী মুপীগী থম্মোয় অমা তত্তনা উৎপা পামই।

অমরোমদা, হৌজিক্কী মতমগী মুপীগী লমচৎপু য়াম্না কুপ্না নৈনরিবা গুণ, প্রকাশ, কুঞ্জমোহন, শ্রীবীরেন্দ্রচিংবা অতৈ মারীমচা ইবশিং কয়াসু লৈরি। মখোয়না মুপীদা য়েংলিবা মীৎয়েংগা বীরমণিগীগা চাংদম্নবা য়াই। অহানবদা রজনীকান্ত অমসুং গুণগী মুপীশিংগী লমচৎ নৈনবা য়াই। মবান্নিমক ট্রেদিশনেল মোরে-ল্লিটিদা চেৎনা থাজবা অইবশিংনি। অতুনা, রজনীকান্তনা মাগী 'মেরা থাবল,' 'কালেম্থাগী লৈপাকলৈ', 'চীংগী ইমৌ' মারীমচা-শিংদা থম্মোয় শেংলবা, অথাঙ-কনবী, থৌনা ফবী, মীনুংশি চাউবী, লমচৎ-ব্যবহার ফজবী—আর্দশ ওইবী মুপীগী লমচৎ য়েকই। শম্না হায়রবদা মুপীগী ফজরবা গুণ পুখোক্নুনা শীংথানবা হোৎনবনি। গুণসু (হৌজিক্কী লমচৎ মাঙথররুবা মুপীগী মশক খরা উৎলবসু) মঙোন্দগী আদর্শ ওইবা মীয়েং অতুদি মাংখিবা নত্তে। 'তম্ফা খূদোপ য়াইওইবা'দা অফবা মনেম্বোক, ঙাকপী হৈবী মনেম্বোক্কী লমচৎ য়েকলি।

মুপীগী থম্মোয় য়েকপদা বিনোদিনীদি তোপ তোপ্পা মওং অমনি। বিনোদিনীগী মুপীদি বুদ্ধি-লৌশিং য়াম্না লৈবী, জ্ঞান

য়াম্না তাবী নুপী নত্তে। মাগীদি নুপীগীত ওইবা থম্মোয় মশক অহু উৎনবা হোৎনবনা মপূং ওইবা মীৎয়েংনি। অহুনা, থওইনা আদর্শ ওইহন্নবা নম্রগা লমচৎ মাণ্ডলবী নুপীগী মশক উৎনবা হোৎনগে হায়বগী অনিংবা অমা মাণ্ডদা থম্নগা ইব্রকপা থেংনদে। মাগী অয়াম্বা ন্নারীমচাশিংদা নুপীদা তুঙহুনা লৈজবা নুপীগীত ওইবা লমচৎ, থম্মোয় মশক, নুপীগী সংসার ( women's womanliness )—মখোয়গী তোখায় তোখায়রবা মশকশিং অহু য়াম্না ফজনা পুথোক্কুনা উৎলি। নুপীগী থম্মোয়-শক্লোন কয়ানি, মচু মচুনি—থোৎ-মেঙবা, তপ্পা, ঈংবা নুপীগী গুণ ওইরি ; মখোয়দা অশোনবা মিৎকুপ কয়া অমম্মু লৈ ; মখোয়না নিপাদগী পামই মখোয়বু নুংশিবিবা, গুপ্পগী মখোয়গী থম্মোয়বু মশক খংবিবা ; মখোয়গী থম্মোয়দা নুংশিবগী মতাংদা অশোনবা কয়া লৈ—য়াম্না খাঙবা কন্না নুংশিববু চেৎনা কোন্দুনা থম্বস্মু ঙমই অহুগা নুংশিববু হেক্তা মীরাইবস্মু ঙমই ; মখোয়দা কেজব, নৌজবা, ন্নারৌজবা, ওইনজবগী মশকস্মু লৈ; থম্বন চাউই, ওইনজবস্মু পামই, য়াম্না পূক্লিং নৌগল্লি ···। নুপীগী থম্মোয়বু কনানা খঙবা ঙমগনি—কালেম্বাগী লৈচিন্নি। বিনোদিনীনা অসি-গুম্বা নুপীগী থম্মোয় অসিবু ন্নারীমচাশিংদা উৎনবা হোৎনৈ। য়াম্না ফজনা, মায়পাক্লস্মু উৎপস্মু ঙমই। মাগী 'ইবেন ন্নতী' ( নুপীগী থম্মোয়দা ফুমহুনা থম্লিবা অয়োনবা থম্মোয়গী মশক ), 'ঐগী থাহৌদ্রবা হৈতুপ লালু' (মপুরোইবা অমম্মুং মচা কায়নথ্রবা তম্পাক্কী থম্মোয়দা ফুমহুনা লৈথ্রবা নুংশিবা অহুবু মিৎকপ থোকহল্লুবদা ওইরক্লিবা থম্মোয়গী ঈরাং ), 'য়ুমগী নুপী' ( হোৎনবা কনবী, খাঙবা কনবী নুপীগী থম্মোয় অহুগা অমরোমদনা অমুক মিংশেলগুম

কায়গনবা থোংলবা থম্মোয়-নিংঙাইগী মশক), 'মুর' (ঈশৈদা মশাগী থন্নায় লূপথ্রবী হনুবী অমদা কলাগী ঈখোলাংবতু পামজনা ফংদকী অন্নাবা মশক ) অমসুং 'ইমাতোন'নচিংবা কয়া কয়া।

বীরমণিগা বিনোদিনীগা খেন্নবা মশক অসি বীরমণিগী 'লম্মাংনবা' অতুগা বিনোদিনীগী 'নংগা উন্নরমদ্রবদি' হায়বা ৱারী-মচা অনী অসি চাংদম্নতুনা য়েংবা য়াই। ৱারীগী থিমদি মান্নে — লুখ্রাবীনা অমুক ময়ুম পানবগী ৱারীনি। 'লম্মাংনবদা' বীরমণিনা উংলি—নৌনা লুখ্রা ওইরবী, মপাগী তম্পাক মশক খঙহৌদ্রবা, চহী ৫ তা ডাইরিবা মচা অমা লৈরিবা ইবেমহলনা মচাগী অমদি তুংগী পুন্সিগী খনবদা মাবু কোল্লিবা মনেনা অতোপ্পা নিপা অমদা অমুক ময়ুম পান্নবা থেম্বদা পুক্নিংগী অচেৎপা ফিবেপ অমগা লোয়ননা য়াখিদে। মনেনা কয়া থেমই—তুংগী খল্লু, হিংলগা লোয়রে, মুংঙাইরগা লোয়রে। য়াম্না খল্লবা মতুংদা ইবেমহলনা য়াখিদে। মানা খল্লি—তুংগী পুন্সিনা মৌজিকী পুন্সিবু থাজবা মাংহল্লি। ময়ুম পাল্লবী মুপী অমনা মচা অতু হুন্দোক্লম্লগা অতোপ্পা অমদা অমুক ময়ুম পানবা হায়বসি ফজবা, অচুম্বা, অফবা নত্তে হায়বসি মাগী অচেৎপা ৱাখল্লি। অতুনা হয়েং তুংদা ওইরক্কদবা অন্নাবা ফিবম (পোকমিন্নদবা মগাশিং খংনরক্কদবা, অসিনচিংবা) অতু ভাবনা শাদুনা তম্পাক্কী মিত্তা শং শং উহল্লি। (বীরমণিনা মিত্তা, মঙদা উহনবগী টেক্নিক অসি অয়াম্বা মতমদা শিজিন্নে।) অতুগা অরোইবা ফিরেপ্তা তম্পাক্কা হায়ন্নকই—"ঐদি হায়থ্রবতুনি শুকঙম শুমক্লোই।"

বিনোদিনীগী 'নংগা উন্নরমত্রবদি' (রারীগী থৌদোক য়াম্বা হেল্লি, রারীশু চাউই) অসিদা থরোশংবীগী থম্মোয় মশক অমা উংলি। রারীসিদনা থরোশংবীগী হৌখিবা পুন্সিগী অধ্যায় নীংশিং-লকপনি অতুগা বীরমণিগীনা তুংগী পুন্সিগী অরাবতু খিত্তং ওইনা থৌদোক মচা অমা ওইনা নিংশিংতুনা উৎপনি। থরোশংবীনা হান্নগী মপুরোইবগা কায়নরবগী মতুংদা চহী মণ্ডারোম শুরবী মচামুপা অমা পুরক্নুনা মমাতোনগী ইমুংদা মৌ নহা হল্লকপী অমা ওইনা লৈ। ইকাই খণ্ডবা, মায়থাবা ইম্ফালগী কুলনা চহী অমা চুপ্পা থেমই, য়াদে। থরো মচাগী খল্লি, পামদবা মীদা লৈগদৌবগী শরুক হায়তুনা অহানবদা য়াম্মা কম্মা য়ারমদে। অতুবু থরোগী পুক্লিং হোংলকখি। মসিদা বিনোদিনীনা য়াম্মা রোমান্তিক ওইবা ঈরাং পুশিল্লকই—অহানবা উন্নবগী মতাং, সাইকল তুবা; থাবল ফরবা অহিং অমদা মতোমত ফৌ শুবা অতুগা মখোয়গী অহিংদা মুমিদাং অমা লেকপগী দৃশ্যশিং। থম্মোয় কল্লম্বা থরোশংবীগী রাখন্দা অহোংবা লাকখি, ফাজিনবা ঙমখিদে—"মাগী থাজদবা রাহে অতুদা থরোসু খণ্ডহৌদনা মমাই ঙাংই .....শোল্লকই—অসুক থিগ্রবা শক অসিদা করি লৈতুবা অমুকী মতীক পাল্লিবনো?" নোংমনা থরোনা চাক থোংতুনা কুলবু পীজে। চাক চারবা মতুংদা থরো তুম্বা য়ারমদে। "থরোনা তপ্পা হৌগৎগ্রে, মাগী ফিগাইরক্তা পাম্মুনা থমজরবা ফিথুপ খুদিংগী লৈহাও লৈরেম্না, অগগী মনম্মা চুরবা ফিতুপ অতু লৌথোক্নুনা মুপা অতুদা তপ্পা তপ্পা ইপোম নায়দনা ক্লুপথবিরুরে।" রারীসিদা বিনোদিনীনা মুপীগী থম্মোয় ঈরাং,

থিংবা ঙমদ্রবা থম্মোয় মশক, ফাজিনবা ঙমদ্রবা শোম্বরকপা মিৎ-কুপশিং অদু ফজনা উৎলি। বীরমণিগীনা ফাজিনবা, লাকশিনবা ঙন্নবা নুপীগী থম্মোয়, পুক্লিংগী মশক উৎলি। নুপীগী থম্মোয়দা য়েংবা তোখায়রবা মীৎয়েং অমমমনি।

কুঞ্জমোহন অমসুং প্রকাশনা নৈনরিবা হৌজিক্কী নুপীগী মশক, মোরেলিটিগী সমস্যাগা বীরমণিগসু মান্নদে, খেন্নবা লৈ। কুঞ্জমোহন অমসুং প্রকাশনা হৌজিক্কী লমচৎ মাঙথরক্লবা মশক উৎননবা হায়তুনা লমচৎ নাইদ্রবী নুপী কয়াগী শক্লোন পুথোক্লকই। মবান্নিনা হায়বা পামই—হৌজিক্কী মতমদা মশাগী ইজ্জৎ খঙদবী. লমচৎ-নাইদবী, ওক্তবী নুপী কয়াসু লৈ। মখোয়না নুপীগী মায়দা হামুক তৈশিল্লি অদুগা হায়বা পামই—মখোয় অমোৎপা পক্লে। অসুন্না প্রকাশনা 'মচা,' 'মমা', 'মনোরামা', 'ন্নাকৎ', 'লমন খুম্বা', 'কবোক্লে'নচিংবা ন্নারীমচাশিংদা অপাম্বনা খুতুম চল্লবী, অচেৎপা ফিদম অমসুং ন্নাখন্না পুনবা ঙমদ্রবা নুপীশিংগী লমচৎ য়েক্লকই। 'মচা'দনা মচা পাম্বগীদমক নত্তবা লমচৎ চৎপা, 'মমা'দনা মপু-ন্নোইবগা তিন্নবা ডাক্তরগা লোন্না মরী লৈনবা অদুগা 'ন্নাকৎ'তনা লোন্না মরুম্বী থম্বা উৎলি। 'কবোক্লে,দনা হৈয়োনবী কবোক্লেনা ওক্তবী ওইবগী ন্নান্নী উৎলি। মচা-মন্না থাকপদা ন্নারবী কবোক্লেদা নোংমা কায়োনবী তম্পাক্লা হায়খি—"নংননে পৈশা পুগে হায়বগী ওইন্নবদি লম্বী লৈ ইচে উপায় তৌবিগে খুৎপায়শেল ন্নাৎলোই।" কবোক্লে উপায় অদু মুন্না খঙই। মশা খঙনা অমসুং মশানা য়াজনা তৌঙম্বী ওইজখিবনি। কুঞ্জমোহনগী 'ন্নানোম্বা', 'ন্নাখল', 'কন্নিমুংগী' হায়রিবা ন্নারীমচাশিং অসিদা লমচৎ ম্যাঙথরক্লকপগী

মশকশিং নৈনরি। মাগী 'ন্নানোম্বা'দা বিমলনা মাগী থবক্কী প্রো-মোসন ফংননবগীদমক্তা মাগী নুপী প্রয়লতাবু চিফ সেক্রেটরী বেন্নুধরগী ময়ুমদা ন্নানোম্বা থাই। প্রয়লতাসু করি অমত্তা নাচুংবা তৌদনা য়াচংবদা চিফ সেক্রেটরীগী ময়ুমদা চৎখি। কান্নবা ফংনবগীদমক্তা মশানা য়ানা মশাবু য়োম্থোকচৈ। প্রকাশ, কুঞ্জমোহন অমদি অতৈ অইবা কয়ানা নুপা-নুপীগী মরীদা, নুপীগী শাজৎ লমচত্তা মাঙথরক্কপা মশক অমা উৎলিবা অসি ট্রেদিশনেল ভেলু অমসুং মোরেলিটিবু হৌজিক মতমগী মশাগী কান্নবত য়েংবা, য়াম্না ম্যাটিরিয়্যালিষ্টিক ওইবা মীৎয়েংনা নমহৎখিবদগী ওইরকপনি হায়বসি উৎলি। অদুবু ফিবম্না, মতম্না, হিংবগী কল্লবা লাম্থেংনা মীওইবগী পুন্সিদা শোক্তুনা, মতুদগী থোক্লকপা কুপ্লবা মীওইবগী মরী অমসুং মতুনা থেঙ্গাইরকপদা হোংলক্লিবা ফিবমশিং অদু য়ৌ-শিন্না উত্তুনা, মখোয়বু অসিগুম্বী নুপী অমা ওইহল্লকখিবনি হায়বসি কুপশিন্না উত্তুনা পুথোক্লকপদি ন্নানা থোক্লি। মসিগী মতাংদদি বীরমণিগী ন্নাখলগী ফিরেপ ময়েক শেংই অমসুং ফজে। মহাক থায়নগী পরম্পরাবু থাজে, য়াই, পাম্লি। অদুবু, ফিবম্না, মতম্না, হিংবগী লাম্থেংনা মখোয়বু কম্না তুহৎনবা হোৎনরকই। মখোয়গী শেংলবা থম্মোয়, ফজরবা লমচৎ-শাজৎ, মীগী মমল পুম্নমকপু মুনবিনবা হোৎনরি। অনীগী কল্লবা চীংথায়নবগী লাম্থেংদা ন্নানা থাঙলি বীরমণিগী নুপীশিংনা।

পুম্নমক অসিদগী থরা তোপ্পা লেপ্লিবনা শ্রীবীরেন্নি। মাগী 'নাম্থোকখি,' 'শেগাইরবা কুরাংপান'নচিংবা ন্নারীমচাশিংদা নৈন-

রিবা সম্মস্যাদি মোরেলিটিগী ৱাফম ঙাক নত্তে। মতমগী মহিং অমস্থং মতমগী ৱাখল্লোন্না পুৱকপা মীৎয়েং অমবু, মুংগী ওইবা পুক্লিংগী ফিবম উত্তুনা, রিয়্যালিষ্টিক ওইরবা অমুক-মুঙিদাংগী পুন্সিগী মশক অসিদগী কাখৎখিতুনা, কল্লবা ৱাহৈ-ৱাতা, নীংবা কায়রবা অমদি শাস্তিরবা ফিবমদা, পল্লেপফম খঙলক্তবদগী ঙাক্ত-চুনরবা মঙং লৌরকপা হৌজিক্কী পুন্সিগী ফিবম খরা য়াম্না সিম্বোলিক অমস্থং রিলিকেল ওইনা ফোঙদোকপনি। মাগীদি পুন্সিগী মীয়েং অমা উৎপনা মপূং ওই। মীয়েং অসিদা মুপা মুপীগী মরী অসি তাইশিন্নবা য়াদ্রবা, শম্নবা য়াদ্রবা ফিবম ওইনা ফোঙদোকপনি। মাগীদি পুন্সিগী মীৎয়েং অমা উৎপনা মপূং ওই। মীৎয়েং অসিদা মুপা-মুপীগী মরী অসি তাইশিন্নবা য়াদ্রবা, শম্নবা য়াদ্রবা ফিবম ওইনা উৎলি।

বীরমণিগী থোইদোক্লা পাবা নুংঙাইবা অমস্থং ফোঙদোকপদা হৈশিংবা উৎপা ৱারীমচাগী মখল অমনা মাগী ইচম-চম্বা থৌদোক খরদা য়ুমফম ওইরগা ইবা মরুওইনা ঈরাং ( Atmosphere ) উৎনবা হোৎনবা ৱারীমচাশিং অসিনি। মখলাসগী ৱারীশিংদি— 'য়ুমপুবীগী ঈশৈ,' 'বোম! বোম! বোম!', 'সনা খূদোপ', 'মতৈ-মনাও' অসিনচিংবা অসিনি। হায়রিবা ৱারীমচাশিং অসিদা পুন্সিগী নত্রগা হিংবগী অরুবা সমস্যা নৈনবা থেংনদে। য়াম্না চম্বা করিস্থু লৈতবা থৌদোক অতুগা মতুনা অচৌবা, অরুবা সমস্যা, ক্রাইসিস অমা ওইহল্লকপা থৌদোক অতুদা মপূংওইনা ঈরাং উৎপা অতুগা থৌদোক অতুগী ৱারীদা চেন্নরিবা মীশিংগী

মুংঙাইরবা মরী অমা উতুনা ইবগী খুৎই মওংনি। 'য়ুমপুবীগী ঈশৈ'দা ( অহুন ওইরবী হনুবী অমা য়ুম পুবা শেন্নবা, মশৌ অমস্তুং মও য়ারকপা, কৈথেন কানবা হোবে হোবে তৌবা, পুংদোন্দগী মগুনিপানা ওস্থরকপদা পাখৎচবা, ঙাইহাক্তুং লৈতানা লাংবা, ("মী মঙাতা লৈবা ইমুঙডু হনুবীডুগী খোঞ্জেল নত্তনা অতৈ তাদে।") অসিনচিংবা ঈরাং উৎলি। য়ারীসিদা উৎলিবসি মৈতৈ মুপী হনুবী অমগী য়ুমপুবগী ঈশৈনি। 'বোম ! বোম !' অসিদস্মু খোংখোঙদা বোম অমা ফুম্লম্লে হায়ডুনা মহৈ মহৈ লাংনৈ, মীপাইনৈ-পাখৎনৈ, সিফাইশিংনা খোইরেন মশা পাইরে, লম্পাক্তা নিপামখৈ পুন্না কৌথোক্তুনা পাকথনডুনা লৈপ্রে। অডুগা লৌথোক্তুনা য়েংবদদি বম ওইরমদ্রে। সিফাইনা বোম লৌথোক্লবা হোৎ-নিঙৈদা পাখৎলবা মীশিংনা ঙাড়নবা ফোঙদোক্লরিবশিং অডু ফজে —য়াম্না রিয়্যালিষ্টিক ওই। অস্তুম্না 'সনা খুদোপ' হায়বা য়ারীমচা অসিদস্মু পিশকমচাগী মচাগী স্না খুদোপ অমা মাঙখিবগী মতাংদা ইমুংগী মীশিংনা মহৈ মহৈ থৎনবা, লাউনবা শাউনবা, য়ুম কায়বা অসি উৎলি। অডুগা স্না খুদোপ অডুদি কনা অমত্তনা ছুরাল্লমদ্রে—মচাগী অমাংবা মরক্তা য়াউডুনা লৈরম্লে। য়ারীশিং আসিদা করি ওইরক্কদগে, করি থোক্লগদগে হায়বগী চীংনবগী ( Suspense ) মচাক ফজনা হাপ্পা ঙমই। সিচুয়েশন ( ফিবম ) শাগৎপদা ড্রামাটিক ওইহল্লি অডুগা থক-থা ওস্থোক্তুনা থম্বা তারকপা ফলদা অপাববু মুংঙাইহল্লি।

অডুগা য়াফম অমনা মাগী 'পিকনিক পিকনিক' হায়রবা লাইরিক্তা য়াউরিবা সিম্বোলিক অমস্তুং এলিগোরিকেল ওইবা

ৱারীমচাশিং ( হুইগী রচনা, হনুবা অমস্থং য়োংয়াম, মিরাং, উন হেন্না হেন্না তাথরক্লি, মীথুংশঙ ) অসি অনৌবা খুৎইগী চাংয়েং ওইনা তৌই। ৱারীগী থিমদা ফজবা খরা য়াউৱবস্থু অসিগুম্বা মখলগী ৱারী অসিদদি তোখায়বা লাইশু (unique experience) অমগী মথৌ তাবা মরম্না চুম্নগী চাংয়েং তৌবনা মম্নুংগী ফজবতু য়ৌনা ফোঙদোকপা য়ারক্তে। মসিগী খুৎই অমস্থং মফোঙদোক অসিগা মরী লৈনবা ৱাহৈশিং, ফিবম অমস্থং পুন্সি তাকপা সিম্বোলিক ওইরবা ইমেজরী কয়াগী পান্থে শিজিন্নতুনা পাউ- খোংগুম লৈরবা, খঙবা ঙমদ্রবা 'অচুম্বা' ( the unseen reality ) অতু উৎনবা হোৎনবা তারকই। বীরমণি মায়কৈ অসোমদা অহানবা চাংয়েং তৌবা অইবা অমা ওইরবস্থু মাগী ৱারীমচাশিং খরা অসি য়াম্না মায় পাক্লবা চাংয়েংনি হায়না লৌবা ঙমদে। মসিগী মথক্তা, 'হুইগী রচনা', 'হনুবা অমস্থং য়োংয়াম' অসিদি ইয়ান য়ানশিনবা মওং ওইনস্থ তৌই। অসিগুম্বা মখলগী ৱারীসিদা লৌখৎপা য়াবদি 'মিরাং' অমস্থং 'মীথুংশঙ'নি। 'মিরাং' কৌবা তেল্লবা ৱারীমচা অসিদা মিরাংনা মুমিৎ কয়ানি কন্না হোৎনজতুনা তিন-কাঙ, কুরাক, চরাং ফাননবা লাং অমা শাজরে। মরাইবক ফতুনা চরাং অমা থুররে। অতুবু অৱাবদি—উথক্তা ভোংলম্বা চরোই অমনা পায়থরক্তুনা মিরাং অতু থদৎলে অতুগা চরাং অতু চেন্দুনা পুখ্রে। মিরাংগী লাইবক—অৱাবা দষা হৌজিক্কী তাইবঙমীগী দষানি, অঙম-অঙম লাক্লবনি, শেৎ-শেত্তুনা চানবনি। লায়রবগী অৱাবা, গতি লৈত্রবা মীগী লাইবকপু কনাদা তায়নরুগনি।

কবি সমরেন্দ্রগী শৈরেং মতেক অমা নীংশিংবা য়াই—"লাইরবগী ইমুংদা/লাইরবগী মনাক্তা ফমলুই/লাইরবনা পীরকই চাউরবা নুংঙুম অমা/নরাইবক্তা শু নুং অতুনা হায়রকই/" ( লাইরবগী ৱা )। 'মীথুংশঙ'দা সিম্বোলিক ওইবা তাইবঙমীগী ফিবম ( human situation ) অমা উৎলি। তাইবঙমীগী মশাগী ওইবা ৱাখল নীংতম্বা, শক্তম লৈরক্কতুনা অস্নুম অস্নুম মীয়ামগী চৎনবী অমসুং ঈরাংগী মীৎয়েংদা লাং থুখিবা অতুগা মখোয়গী গতি লৈত্রবা, দষা তারবা মী ( victim ) ওইখিবা। ৱারীসিদা বীরমণিনা উৎলি—মীথুংশঙদা থুংলবা মী খুদিংমক জগোই শাবা তাই, ঈশৈ শকপা তাই। অনৌবা থুংলবা মী অতু মতৌ তমতুনা জগোই শাবা, ঈশৈ শকপদগী চুশিনখ্রে, হৈনখ্রে। মহাক থাদোকপা-নাম্বোকপা ঙমদ্রে —"ঐসু খঙদে। অতুনা ৱাই, কপই, শাওনিংই, অতুবু মীয়ামগুম্না জগোয়দি অতুম শাই, ঈশৈদি অতুম শকই।" ৱারীগী থিম অসি আইওনেস্কোগী মমিংচৎলবা ড্রামা 'রাইনোসরস' নীংশিংলকই।

বীরমণিগী ৱারী লিবগী টেক্নিক অমসুং ইবগী ষ্টাইল অসি য়াম্না চম্না ফজবা অমনি। মাগী ৱারী লিবগী মওংনা (narrative style) অহৌবা, ময়ায় অমসুং লোইশিনবা হায়তুনা পরীং নাইনা থৌদোকশিং অতু মথং-মনাউ নাইনা লিশাংশিংনা লিবগী মওং নত্তে। ৱারীতুগী তুংগী থৌদোক অমনা মাংদা হেক্তা থমই অতুগা লোৎ লোত্তুনা থৌদোকশিং অতু মথং মথং ওইনা মায়খুম হাংদোক্লুনা উৎলি। খুৎই অসি মঙোন্দা য়াম্না চুননা থোকই অতুগা য়াম্না মায়পাক্লসু শীজিন্নৈ। মসিনা ৱারীগী অহৌবদা কাউঙমদ্রবা থৌদোক অমা উত্তুনা অপাবশিংদা ঈথৌলাংবা অমা পোকহল্লি। অতুনা

মাগী ম্বারীগী অহৌবসি য়াম্না ফজবা থুংশেম অমা ওইরি। মাগী ম্বারীমচাগী অহৌবশিংদা তুংদা থোক্লক্কদবা ম্বারীহুগী মরুওইবা ম্বাফমহু ফুমহুনা ফোঙদোকপা থেংনৈ। থুদম ওইনা—“ঙসিদি শঙ্কর মথন্তা ঙায়রে......।” (অমুক অমস্থুং থুম্বিদাং) মসিদা শঙ্করগী থৌদোক মচা, শক্তম অসিনা ম্বারী মপূমগী ইঙ্গিৎ তাক্লি; “ওরাং কৈথেল মচাদা পাঙথোকখিবা মিটিং অহু য়াউরুবদগী কবোকলৈ থৌনা অমা লাকপগুম তৌই।” (অধিকার); “ঙসিদি থাম্বা য়াদবমথে শাউরে কুমারহু।” (মতৈ-মনাও); “মহৌশানা তোমাল য়াহৌ ঙনগল্লি। (লৌথোং মন্ত্রী, ভয়া কেশো); “লুহোংবহু অশোয় অঙাম য়াওদনা লোইশিনথ্রে।” (অতিথি); “অসিগুম্বা পুন্সি মরেন অসিদা পুন্সিনা ওইরক্কনি খঙলম্লবদি পুন্সি কনানা তুংগী পুন্সিবু থৌরাংলুগনি।” (লম্মাংনবা) অসিনচিংবা কয়া। ম্বারীমচাগী ফজবসি অহৌবা অমস্থুং অরোইবদা লৈ হায়বসি অচুম্বনি।

অহুগা বীরমণিনা লমচৎ য়েকপদা চরিত্রশিংগী মুংগী ওইবা মশক (psychological subtlety) অহু উৎনবা হোৎনদে। করিগুম্বা থৌদোক মচা অমনা, ম্বাহৈ মতেক অমনা, ম্বাঙাং-শাঙাং খরনা মম্নুং য়ৌশিনবা লমচৎ তাকপা ঙমই। মাগী ম্বাহৈ-ম্বাতা চমই, থোৎনৌই। অয়াম্বা মতমদা রোমান্টিক ওই। মসিনা মতমসিগী লৈত-লায়র, তোল্ল-তারবগী পুন্সি উৎপা মতমদা চুশিন্নবা য়াদনা, তোথায়না তাহুনা লৈবা লোনগী মফোঙদোকস্নু ওইহন্দে। ম্বাহৈ খরতনা, খজিক্তনা য়াম্না ফোঙদোকপা হায়বা ম্বারীমচাগী সংম্বায় ওইরিবা মগুণ অসি মাগী ম্বারীমচাশিংদা শোইদনমক

ৱাউরে। মসিনা মাগী ইবগী হৈশিংলবা গুণ ( artistic skill ) অমু ময়েক শেংনা তাক্লি।

বীৱমণিগী ৱারীমচা থৱগী পোলোয়দা ওম্ন-তৈননা, ওঙ্খোক্লা থাজদনা অৱাবা ফল তাৱকপা অসি কোঙদোকপা থেংনৈ। খুদম ওইনা পনবা তাৱবদা—'শামু দশা ফত্তবা অমস্যুং হঙোই' (সসপেন্দ তৌবিক্লরবা ইবোতোম্বীনা ৱানা হোৎনদুনা থবক হনজিন্নবা পৈশা পীজরুরে। হয়েংদি ওর্দর থোক্লগনি। অদুবু ওর্দর থোকদোরিবা নিংথেমচাদু নোংমৈনা কাপ্নুনা হাৎখ্রে ); 'লোখোং মন্ত্রী, ভয়া কেশো' ( তোমালনা মাগী ভায়া মন্ত্রী লাকনি, ময়ুমদা চাক চামিন্ন-ৱগনি হায়দুনা থোঙ্গান্দা লফুগা য়ুংলদুনা খৌৱাংনা ঙাইদুনা লৈ। অদুবু, মন্ত্রীদুদি গাড়ী খাম্বিৱমদনা অদুম থোখ্রে ) ; 'দার্জ্জিলিংগী চা' (মেৱাজাউনা লুপাগী নোট শেগায়বা অদু চৎনবা হায়দুনা ফুটপাতদা চা য়োনবা নিপা অমদগী নমথাক তৌদুনা চা মনা লৈক্লই। ময়ুম য়োৱগা চা মনা ওইরমদ্রে, হোৱাই মকুপ ঙাক্লা ওইৱম্লে ! ) অসিন-চিংবা কয়া। মসিগী মথক্তা, পূকচেল্ল শেংনা থবক তৌজবা, অচুম্বা চৎপা মীনা হৌজিকী মতমদা দষা তাবা, অৱাবা নংবা ৱারীশিং :—'কোঞ্জেং কোকফাই', 'ৱামৈ', 'ইন্সপেক্স রিপোর্ট' নচিংবা অসিসু অসিগুম্বা মথলগী ৱারীশিং অসিদা চনবা য়াই। ৱারীশিং অসিগী মরুমদা বীৱমণিনা মৱাল লৈতনা ওম্ন-তৈননা অৱাবা তাবা মীওইবগী লাইবক ( tragic irony ) গী মশক অমা উৎলি। ৱারীশিং অসি পাবদা ঐখোয় নোক্লবা হোৎনৈ। অদুবু, নোকপদি ঙমদে। Guy de Moupassant গী ৱারীশিংগী অরোইবদা অৱাবা, মুংঙাইতবা ৱারী য়ান্দুনা থমই

হায়বগুম্না ("the sharp sting in the tail") বীরমণিগী ৱারীশিং অসিদস্থু ওন্থোক্লা নীংবা কায়রবা, তৌজমনগী মহৈ অমত্তা ফংদবা, ওন্ন-তৈননা থোকপা ফল ঙাক্তা ওইবা, অৱাবা স্থুর অমা হেক হেক ঈরোয়ননা উৎপা থেংনৈ। কপ্পা অমস্থুং নোকপা মচিন-মনাউনি। পুন্সিসি নোক্লিংবা ফাগি অমনি।

ঐনা ইজন্নিবা ৱাহৌদোক অসি বীরমণিগী (কাক্কী মচা কাক, উরোক্কী মচা উরোক) অসিতগী ওইনা ইজবা ৱাহৌদোক নত্তে। হন্দক্কী লাইরিক অসি য়াউনা, মাগী লাইরিক অহুমগী ৱারীমচা ৩৭ কী অপুনবা মীৎয়েং অমা পুথোক্লবা হোৎনজবনি। অতুনা, হন্দক কোঙলিবা লাইরিক অসিগী ৱারীমচাশিংস্থু মতাং মতাংগী ওইনা মথক্তা নৈনবদা য়াউজখ্রে। লাইরিক অসিগী ওইনা ৱাহৈ অমত্তং পনবা তারবদি—লাইরিক অসিদা য়াউরিবা ৱারী মচা অনী—'অয়ুক অমস্থুং নুমিদাং' অমস্থুং 'কাক্কী মচা...' অসিদং পারগা অতৈ ৱারীশিং পাদ্রবস্থু য়ারে নীংজে। ৱারীমচা অনী অসি পাবা ফংবদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইবা পোকচৈ।

বীরমণি ঐগী ছাত্রনি। (ঐনা ইম্ফাল কোলেজদা ওঝা ওইবা মতমদা মহাক সাইন্সকী ছাত্র ওই।) অতুবু, ঐনা ইনাউ অমা ওইনা লুনা লোয়নৈ। সমিতিগী অমদি অতৈ সাহিত্যগী থবক থৌরম কয়াদস্থু লোয়ননা থবক কয়া তৌমিন্নরকই। নোংমা, মাগী লাইরিক অমা নম্বা হৌরে হায়তুনা ৱারী শাই। ঐহাক য়াম্না হৱাউখি—মরমদি নহারোলশিং অসি য়াম্না ইহন্নিংই, লাইরিক য়াম্না পাহন্নিংই, য়াম্না নৈনহন্নিংই, লাইখ্রিক য়াম্না কোঙহন্নিংই। ( অতৈ সাহিত্যগা চাংদমন্নতুনা য়েংবদা ঐখোয় হোৎনবা য়াম্না ৱাৎলি

হায়না নীংজৈ। ৱারী অস্নুম শানবদা ৱাহৌদোক ইবগী ৱাফমসি লাকখি। ঐস্নু য়াখি। ইনাউগীদমক্তা ঐনা খঙজবা খরদংদি ইগে খনখি। অদুবু, নৌহৌনা মাগী ৱারীমচা ময়াম অমুক্ত পাখৎলুবা অদুগা অতৈ ৱারীমচা ইবশিংগা চাংদমন্নদুনা অস্নুম য়েংলুবদা—ওস্নোক্লা পাক-চাউরবা, অরুবা, লোইবা নাইদ্রবা সমস্যা অমা ওইনা চোংথোক্লক্লে। অদুবু, ঐগী ৱাখন্দা ফাউরকপা খরা অসি চাংদমন্নদুনা নৈনবগী মওংদা ইরগে খন্দুনা খুৎ থাক্লবদা ৱাহৌ-দোক অসি খরা শাংদোকখ্রে। শাংহল্লিবসি ঐগী ইরান নস্তে—মাগী ৱারীমচাশিংনা কায়হৌরকপনি। মাগী ৱারীমচাশিংনা ঐবু অস্নুম কন্না কন্না চৌংই, ৱাখল অস্নুম খস্নহল্লি অদুগা লোইবা নাইদ্রবা ৱাহং কয়া অমা হংলকই। হন্দক্তি, মাগী ৱারীমচানা ঐবু ওস্নোক্লা ওৎ-নৈখ্রে।

বীরমণি হৌজিক মতমগী চপচাবা ৱারীমচা ইবা অমনি। মহাক মণিপুরী ৱারীমচা ইবশিংগী মরক্তা অচৌবা মফম অমা কল্লি। মাগী ৱারীমচাশিং অসি মতমসিগী মণিপুরী ৱারীমচাগী মায়কৈ অমা তাকপদ নত্তনা য়াম্না শক্তি লৈরবা ঈহৌ অমস্নু ওইরি। মাগী ৱারীমচাশিংদা মতমসিগী অরা-অনা তারবা, গতি লৈত্রবা মীওই-শিংগী পুন্সিবু য়াম্নমক মন্নুং হুনজিনবা মীন্নুংশি অমগা লোয়ননা উৎলক্তুনা মহাকপু লৈত-লায়রগী মীচঙদা ইচংথোনা লেপ্লা অইবা অমা ওইহল্লি। মাগী ৱারীমচাশিং পারগা পূক্নিং নৌথোক্লকই, কপনিংলকই, পূক্নিং খোয়শাউরকই অদুগা পোত্থাফম খঙলক্তে। খঙদে, করিগীনো পূক্নিং অস্নুক মুংশিরুরিবা। ঐনা নীংশিংবা হায়রবু—**Sean O' Faolain** না মতাঙ অমদা হায়খিবদুনি—

**"The truth about the good short-story is poetical ; it lies in a pointed vision, a sort of eclaircissement of an inward eye-flick, the fixing of an unforgettable 'thing seen.' "**

ইম্ফাল,
তাং ২০ । ৩ । ৮৮

**ডাঃ নোংথাইথেম তোম্বী সিংহ**
মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়

কাক্কী মচা কাক ঠোক্কী মচা ঠোক

## অয়ুক অমসুং মুমিদাং

ঙসিদি শঙ্কর মথন্তা ঙায়রে। বেরচান মরেংবান্দা থোঙ্গৎলদুনা পাউনা বজার তমলকই। মশাদু হকাম অনী অতুমসু ফুগৎলকই। মীৎ শিংনবা ক্না মতপ অমদি উমশিনখিগে খল্লি। মীৎ শিংনবা ঙাকসু নত্তে। মহু উম্নগা মনম খরা ফবোই নীংই। হীরালালগী পানদুকান্দা চঙলে। হীরালাল হৌগৎ-লমদ্রি। মচা নুপী গৌরী লৈরম্মী। মীৎ খর শিংবোই নীংই। খল্লি,—দাও ইয়া য়াদবদি নত্তেদনা।

য়োফাত্তনা লাউরকই,—ক্না অহাউবা অমত্তা চাগে, গৌরী।

—অসুক ঙম্না, শঙ্কর'দা।

—ঙনবা থেঙবা ঐখোয়দদি চপ মান্নে, গৌরী। অরদাহুম খন্না হেন্না হাপচিল্লকউ।

ফুরিংখাউদগী অচোইবা খন্না পুখোক্নুনা পী।

—কাসিমদি শেল থাদরমু, শঙ্কর'দা।

—খুৎলাংখাংদবো?

—ঐস্মু নোংফাদোক ক্বা মতপ অমদি লান য়াইদা।

মখা তানা খুম্নবা শঙ্করগী মচীন্দা মতা চাবা ব্লাহৈ অমত্তা থোক্লক্কে। খাইসিদনি শঙ্করগা আনন্দগা খেন্নরিবসি। মহৌশানা অথোৎ অমেঙ, কেথ-নৌথবসি মহাক হৈতে। অহুগীস্মু মথক্তা গৌরীদা শঙ্করগী পুক্নীংগী অশোনবা অমস্মু লৈ। ক্বা মতপ অহু লৌরহুনা থরায় তানা হুকচিল্লি।

—শুম্নু খরগা পীরকউহুদি।

গৌরীনা নীংবহুমক থুংলে। হৌজিক্তি শঙ্করদা মানা হায়নীংবহু হায়বা ঙম্মগনি। মনা মচেৎ অমদা শুম্নু তৈরগা শঙ্করদা পী। তাঙ্গা নাম্হোকখিনি মতাগুম নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌরহুনা হায়রকই—অহু শঙ্কর'দা ক্বা অমত্তা হায়গেনা?

গৌরীনা নোকফেৎ তৌবা চিনবান অসিনি শঙ্করনা পুক্নীং তাজরিবসি।

—ঙরাংগী কাগী শেন্দুরা?

—নত্তেদা 'হুদি নীংবু নীংশিংলুদে। নীংশিংলক্লবনিনা 'হুস্মু কৈস্মু পুমকোক কোক্লরসি। হুকান মমাঙগী নালাসি খন্না ফাংতোকপিরম্মু। নমথিবনা ফম য়াদ্রে।

শঙ্করনা খ্বাইদগী য়াদবা য়াহৈ অমথক গৌরীনা পনল্লে। মমীৎ অহু লাওথোক্লছুনা হায়রকই,—গৌরী। নালা ফাংভোকউ হায়বৈদি ফাংকে। কাগী শেলগা থবকদি থক পকশিল্লকনু।

মুংশা থিরকই গৌরী। অমুক্তসু শঙ্করগা অতম্‌মা হাঙনক্রি হায়নীংবা লখা লৈরবসু আনন্দদতা হায়ত্বনি। শঙ্করগী রাতা অহুদা গৌরীগী শকফম খঙহন হল্লিনখি।

—শঙ্কর'দা, ঐদি ইচম চম্না হায়বনে।

গৌরীগী পাথৎচবা মতৌ অহুদা শঙ্কর নোকফেং তৌই। বেরচান পায়থৎলি। 'নতৌ য়েংগে তৌনিদা'—হায়রম্লগা থবক হৌখি।

ঙল্লিঙৈ লৈচিন ইথাবু থারমদে, থেঙথরক্লগা পূম্নম মমশিনগ্রে। শঙ্করদদি লৈচিন থাবসিনা হেল্লা ফৈ। মুংশা শারবদি লম্বী মী য়াম্না চৎলি, থবক শূবা মুংঙাইতে। খরা ঈংব-সিনদি মহাক্কী থবক্তা অপনবা পীবা ঙমদে। মরমদি নোংমগী চারা নালাগী অমোৎপা মরকসিদা লৈ।

মুংতিগী শঙ্কর আনন্দগা লোয়ননা নালা শেংই। অমনা নালাগী অমোৎপা কোখৎলি, অমনা মীৎ চোংথোকপা মখে লাওথোক্লুনা করি য়াওবগে য়েংই। য়াওরম্মী—বাবু ভায়াশিংগী খুৎতগী নাম্থহৌবা শেনচোই, করিগুম্বদনা খূদোপ, লীক, খূজী। মদু মখোয়গীনি। শঙ্করগী য়েংথংবা মখুৎতা শিরিবা খূদোপ অনী অসিমক অম্নুম্না ফংলকপনি। লাইবক ফরবদি লুপা মরি মঙাদি নোংমগী শোয়দনা ফংই।

ঙসিদি কোখৎপগী থবকস্তু য়েংবগী থবকস্তু শঙ্কর মথন্তগীনি। খুৎ তুম্বদি কিরে। ঙরাং আনন্দগী খুৎ য়াংখিবত্তু খুৎতুম্বদনি। অতুবু লুপা খরদি ঙসিগী পুশিন্দবা য়াদবনি। নোংমতৎ আনন্দনা কুনখিবদা চারা হেল্লি হায়বসি শঙ্করগী ইজ্জৎ শোকই। মিউনিসিপ্যালিটিনা মরক মরক্তা লুপা খরা খরা পীবত্তুস্তু থা কাজি-ল্লক্তদোরে পীরকখিদবা। হয়েং হংচিৎ হায়তুনা লৈরে।

লৈচিন পাথখিবগা লোয়ননা কৈথেলস্তু মী তিনখৎলক্লে। শঙ্কর থবক থারগে লেপ্লে। মরুম অমদা চঙশিন্দুনা অফংবা শেনচোই খরতু মশীং থী। ফনাতুম য়ামলমই—লুপা অহুমগা পৈশা তরা। অয়ুকতুমা চারা ফাওবদি হেল্লরোই। অরাৎপতুদি রামপ্রসাদকী তুকান লৈরি। খজিক্তং নে তাজরে। ফুরিংখাউদা বেড়ী মারকই। য়াওরমদ্রে। শেনফমসিমদি কায়বা য়াদে। শোৎপা তারবদি গৌরীগীদা হেক তাই। গৌরীগী তুকান তম্না অমুক লাকই।

গৌরীস্তু শঙ্কর হল্লকখিবা য়াই হায়তুনা ঙাইরিবনি। রা অমা হংগে খল্লা হংহৌদ্রে।

—বেড়ী মপুন অমত্তগা পীরকখো: গৌরী।

বেড়ী পুথোক্তুনা পী।

—শঙ্কর'দা অচোইবা কয়াম য়াওরকপগে?

—য়ামদেদা।

—অয়াওবহু লৌহৌরগে। হোরেন সিনেমা মতমদা য়াম্না ন্নাগ্রে।

শঙ্কর শেনচোইশিং অহু পুথোক্লুনা পী।

—বেড়ীসিসু বোইদা ইশিল্লো, গৌরী।

গৌরীনা শেনচোইশিং অহু মপুম ওম্হোক্লুনা পী। হায়নীংবা রা অমদি গৌরী হৌদোকপা ইঙম ঙমগ্রি।

ঙসি ঙরাংভা নত্তে শঙ্কর, গৌরীগা থঙনরকপসি। অহুবু নোংমতা ন্নারী-ন্নাতাই শাখিবদি লৈখিদে। গৌরীগী মপা হীরালালগা শঙ্করগদি য়াম্নমক চান্নে। মসিমক্লসু গৌরীনা ন্নাকম অহু পাক হেক হৌদোকপা ঙমদবা ওইরম্বসু য়াই। মরুওইবদি শঙ্করগী ঙাঙগন-শককন্দবসিসু অমনি।

থোং-নৌবা হৈতবা, ন্নাহৈ-ন্নাতা হৈতবা, চীন লূম্বা মীওই-শিংগী মাঙজবসি নহা ওইরিঙৈদনা খিৎ হেল্লি। মী মীগী মুংদা লৈজবহুদি কনানা খঙলুনি। তশেংনা হায়বা তারবদি শঙ্কর অয়ুক অঙনবদা চাখিবা কাহুগী মনম কোকত্রিবনি। পাক্লা কোক্কদবা মান্দে। চুথ্রগা কোক্কন্দবদি চুগন্দবা পোৎতনা খিৎ হেল্লি। মহৌশাগা ইমান মান্নদনা শঙ্করনা হংলকই,—মনমহুবু ইফৎ ফৎত্রিবরা?

য়াম্না খুম্মিংনা খুম্নকই,—ফরে শঙ্কর'দা য়াম্না ফরে।

মপূক্লিংহু ইরাং লাংই শঙ্কর। বেড়ী মপূনদগী মচৈ অম্না শৎলগা চমথৎলি। তাঞ্জা অহু নানথোকহনবা ভৌদনা গৌরীনা

মখা তারকই,—অদু শঙ্কর'দা কাসি খরা পায়বীখো। চৎথোক-ত্রবনিনা . আনন্দ'দাদু মতমলেন ৱারম্নগনি। ঐনা পীরকপনি হায়বীয়ু।

চম্বতা ঙাইরিবা শঙ্করগী চিনবান্দা চপ্লিবা বেড়ীদু মৈ মুৎপ্রে। অনী-অহুমলক চিংদুনা য়েংই। অমুক চাকখৎলকত্রে। মুৎলবা বেড়ী মতেকতু খুবীগা খুদোম্বীগনা শুরু-শুরু নৈথাই। লৈমায়দা থাদরগা অমুক্কসু মখোঙনা নৈথৎলি।

গৌরীনা মখা তারকই,—য়াম্না শাথিনদি শোক্কবা নত্রো ?

শঙ্কর বেরচান মরেংবান্দা থাঙ্গৎলি। খোঙ থাংবা হৌখি। খুম্নকই,—তৎলে, মখুৎতু পূমতৎ তৎলে।

মিংকুপ অমকাও পল্লমত্রে। গৌরী শঙ্করনা চংখিবদু য়েংদুনা লৈহৌই।

(২)

হঞ্জিল্লকপগা বেরচান ফক্লাংদা ঙাশিল্লম্নগা বার্টিন অমা য়াল্লদুনা শঙ্করনা থোকখিবদু আনন্দ উই। মহাক্কী শাউরং-ঙৈরংনবা, চীন পোমগনবা সিমদি ফররোই। শাউবা থুই। ফবসু থুই। শাবান য়েংলুরগদি মহাক্কী মওং অসিগা য়াম্না লাপ্লে।

ঈশিং বার্টিন অমা য়াল্লদুনা হঞ্জিল্লকপদু উবদা আনন্দনা হংলকই,—বেড়ী য়াওদ্রবরা ?

খুম্নক্কে। বেড়ী মপুন অমা লংশিল্লকই। আনন্দ খঙই—শাউরিবসিগী মরম অমা লৈরমগনি। অদুবু অরুবা ৱাফমদি খক ওইরম্নোই। বেড়ী চমখৎকে হায়দুনা তৌরিঙৈদা কা ময়োম অমসু

লংশিল্লকই। হৃংদে—কনানা পীরকপনো? খঙই, গৌরী নত্তনা মঙোন্দা কা পীবিনিঙাই লৈতে।

শঙ্কর চাক থোঙংখ্রে। আনন্দসু হৌগৎতুনা শঙ্করগী মনাক্তা ফম্লুরে। মখুৎ অনাবত্নু মৈদা য়াইরম্মী।

—অফিসতা লাকউ হায়বত্নু ঙসি নত্রা?

শঙ্কর কাউরুরে। শেন খরা ঙসি ফংলবা য়াই।

—নহাকপু চং ঙমদ্রো?

শঙ্কর মরোল লোল্লরে?

—ঙমদা য়াদবনি। মহাজন্দু হৌজিক্তা লাক্লম্মী। তুহয়েং অয়ুক ভরা থনমউ হায়রম্মী।

—ফরে, অত্নুদি ডাক্তরদসু চঙলকসি।

অনীমক চংননবা শেমশাখি।

(৩)

মিউনিসিপ্যালিটি অফিসতা চংলুরে। কাম্লরক্তে। মখোয়না উম্লগদবা মী অত্নু ছুটি লৌদ্রে হায়তুনা উম্লরক্তে। মবানিমক উঙতুনা হল্লকই। ফনা শাংনা লাকপত্নু অনীত্নু রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনদে। হোসপিটাল মপা য়োবগীত্নুদা শঙ্করনা হৌদোক্লকই,—ডাক্তর হায়ত্নু চঙথোকপ্রসি।

—কৈকাম্লোদা।

—কয়াম কুইনা শুমহায় লৈ য়ানি?

আনন্দ মখা তাদ্রে। শঙ্করগী মতুং ইল্লরে। ফনা থীনা শোকপা জাংনি। পেনিসিলিন অমদি কাপ্পীররে। ঈশিং চোৎহন্দনবা হায়রকই। পেনিসিলিন মরি অমগা কাপখিবা তারি।

—ঐনা ঙসাই চঙলশুমসি হায়রে।

—রাথীতু খিৎ ঙাঙলকনু।

মখোয়গী লৈকমতু য়োবদা ফনা থেঙলে। নুমিৎ তাগদোরে। নহান মখৈদি অয়ুকী থবক লোইরগা চাক মতুংদা অজিৎসিং হার্ডওয়ার হাওসতা পোৎ হোন্দোক-হোপ্লিন তৌতুনা শেল খর খরসু ফংজবনি। মতুগী মতমসু হেনখ্রে।

আনন্দ হেক য়োবগা কাচিনদা ঙারিবা ফি ময়োম অতু তিংথোক্তুনা হিপথৈ। মখুৎতু চিক-চিক লাউরকপগুম তৌই। ঈ হৌরমাল্লে। ডাক্তরনা পীরকপা গুলীতু অমা হুকচিল্লি।

—ঐখোয় শেনফুত্তুবু কয়াম য়াওরম্লদগে ?

শঙ্করদি মতুগী ভাব ইতৌ তৌরদে মখোয়না ফংলকপা শেনফমগী শেনচোই অরেম্বা খরদি হেক হেক থাদজবা শেনফু অমা লৈ।

—ইয়াম য়াম্লমদৌ মান্দেদা।

শঙ্করনা শেনফুতু তৌথোক্লুরে। আনন্দগী মমাঙদা শেনচোইশিংতু হৈদোকই। মশীং থী। লুপা কুনহুমদোই পৈশা কুম্থ মঙা। ভারাদি নীফুনি থা অমগী। তথাই ফানিংচিৎ রাংলি। অনীতু মখা তাম্লদে। আনন্দ অশোকপা মখুৎ অত্ত মুল্লা য়েংই। মখুৎ অনীমক তিংথোকই। ময়েকশেংনা উরকই—য়াংখিবা য়ুখিবা ময়ামগী দাগফম ময়াম, নিংথম-কালেন নাইদনা ঈকং থাগী পুপ্রিখোঙবানগী লৈক্রকুম কায়রিবা মখোঙ-মখুৎ। আনন্দগী মতৌতু খঙবগুম তৌনা শঙ্করনা মখা তারকই,— খল্লুমুশে। নোংমা

শোয়বদা তাপ্পোক য়াপোৎত্তে। অস্নুক কুইশি নোংমতা শোয়-রক্কেনা। কান্নদে, শেনচোইশিংসি মপূম শুম্মোক্লগে।

—গৌরীগীদা ?

গৌরী পল্লকপত্তুদা শঙ্কর অমুক মৈ হৌরক্লে।

—উম, নতুগীদা।

শঙ্করগী মতৌত্তুদা আনন্দ নোক্লীংলকই,—মীনা কাম্নদৌ-শরুক ঐখোয়গা খণ্ডনবা মানা কান্নবনা কৈ হায়নিদা !

মখা তারমত্রে শঙ্কর শেনচোইশিংত্তু তনখোম খোমজিল্লগা থোকখি।

আনন্দ খূরবা কা অত্তুদা মথস্তা লোংখাক লোংনা হিপ্লি। মপান্দা গাড়ী অমস্নুং মীয়াম চৎথোক-চৎশিন তৌবগী মখোল কা অত্তু য়োনা চঙলকই। অমুক অমুক চৈনাখোম্না মহাকপু শুগৎ-হল্লি। তত্তনা হংত্তুনতা লাক্লবা রাহং মথস্তা ঙাইরবা মতমসিদা হংলকই—করম্বা মপোক অমনা ইবানিবু মফমসিদা পুল্লরিবা !

পাউথুম লৈতে। কাউবনা ক্ষরবা ডিমাপুর রেলরে ষ্টেসন্দা তুই নত্রগা কাক মচাগুম হিংখিবা চদৎনরবা পুন্সি নীংশিংলকই। ইমারজেন্সীগী মিংদা সিফাইশিং অত্তুনা কয়াদা তমথিনা ওৎখিবা ! পুন্সিগীদি কাউররোই, কোবী পুবা ত্রক অমনা মাবু ইম্ফাল তান্না পুরকখিবা অহিংত্তুগী খোঙচৎ। খোঙচৎ অত্তুমক নৎলমত্রবদি মহাক শঙ্করগা থক থেংনরমলোই। তশেংনমক মহাক খঙখিদে খোঙচৎ অত্তুদা শঙ্কর য়াওই হায়বা। মমাঙদা অমুক্তা মহাকপু উখিবস্নু লৈতে। অত্তুগুম্বা মীশক অত্তু ঙসিদি অমনা অমগী পূম্নমক ওইনা কা অমগী মন্নুংদা হিংমিন্নররে।

—মরী অসি কয়াম কুইনা লৈখিনি! খৌদোক অমস্থু মমাণ্ডদা চোংথোক্লকই।

ৱাংচাউই মুপাহু, কুচু মুই। মরক মরক্তা মখোয়গী নাক্তা হেক হেক লাকই। মমানা হায়—নপানি। অহুবু আনন্দনা মুপাহুগী মফমদগী মচা ওইবগী মুংশিবা মীৎয়েংদি নোংমতস্থু উবা ফংদে। আনন্দস্থু করিগুম্বা অহেনবা মীমুংশি মচেৎ অমতা মুপাহুদা পোকখিবা লৈত্তে। খোইনহুম মুপাহুনা লাকপসি মহাক্বী হৈনদবগী মথক্তা শাউনিংবা অমস্থুনি। মহাকপু লাক্লবদি মমানা মহাকপু হেক হুদোক্লম্লগা ঙৈহাক ঙৈহাক মাঙখি।

অহিং অহুমদি মহাক খক কাউবা ঙম্লরোই। তশেংবদি মহাক্ত তূম্ল্রে। অরাঙবা মীনিল মরক্তা তুম্বগী হৈনবী লৈরবা আনন্দ অয়াকপা মীকপখোল অমনা মাবু মীকপ থোকহল্লম্মী। মহাক খঙলকই মরোন লোম্না লোম্না কপ্লিবহু মমানি। ফুক হৌগৎলি। মুপা অমনা মমাবু শরাক তমহুনা লৈবহু উই। মুপা অহু মহাক্বী মপানি হায়বহুনি। মীয়াম্না খামদোকপা মহাক থৌশাদে। চহী মাপলতা ঙায়রিবা আনন্দ তপ তাবা মখৈ মমানা কপ্পহু য়াওরম্মী। করিগীদমক মমাবু অহুক তমখিনা ফু-চৈরিবা হৌজিক ফাওবদস্থু খঙবা ঙমদ্রি; মুমীৎ অহুদগী মুপা অহু মমা-মচাগী নাক্তা অমুক লাকখিদ্রে।

—ইপামক ওইরবদি মহাক্লা ঐ অমস্থুং ইমাবু করিগী অহুক লায়না থাদোক্লনা চৎগ্রিবা! অহুগা করম্বা মরী অমনা শকখঙ-নদবা মীওই অনী মফম অসিদা অমুক কুইনা পুন্দুনা লৈমিন্নররিবা।

চহী মাপল মপুং ফাজিল্লক্লে মফমসিদা মবানি লৈমিন্নরক্লিবা। আনন্দ হৌজিকসু খঙদ্রি শঙ্কর কনানো! খঙলূবগীসু কান্নদে। মাগী য়ারীদগী কৈসু তোপ্লম্লোই। মতুদগী নোংমগী থেংনন্নিবা থৌদোকশিং মায়োক্লবনা হেন্না মরু ওই।

শঙ্করনা হল্লকপদদি কৈথেলগী নিল-খোংবা পুস্থা নেমথগ্রে। মহাক্না হল্লক্লিবা ফিভম অদু উবদা আনন্দ খংশাউ শাউনিংই। অনৌবা অমবুদি নত্তে। য়ুদি শঙ্করগী থৱায়নি। য়ু থক্লনা লেনখিবা মুমিদাং অমতসু য়াওখিদ্রি। অদুবু ঙসি ঙৱাংগী ওইরিবা শেন-থুমগী অচীনবা অসিদা য়ুদা খরচ তৌবা হায়বসি মরম চাদে। অদুম ওইনমক রা ভাঙদে আনন্দ। শঙ্করদি ফনা ফজনা পাল্লে।

—গজরাম হায়বা য়ু নিরগা থকপদুনসু লুপা তরাখক পায়রগা ফুতানি তৌবা শাই। মানা তরা তৌবদা ঐনা কুন তৌগনি।

নহানমখৈদি আনন্দ য়াউবনিনা খুন্দা থক চারবসু খংনচৈনবদি তৌদবনি। খঙই, শোয়দনা খংন চৈনবা অমা থোক্লে।

—দাদা কেশোরামনা খান্নমদ্রবদি মঙক অদু লৈথংলমগদবনি।

ভাঙনা ভাঙনা য়ু লীক্লী পীকথনবা অমা আনন্দগী মমাঙদা থমই। চনা ময়োম অমসু।

— ঙসাইনা লাক্লদৌনি। বেশ্যাগী মচা শউন তুবদুনা পলহল্লে।

আনন্দনা য়া-লাং ভাঙদনা লৈবদুদা মখা তারকই—কান্নদবদা দিহে মন্নবা য়াখল খনগনু। হিংলক্লিবসিদি চহী তরানিপাল-মাপল। গিলাস অমতং থকচিল্লু পূম্নমক নেমথগ্রগদবনি।

ন্না ঙাঙবা লেপ্তবগী মতীক থবকস্মু লেপ্তে। গিলাসতা হৈথরকই য়ু অদু। ঙাঙবস্মু লেপ্তে—নঙনা খল্লম্বা য়াই নঙবু কাউগ্নে। মদু শুকনং নত্তে। সিফাই মরকসিদা পোং পুদুনা লাক্লিবসিনি নঙগীদমক। থকচিল্লু, সে থকচিল্লু।

শাউনিংলবস্মু অশাউবদু উৎপা তৌদনা আনন্দনা খেমজিল্লকই,

—ফরে নঙ য়াম্মা ন্নানা উরে, পোথারো। হীদাক কাপলি-বনিনা ঙসিদি ঐ লেপ্লগে।

—হীদাক পুম্বগী মবুধৌদি সিনি। নঙ নীংশিংলিদনা হৌখিবা চহীদা খোঙবী অসি তূপকদবমুক য়াৎখিবদো। ডাক্তরগী হীদাক অমতা থাখিদে। শিদ হিদাকসিতনা ফখিবনি। কান্নদে নখূৎতু পীরকউ গিলাসসিমা পীথক্কে।

আনন্দগী অশোকপা মখূৎ অদু ফারগা য়ু গিলাসতুমা হৈজিল্লি। অমুকস্মু গিলাস অমা হৈরগা আনন্দদা ইল্লে। ঙসিতগী ন্নাস্মু নত্তে মহৌশানস্মু আনন্দদি য়ু পামদে। থক্লবস্মু চাং অমদা লেপচবনি। অদুগীস্মু মথক্তা মপাঙ্গলস্মু মহাক্লা হেল্লি। মহাক তশেংনা শাউরে। গিলাসতুমা থকথ্রবা মতুংদগীদি তৌগে হায়বা অমা য়াওনা মখূৎমক্লা হে হৈদুনা থকচিল্লে। নেশা ন্নাংখৎলকপগা লোয়নননা আনন্দস্মু থৌনা লাক্লে।

—শেন্দুদি কদাই?

—লোইগ্রে।

—কলেজা তৌথোকগ্নে নত্রা?

—থক্কে হায়দুনা থক্লিবনি। নঙনা নেপালী কছূবীদুদা কুন-কুম্বা, কুন-কুম্বা। হুন্দোকপদু ঐ করি হায়।

হন্দক্কী য়াহৈসিমদি মঙোন্দা চপ চানা পাল্লে। শঙ্করনা মু পাম্বমুক আনন্দনা মুপীদা ঙাওজে। চুম্না ঙাওজবনি। হেথিল্লুদে। মতু মাগী য়াশিনস্তুনি। মগুং মমাম্নবদগী হম্নুবী ফাওবনা মাবু য়াই মাবু মুংশি। শঙ্করনা য়ুদা শেন তিংবা পাম্মদবমুক মহাক্না মুপীদা শেন তিংবা পাম্মদে। অতুবু তিংলিবা শেন মতিং অতুমক্তি শঙ্করনা লৌরিবা অর্থ অসিদা নত্তে। পাংবা য়াবদা মতেং পাংবনি।

শাউনিংবনা য়া ঙাঙবা থোক্তে। অশাউবগা নেশাগা পাখরে। য়াহৈগী মহুৎতা থবক্লা উৎলক্লে। মনাক্তা লৈবা পোৎ চৈদা কম্থী ফুদোক্লকই। করিনা থেংখিবনো খঙদে, য়ু লীক্লীতু তুপ্লে। লৈমায়দা অয়াউবা খরতু ওরো ওরো তারতুনা ওল্লি। অনীমক অমত্তা হৌগৎতে।

শঙ্করগী মমীৎ লাওথোক্লক্লে। য়ুদি মহাক্কী থরায়দগীস্তু হেন্না লুনা তৌজবনি। মমীৎ অতুনা চাথোক্কদবমখৈ য়েংলতুনা আনন্দ তম্না হোৎচিল্লক্লে। আনন্দদি অতুক য়ৌনদি শাউবা নত্তে। মহাক্কী ফিভম মতাতুদা শঙ্করনা অতুম্না নমজা নমথেক্লরককনি হায়বস্তু থাজরুদে। মহাক্কী কল্লবা পান্বোম অনীতুনা নম্থরকপদা আনন্দ লোংনা হাইথরম্মী। তুদনবা ঙাকপদা মখূৎ অশোকপতু থেংপ্লে। অতুফাওবা হন্দে শঙ্কর। মপাঙ্গল ফুদোক্লকই। অস্তুম খাঙতুনা লৈবগী থৌনা লোইপ্লে। মহাকস্তু থৌনা ফুদোক্লক্লে। পীক্লবা কা অতুদা তুই চীক্লবগুম্না চীক্লরক্লে। লাউথোংবদি তৌদে। মবানিনা অমুক অমুক থেংবদা ফক্লাংশিং অতু থোক-থোক নোমই। হাঙলবা লীক্লি অতুস্তু নম্না অতু য়াউরি। হেম্নদে অনীতু অমনা অমুক মথক থংই, অমনা অমুক থংই। কাচিন্দা লৈরম্বা ঈশিং বার্টিন

অহুস্থ নম্নবহু য়াউররে। ঈশিংনা কা অহু পুমতাউ তাউরে। মশা পুম্বহুস্থ পুমতৈ তৈরে।

অস্থুম্না নমনবা মথৈ নম্নরম্নগা চোকথরমাল্লে কনানস্থ খামদোক্ল্বা য়াউদনা অনীহু হন্দোক্লগ্রে। শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লহুনা নাকন নাকন্দা তাহুনা লৈ। অমুক অমুক হৌগৎকে হোৎনৈ। হৌগৎপা শুমদে।

ঙৈহাক্চী মতুংদা পুম্নমক অহু নেমথগ্রে। কাহুদা থাল্লম্বা লালতেন অহুস্থ মতাং চানা থাউ লোইগ্রে। পুম্মম মম্লে। মিংকুপ অমগী মন্নুংদা কা অহু পুমচীক চীকগ্রে।

( ৩ )

শঙ্করনা মিকপ থোক্লকপদা ফনা থেঙলমলে। মশা অহু পুম্নতেক তেক্লে। হৌগৎকে হোৎনৈ। লেঙবা য়াদে। অমুক হিপথৈ। থোঙনাউদগী ফাওজিল্লকপা মঙালনা মমীৎতা য়েরকই। মমীৎ পাঙথোকপদা উরকই—কাহুদা ওইরিবা ফিভম। বীভুলা চুই। হিপথবা য়াদে। নীংশিংলকই—ঙসিনি মহাজন লাক্কদবা।

হৈনিংদা হৈনিংদা হৌগৎলি। চাইরিবশিংহু তপ্না তপ্না লোইশিল্লি। ইশি-শি মথৈ তুম্লিবা আনন্দবু উরকই। ফিভম কায়রে। ফিশু শুপ্তে, মোনস্থ খাঙদে। মশাহুস্থ পুমতৈ তৈরে। শঙ্কর তপ্না তপ্না চঙশিল্লি। মকোক অহু থাঙ্গৎলহুনা মোন অমা খাঙহল্লি। ফি অমস্থ শুপচিনবী। অহুক য়াম্না লেঙবহু আনন্দ তাদে।

আনন্দ য়াম্না মুংঙাইনা ভুমহৌরি। মচীন ফাওবা শেংবা নংদনা বেরচান মরেংবান্দা থোঙ্গৎলহুনা শঙ্কর হোবে হোবে কাহুদগী থোকখি। 

# অধিকার

ওরাং কৈথেল মচাদা পাংথোকখিবা মিতিং অদু য়াউরুবদগী কবোকলৈ থোনা অমা লাকপগুম তৌই। মুপী সমাজগী লুচিংবীনি হায়, মশকনে, মতৌনে, ফিজেৎ-চাকচেৎনে, ওন্থোক্লা মথোনা লৈনা মরিক চুম্না গাঙথ্রে। ওসি ফাওবদা রাহৈশিং অদু মনাকোংদা অদুমক ওংতুনা লৈবগুম তৌই—

"............ ওসি ঐথোয় কুনগুবা শ্বতাব্দী লোইশিল্লক্লদুনা কুনমাথোইগুবা শ্বতাব্দীগী শাংলবা খোঙচৎ অমদা চংশিল্লক্কদো-রবনি। কুনগুবা শ্বতাব্দীগী অমনবা রাখল থাদোকতুনা অনৌবা শ্বতাব্দীগী অনৌবা রাখললোলগীদমক ঐথোয় শেম শারগদবনি ...

মুপা অমসুং মুপীগী মরক্তা লৈবা অখুবা খেন্নবগী রাখল অতু ঙসিদি থাদোক্লগদবনি। মুপী ঐখোয় মুপাগী মীমাই নত্তে। মুপানা ঙম্বা পূন্নমক ঐখোয় মুপীসু ঙমফম থোকই। মুপানা ফংবা অধি-কার পূন্নমক ঐখোয়সু ফংফম থোকই। মুপী চাকখুমগী লৈরং নত্তে। নত্তবা চিঙ্গাক চাশিল্লগা মশাগী পেন্দবা খরগীদমক অচুম অরান থিদনা য়ুমগী মুপীবু ওৎ-নৈবা, ফু চৈবতু খাঙহনা লৈথোকপগী মতম হেল্লে। সংবিধাননা পিবা ঐখোয়গী অধিকার তানবদা ঐখোয় খক নীংহন্নরোইদবনি।………”

মহাক্কী রাহে অমমমদা মীয়াম্না খুখিবা খুবাক অঙকপনি। কবোকলৈদি পেনমনগতুনা ফন ফন হেক চোংবমখৈ খুবাক খুই। পেন্না খুবতুদগী হেন্দোক্তুনা মিতিং লোইবা ফাওবা ভাইতুনা মুপীতুগা উন্নহৌই। মমিং মথা হংহৌই। মতম থানখি।

—ঐ নোংমত য়ুমদা লাকচগে। লনাই রাফম অমা তান্নদবা য়াদ্রে।

হরাও হরাও য়াবিরকই—হয়েংমক হেক্তা লেঙলকউ কৈদোগে। ঐনা ঙম্বা ওইরবদি তেংবাংজগে। কবোকলৈ হরাওনা ময়ুমদা হল্লকখি। ঙসিসু ঙরাংগী ভাষণ অতুনা হাপখিবা থৌনা হন্দ্রি। নোংঙালহননীংবনা অহিং চুপ্পতুমা তুম্বা য়াখিদে। অমুক্তংদি মাগী মুপাবু মুপী থৌনা খঙহনগে হায়বসি মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লবনি।

মপুক্লিংদা শীংই হে-হে ঐগীসু মতম লাক্লেদনা। মুপানি ঙমই হায়তুনবু মুপীবু শা-ষণদৌনা ফুবা। খঙগনিদনা।

ঙস্তা হৌগৎলি কবোকলৈ। থবক ইনথাং ঙস্তা লোইশিল্লি। মফি তনশেৎ শেৎলি। মাগী মুপাদি তুম্লি। মাগী মুপা তানবা মচানুপাদা লাউরকই,—হাই, কুমার! অঙাংশিংগা নীংথিজনা লৈরম্মু। ইমা থবক অরুবা অমা চৎলুগে।

কুমার মপাহ্ন তুম্বমক্তা নত্তে, য়াওন শুদহ্নুনা খাদমুক ম্নাংদ অমুক ওন্দুনা হিপ্পা হায়হ্নুনি। মাগী মুপীনা ঙাঙলি, শকলিবা লোইনা তাই। অঙাং কপ্পস্নু তাই। অহ্নবু তাশিন্নদে। হন্দক চৎলুখিগে হায়বসি তাবদগী অফিং অফাই ওই করিওই কাংখল হাইদোকলকই। অঙনবা অয়ুকসিদা, মাগী মুপীনা মফি মরোল তনান তনান শেৎতুনা থোকখিবহ্নুদা নংহৌররোই মতাগুম লাউ-রকই—কদাইদনো চৎলিবহ্নবু?

কবোকলৈ খোন ম্নাংলপ খুমলকই—থবক চৎলিবনি।

কুমার মপাহ্ন ঙকলপ ভৌনা মখা তারকই—থবক হায়বু কৈনো?

—থবক হায়দি খবকনিদনা।

কুমার মপাহ্ন শাউরপ তৌনা মমীৎ অহ্ন খারপ মাগী মুপীদ য়েংলহ্নুনা লাউরকই,—খোন ম্নাওবরা হায়ববু চৈ চানি। নঙগী থবক্কা খঙদে, চুরুপলা বেড়ীরা খরা লৈরম্মু।

—লৈয়ুদনা ঐদি শেনকা অমত্তা লৈজদে। ইশাগী থবক্তি ইশানা খর খর তৌনসি।

মুপীগী খোন্দাশিদা কুমার মপাহ্ন হিপ্পা য়াদ্রমাল্লে ফুক হৌগৎতুনা ধমকা তৌরকই। ফমুংদগীদি কুমথদে চৈ থাংলকই,

লাউরকই, ছুনিয়াগী অথিবা খোন থাহুনা।

—ধমকা'হুনকা কান্নপোনতে, হায়রমলগা কবোকলৈ ফেৎলাওনা খোকথ্রে। কুমার মপাহু লাউহৌই-- মঙ হন্দি হজিল্লকখিনিদনা গাড়ী ষণনা ঙাওরবদি শিপা চাবনি, শিপা।

হুম তৌজশারিসে, হায়না শোম্থাংনরমলগা হন্নফাও য়েংলমদনা থোকথ্রে। ঙরাং মুপীহুনা পীরম্বা চেজেৎ অহু ফুরিতখাউদগী লৌথোক্তুনা য়েংই,—"নীংথেমমচা ওংবী তমুশীজ, বি, এ, কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাই।"

রিক্সা অম্মা তনফা ফাহুনা কৈশামপাৎ তমলকই। থিবা রাদে। মমিং লৈবা মুপীনি। হং হংহুনা লাকপনা ইরা রাদনা ফংলে। কোল্লুপ অহু চেকপলনা ইকোয় কোয়না খাই। খোঙ হেক থাংজিনগদবা হঙ্গোইরপ তৌই। কোল্লুপতুদা য়ুম অহুম খমত্রাং শাই। অমনা অমদগী তাদে। চেক্কী ঙাক্তি, তরু তনাললি। শুমাং মাঙ্গোল পুম্নমক লৈগী লৈ ঙাক গমলাগী গমলা ঙাক। শুমাং মতোন্দা ঙৈহাক লেপ্তুনা লৈ কবোকলৈ। করম্বা য়ুম ওইরমগবা। মখা ইথং থংবা য়ুমহুগী মাঙ্গোলদা মীয়াই হেল্লবী মুপী অমা মৈফু তিক্লহুনা লৈ। চংশিন্দুনা হংই,—তমুশিজগী য়ুমবু শি ওইরবরা?

মুপীহুনা খুমলকই—অরাং ইথং থংবসিনি, ইবেম্মা।

কবোকলৈ পন্দে মমায় শৎ লৈথোক্লুনা খোঙ থাংবা হৌই।

—মুক্তঅ ঙাইখো ইবেম্মা! মুপীহুনা মখা তারকই। কবোকলৈ মমায় লৈশিল্লি।

—কৈ থবক্লিনা, ঐখোয় তমু হংববো?

—এ চুম্না রা অমত্ত তাম্নজগে তৌনি।

—অতু তঙাই ফদবা নত্রবদি ঙসিদি উন্নরুরমুদো।

কবোকলৈ ভাব ত্যাবা ঙমদে। মথন্তা ঙকচান্নরিবতু ভাপ তামাল্লে মুপী অতুনা মখা তারকই—শুমতোবা তমুশিজা হায়রিবীদো ঐগী ইনাউ মুপীনি। করি ৱাহৌগীনো খঙদে ঙসিতু মতৈ মনাও য়াম্না খৎনথ্রে। পেতিনা কল্লি হায়ব্রা করিনো, হনুথংদা অঙাংমচাদৌনা মখোন থোকপমখৈ কপলিবসিনি।

মুপী অমা কপ্লগী মখোল তারকপগুম তৌই। কবোকলৈ ৱা অমত্তা ঙাঙদে। মপুক্লিংদা শোল্লি ঐগীশিবু গুন্নরবরনে। শোম্থাংনা অমুক হংই—মুপী কাংলুপকী সেক্রেটরিতুনিকো ইচে।

মানে মানে ঙরাং কদাইদনো মিতিং চৎলুবদা থেংনা লাকই হায়বরা করিনো, মতুদগী মথং মথং শমথনরকইবনি।

কবোকলৈ ভাব খংতা তারকই। শ্বর মপী অমা শাংনা হোম্থরতুনা—"তুদি নোংমা লাকচরগে" হায়রমলগা খোঙলৈ থুনা থোকলকই।

রিক্সা অমা তোংলকপতুম্থ থাদোকখ্রে। মখোঙনা পরপ পরপ থোকলকই।

চৎলমদাইদা মাগী মুপানা হায়হৌবতু মনাকোংদা তারকই,—নঙ হন্দি হঞ্জিল্লকখিনিদনা। খোঙকাপ মশীং থুজিল্লি। ফনা শাংবা লম্বীনি ঙসাই রিক্সোদা লাকখিবতুফাওবা ঙাইঙমখিদে য়োনীংবনা, অতুবু হন্দক্তি য়োখিবা খঙহৌদে। খল্লি, হোরেল কদাই চৎলুই হায়রগা করি থুম্বা। শ্বর মপী শাংনা হোল্লি।

পান তুকান মপা য়োবদা খঙনিং নীংশিংলকই, "চুরুপ্লা বেড়ীরা খরা লৈরম্মু" ꯿ ১৯৭০

## মৈতৈ-মনাও

ঙসিদি খাম্বা য়াদমথৈ শাউরে কুমারহু। লম্বীদা তারক্লবনি মপানা ফুবদা মমাহু মখূৎ তেক্লে হায়বা। নহান মথৈদি মমানা খাম্বা তাহুনতা লাকপনি। য়ু থকচিন থকচিল্লগা মপানা মমাবু ফুরিবসি হৌজ য়ামলক্লে। ঙসিদি খাঙব ঙম্বগী ৱাংমদা লৈরে। হেক্ তাবগা ময়ুম তমলকই।

মমাহু কপ্তুনা লৈরম্মী। মনে থরোনা মফি হোংবি। ইফিং-ফিংনা কুমারনা হঞ্জিল্লকপহু উবদা কবোকলৈ শ্বাই লাওই। ঙসাই মথৈদি কপ্পনে, লাউবনে, ঙাঙবু-ঙাঙবনে, চৈবু চৈবনে লোইরম্বনি। —ইচা লাক্লগা খঙনিদনা ঙসিদি কুম্মে তৌহনগে। নহান মথৈ ঐনা

খামহনতা লাকপনি। কুমার য়োরম য়োকাৎত্রিঙৈদা হংলকই—কৈদোরে? কবোকলৈ খুমদে। মপি তৈথোকই। খোন খরা কল্লপ কুমারনা লাউরকই,—য়ুঙাওবহননি, নত্রো! মনেনা খুমগে তৌই। কবোকলৈনা খামই। খুমলকই—নখোয়না য়ুমগী মথাদা ঙৈহাক্ত ফাও-লৈতে। ইতেং খজিক্ত ফাও পাংবিদে। হোবে, হোবে, নংনবা চেনবদা তুশিল্লিনিদনা।

কুমার মহক্কা তাদে। লাউরকই,—কদোম চৎখি। ইমুঙদ ফিংনা চংখি। লৈরমদে। রা অমতা ঙাঙলমদনা অমুক থোকখি। মুংশা খিনা লাউহৌই কবোকলৈ—কদাইদনো চৎলিবহবু? ঐ লৈরিক্কীদ অমুক্ত চৎলুগে য়ুম শঙহৌও।

খাম্বা তাদ্রে, কুমার হন্না ফাওবা য়েংলমদনা চৎথ্রে। কবোকলৈ ফ্রিং-ফ্রিং হেক চোংই,—ইনম্মা। অমুক্তা খাম্বীয়ু, মপা-মচা হাৎনহনা লৈকাই কুম্মৈ ওইতারে।

কবোকলৈগী মনম্মনা শাওরপ খুমলকই,—মহোইথোক তৌরশনু পু-থাং ঙমপোৎতে, নখোয় রাশি। নঙবু হৌজিক্তা ইচাদা লাকখিশম্নু কুম্মৈ তৌহনগে হায়দাইনে।

হায়নীংঙাই লৈত্রমাল্লে কবোকলৈ, মখোঙ শিং হেক তিংথোক্লহনা অমুক তেংথারকই,—নহানমুক মপোক হায়হদা কয়ামুক চাওবা পাপ তৌরুহনা অমুক মপোক থিরিবনো ঐবু।

শাউরকই মনম্মাহ—চৎতৌ চৎশিশে, য়ুমদা থবক য়াঙ্গোল অমা লৈহৌরিপোৎনি। তেংথাহনা কান্নপোৎতে।

মখুৎ অতেকপহ শমলুদোম্নিবনি হায়হনা থোকমিন্নখি।

কুমার, লৈরম্বা য়াবা মফম খুদিং চং-চংডুনা মপাবু থিরি। লৈরম্বা মফমদা কুম্মৈ তৌগেশিনি। শাউনীংই, তশেংনা শাউনিংই। মুপীনি খূৎ হল্লকলোই হায়ডুনবু পংফু-ফুবা য়াত্রা!

থিবা য়াবা থিরুরে। মপা থিবা ফংদ্রে। অমুক মুংশা থিরকই। কদাইদা তুডুনা লৈগ্রবা জাৎনো! শাউববুদি হনবা নত্রি। শাউরিবশিগী মরম য়াম্না লৈ। ঙসিগী থৌদোক অসিতগী ৱা নত্তে।

কুমার চাউরক্লে। মনীং থুংনা শেৎ-চাবা ফংদে। মমাঙগী চহীদা মেত্রিক থাই। লাইবক থিহৌরে। করিগী থিদনি। পাননবা লাইরিক লৈতে। মমাদা হায়, কান্নদে। নোংহেক ঙান-বদগী লৈরং মনাক্তা ফমলডুনা চা-বোরা য়োনবী মমানা করি তৌবা ঙমগনি। নোংমগী চারা ফাওবা অনীশুনা চাবা ৱানা থোকই। উপাই লৈত্রবনিদো হায়ডুনা ꠰পানা অয়ুক্তগী মুমিদাং ফাওবা য়ু পিৎ-পিৎ থক্তুনা লেল্লি। মচা মরিগী চরা হুনবগা, মপাগী য়ুশেন হুনবগদা মমানা নোং ফুং ঙানবদগী মুমিৎতাবা ফাওবা লৈরংদা ঈ দান তৌরি। লৈত-লাইরগী লানফমদা নোংমতা কাংদনা ফুনগনি, চৈনগনি, খৎনগনি, মমাগা মপাগা।

মমাগী মতৌ য়েংবা ঙমদডুনা করিনো শেন থোকপা থবক অমদি তৌশিরা খন্দুনা নহা ওইবগী ইকাই হঙোই থাদোক্তুনা নোংমা-নিনীমু মথুরাগী মতুং ইন্দুনা চেক-শুবা য়াওরুরবনি। মতুমু মমানা য়াদে।

—ইম্না লৈরি। মেত্রিকসিদদি থাদোকখো।

মুমিৎ তরেৎ নিপালনি গুরে কবোকলৈ হোটেল মৈ মুৎলকপা। মচাগী মেত্রিক পরিক্ষাগী থিফম থোকপা শেন থিখিবদা লালোলশেন মুৎখ্রে। মুমিৎ মরি-মণ্ডানি মীগী মতুং ইন্দুনা হাজিরা শুবা য়াওরুরে। মশা ঙমদবদগী মতুম্মু লেপলে। মুপাগী য়ু-শেন হুনবা ঙমদ্রে। ঙসি খৎনবগী য়াহৌম্মু মসিনি।

কুমারনা ময়ুমদা হল্লকপদা ফনা থেংলে। ফনা কননা থিহুনম্মু মপাবু থিবা ফংদ্রে। চাকস্মু লামশিনলক্লে। ময়ুমদা হল্লকলম্বস্মু য়াই হায়হুনা লাকপনি। শাওবদি ইনেম নেমদ্রি।

হেক থেংনবা মফমদা অমুক্তংদি হায়বসি চপ য়ুংনা লেপ্লবনি।

মাঙ্গোলদা মনাউ নুপা ইতোন তোনবহুগা মচে অনীগ শান্নহুনা লৈরম্মী। হংলকই,—ইমা লাক্লবরা ?

—হল্লক্লে, মচেনা খুমলকই।

—য়ু ঙাওবহুদি ?

—বাবারো,, ঙসাইনা লাক্লে। ইমুঙদা লৈ।

কুমার মিকুপ অমা ফাও পম্বা তৌদনা হেক্তা কিম্মরুরগে মতাগুম ইমুঙদা হোৎচিনখি। নুপী মচা খরা চাউবীহুদি মবুংগী মতৌহুদা নুংশা থিহৌই,—করি থোকঅগবা।

চাকখুমগী কা অহু হেক য়ৌবদা মৈ হৌবা মখৈ শাওরম্বা কুমারহু হুৎ হল্লি। থোঙজিন্দা চপ লেপ্পী। মপাহু জ্ঞান তানা খুদৈ তরু-তরুবা অমা শেৎলহুনা চাক থোঙলি। ঙৈহাকী মমাংদা

কপ্প-কুপ্পনে, তেংবু-ত্তেংথ্যবনে ভৌরম্বা মমাত্থ্ করিমতা থোকখিদ-বগুম করি-করিনো ঙাঙশক্লত্থ্না মপানা চাক থোংলিবত্থ্ য়েংলি।

কুমার রা অমত্তা ঙাঙলমদনা মিকুপ অমতং য়েংলমলগা মমাই লৈথোকলকই। কুমার মমাত্থ্ ভাপ তাই-মচানা চংলকখিবা অমম্ভুং রা অমা ফাওবা ঙাঙলমদনা থোকখিবগী মরম। লাউরকই,

—অমুক চংথোকপ্রম্মুকো, চাক লোইরবনি। ✿ ১৯৭০

## লিম্বোইঙম্বী

### লিশিং অমা চাম্মাপল মরিফু মরি

মুং শিরবী পাউনা বজার ! কয়াদি কুইরবা নহাক্কা উন্নরুদবা ! চহী অমগী তুং ঙসিদি অমুক উন্নররে। নহাক্কা উন্নবগী মিকুপসিদা উরকই ইমীৎসিদা নঙ ঐগী কাউরুরবা মরূপ মপাংশিং—বিহারী হোটেলগী বিহারী, উমেশ হোটেলগী উমেশ অমস্মুং রমেশ মচিন-মনাউ ; পানদুকানগী মোটিলান, কৈলাস, রামপ্রসাদ মখোয়শিং অহুনা কৈদা চৎথ্রবা ! সৈত্যনরায়ন হোটেলগী চা-চিনিকম পতি করা ? অমুকস্মু ভাতোম্বা ! চে মচেৎ অমা পেন্সিল অমগা পায়-রহুন্না চা গ্লাস অমতং থকপা ফংনবা ফাগি মতেক-মতেক তৌরবদো। মথন্তা হেক হেক রাস্থ-রাস্থথৈ নোকপদো অতেকপা ময়াম্থু উৎলহুনা।

উৎলবদো অয়েকপা লাই মচে-মচেৎ নোকমি নোকমি তৌরহুনা।

—করি ফিলম য়েংসি হায়বা ?

ইবোচৌনা হংলকপহুদা মিকপ থোকপগুম তৌই। অকিং-অফাই ওইনা খুমই,—ইয়া য়াই।

চহী অনী খরা কল্লপ লৈরম্নগনি ঐনা মপান্দা লৈরুবা। সেনেমা য়েংখিদবস্থু কুইরে, ঙৈহাক পোথারুশি হায়রুনা হাইগৎ-লকপনি। হোল মমাঙদা পৈরম্নিবা মীয়ামহু উবদা সিনেমা য়েংনিংবগী ইরাং পুম্বা নেমথবগুম তৌখ্রে।

—মীয়ামসিদা য়েংলগুমসিদা।

—উসারোমদা খরা কোম্লম্বা য়াই।

অমহা অমহানি। খজিক্তুংবুদি শাকবগুম তৌই।

— সিদা লাইবক য়েংলসি।

ইবানি মীয়াম মরক অহুদা চঙশিল্লে। ইবোচৌ লেংলিবা টিকেট লৌফম পরেং অহুদা চঙশিন্দুনা য়াওখ্রে। মমাঙদা মী তরামুক্তনি।

—মখায় অমতংগা য়াওরিবরা ?

—মখায় নৎত্রবদি য়াদজাৎলা ?

—য়াদে। অচোইবা হেক পীহৌদবদা লুপা অমা লৌখিগ-দৌরিবনি।

অঙ্ক ফনা কূপশিল্লকই। তৌবগীদি মসিনা চুম্বা জাৎনি। ঐম্থু য়ানিংই। অচোইবা কায়রুখিগে হায়ম্লগা থোরক্লে।

ফনা নোক্লীংবা রানি, অহুক য়াম্বা হুকানশিং অহুদা মখায় অমতা কংদে। মীগী লমদা হোঙহৌরিবা অচোইবা, পৈশা অনী

চৎপী ফাওবগী লৈগৌরিবা মমল নীংশিংলক্কবা ঙমদে ? পান দুকান অমদদি অরাওবা খোন অমা অনীস্নু থানরুরে। ক্বা মতপ অমা চাগে হায়রুববু অচোইবা লৈতে অনী লৌ নত্রগা চুরুপ ওইনা হাপকে হায়।

ঐনা খুমই,—ঐগীস্নু চুরুপ মচৈ অমা য়াওরি, ক্বা মতপ অমা পীয়ুদনা।

মখাবুদি পঙশাং শাংথরুদে। কাইনথংদা মৈতৈ ইমা ক্বায়োনবী অমদগী ফংলদুনা কায়রকখি।

ফনা কুইরে ঐনা চৎলুবা অতুবু টিকেট থারমদ্রি। পুলিস হবিলদার অমনা কন্সটেবল মঙাগী খূৎপু অমা পুরদুনা থুংলরে। টিকেট ফংবগী আশা নকশিল্লকই। হবিলদার অতুনা লাউরকই,—কিউ থুগাইগন্নুকো।

কিউনবু কায়দ্রবদি টিকেট ফংবা হায়বসিমদি শোয়দ্রে। ফন কুইনা অমুক লেপ্লে অতু ফাওবা টিকেট থাদ্রি। ঙৈহাক্কী মন্নুংদা নুপী খূৎপু অমা থুংলরে। কদোমদগী করম হায়না অতুক থুনা থুংলখিবনো খঙহৌদে। মিৎকুপ খরতুদা মীনা পিক থনগ্রে। নুপী খূৎপু অতুস্নু নাকল অমদা পরেং অমা শেমগ্রে। দৃশসিমদি ঐঙোন্দা পুন্নৌ নৌবনি। ইং লিশিং অমা চাম্মাপল মরিফুমরি চহী অসিদা ফংবা অনৌবা এক্সপরিয়েন্স অমনি।

পরেং অমদনা মশা মউ ফরবা ইনথংলকপগী ঈ থেংলিবা নহারোলশিং। পরেং অমদনা ইমা মানবী, ইচে মানবী, ইচল মানবীশিং। মখোয় কনাস্নু নাচুংদে। মীয়াই চল্লবীনা নমই। মৌ নহা চহী কুনতরেৎ-নিপালমুক্কী লেং অনী অহুমদি য়াওরি।

খ্বাইদগী নহা ওইবীত্থমদি কুচুদি মুনং তৌই হায়ববু রাশিদি ফনা নীংথিজনা লৈ। চেংনা পূনবা শম্বুল অত্থুদা য়েপলিবা হঙ্গাম মপাল চরোং অত্থু ফনা জুং চাই।

তশেংনমক দৃশ অত্থুনা ঐবু চিংশিন্দুনা পুশ্রে। পুকচেনস্থু ফনা তিন্নবা উই মখোয়শিংত্থু। অহল ওইরবী অমনা বেড়ী মচৈ অমা চমথৎলি। মচৈ অত্থুমনা মখোয় থুংনবা থকমিম্নে। অমুক অনীরক চিংই। মথং মথং লাম্নে।

পরেং অত্থু লেঙবা হৌরক্লে। টিকেট থারে। লাউনরকই।

—নাকন্দগী লৌনগুমসিকো।

হায়না হায়না মপাঙ্গল ফরবা নহারোল কাঙবু অমমুক চঙশিলক্লে। মুপীশিং অত্থুস্থু চঙশিনখি। পুম্নাঙ লাঙই,—অনী, অহুম।

—মাঙগীদো লৌরবদি হন্দোক্করসি।

—নাকন্দগী খূৎ থিংজিনগন্থু।

লাউনা লাউননা মাঙশ্রে। কিউ থুগাইগন্থু হায়ত্থুনা লাউরম্বা থনা বাবুশিং অত্থুস্থু মাঙশ্রে। ইবোচৌদি অত্থুম লেপ্লি। মচীদি ইরেং লেঙদে। ইমা মানবীশিং অত্থুস্থু ইন্নবা য়াওরি। লাউরি,

—করিনো ঐখোয় মুপীস্থু থরা কক্কেদনা।

ঐনবু লাউরুই,

—অহল অত্থুবু শিবা তারে।

লৌবদি লৌরমাল্লে। মুরুম মুরুম শোল্লত্থুনা খোক্লকই, অহুমদগী হেন্না পীদেনে।

ঐনা ইবোচৌগী মতেং করিস্সু পাংনিংঙাই লৈতে। কিউ পরেং অহুগী মথক্কী ফক্লাংদা নিয়ম পরেং অমস্সু ইরি,—

* অচোইবা পুশিনবিরকউ,
* কলা বজারদগী টিকেট লৈবিগন্নু
* কিউদা টিকেট লৌবিয়ু
* ফুল্লিংখাউ চপ্পশিংদগী চেকশিনবিয়ু, অসিনচিংবা।

নিয়ম পরেং অসিদগী য়েংলুরগদি টিকেটকী করিস্সু ল্লানিংঙাই ওইদবনি।

মশা মউ ফরবা নহারোল মরক অহুদা লিৎশিন্দুনা চংখিবা ফনা কুইগ্রে মৌ নহা রাশি লৈবীহু মথৌনা অহু শিংথানীংঙাইনি। কুইরবগী তুংদা থোক্লকই, মখূৎ অহু চেৎনা তাশিল্লহুনা। লুমাঙগী মশম খরদি ইফা ফাদোক্লে। অহুবু হৈশিংনা য়েপ্লিবা হঙ্গাম মপাল চরোংহুমদি শমজীদা অহুমক শাৎলি।

ঐদি টিকেট ককপগী ল্লাবু কাউথোক্লুরে। ইবোচৌ ফনদি নকশিনগ্রে। অহুবু মুপীশিংগী পরেং অহুমদি ময়েং ইতা তাদে। রাবন মকোক্কা চপ মান্নগ্রে। হনুবী অহুনা মকোক অমুক থংই, মৌনহা অহুনা খোমদোন অমুক লংই, মৌনহাহুনা মকোক অমুক চিংই, হনুবীনা খোমদোন অমুক লংই। মীনা মখোয়দা চৈবা ঙাওবা ল্লা ওইনা লৌদে।

টিকেট থাখিবহু পংকুই কুইখিদ্রি। হোল মচাও অহুগা মী লৈরিবসিগা য়েংনরুরবদি মীপুম খুদিং টিকেট ফংবদি ময়াবনি। অহুবু মীয়াম অহু কায়নরক্লে। ইবোচৌস্সু থোক্লক্লে।

—কমদৌরে ?

—ঐনা তৌববু শোয়দে হায়ব্রা ?

ইবানিমক ফাক ফাক নোকই। খুৎ, ফাওবদি থিংজিল্লুরবা জাৎনি। হেক থিংজিনবগা বেলকোনি লোইখ্রে। ডি, সি, পীয়ু হায়গদবস্তু অককনবা বেলকোনিগী শেনফমতমক পুশিনবত্থুদা খুৎ শৎতোক্লে। অহেনবা শেন অমুক হাপচিল্লগা খুৎ অমুক থিংজিনগে হোৎনরিঙৈদা ডি, সিস্তু লোইথোকখ্রে হায়।

কমদৌনি ? ইবানিমক থোরক্লে। খরা চৎলগা ইবোচৌত্থ নুংঙাইত্রমাল্লে হায়রকই,—নুংঙাইত্রেদা। লৈরমখো।

মহাক অমুক চঙখ্রে। ঙৈহাক লৈরগা ইথি থিগৎলত্থনা থোক্লকই।

—পাঙদবা ঐখোয়গীদি সিদা তাই। মথায় কল্লবা হোৎনবদা নিপাল মাঙলে। ইকাই। হ্নাশি লৈবীত্থদগী লৌরকই।

নোকপা নত্তনা উপাই লৈতে।

—মথৌনাগীনিদনা।

ঐনা খুমই। চা থকসি হায়ত্থনা ইবানি হোটেলদা চঙলে। মিনিট কুনমুক্তি হ্নাৎলি।

—করিনো তৌরিবসিদি। কয়াম কুইরে অস্থম্না তৌরকইসে ?

—করিবুনো ?

—মুপীশিংদো।

—শি ...... ।

ইঙ্গিৎ তৌরকই ইবোচৌনা। ঐগী হেক তুংগী তেবলদা মুপী খুৎপু অমা কম্লি। মখোয়গী মমায়শিং অত্থ ইমক মকশিল্লি।

ঙসাইরাইদি ফনা মকা লাম্না লাম্না উবনি। মখোয়গী মরক্তগী খরা নহা ওইবী অমনা রা হৌদোক্লকই,—কমদৌনি সিদি ?

২—কমদৌবা হায়ববু মাঙজরেদনা।

১—ঐখোয়না তৌরিশিংশি ভৌনাংদনা তৌবোই নীংলমাল্লে। কনানবু ঙমগদগে ? মুমীৎ খুদিংগী লুপা মঙা তরা অস্থুম পীবা। লুপা মঙা তরাহুদং ফংনবা চাকঙন চারগা ইকাই শঙ্গোই হাংখে লেপ্লিবনি।

৩—অদুবু করিনো ঐনা তৌরুদৌরিসি।

২—ইবেম্মা কররবার হায়বসি সি ঙাক্তনি। তোংহুনা ঙাক লৈবা হৌনদে।

ঐস্থু নহান নিফু য়াঙ্খে মাঙইদুঙাই।

৩—হোরেল হল্লরুগা শোয়দনা পীনি হায়দুনা মংগী হয়েং মরূপকী শেনফম পুদুনা লাক্লিবনি।

২—মাঙখ্রদি মাঙখ্রেদনা। শেল পামই হায়দুনবু থানা ময়াম অসিগী মরক্তা য়োল্লুগদরো। নঙদা নক্তেদনা লোইনমক্লি।

মুপীদু তুমিন্না লৈখ্রে। চা থকপা লোইরে। ইবোচৌ ইবানিস্থু হোটেলদগী অমুক থোক্লক্লে। ঙসাইগী মৌ নহা রাশি লৈবীদুদি মখোয়গী মরক্তা য়াওবা উদে। মিনিট মঙা তরুক্তি রাংলি। অদুবু ইবানি হোলগী মঙ্গোল্লোমদা চংশিল্লি। শিড়ি কাখৎকে হায়দুনা থাক অমতা কাখৎপদা ঙাইরি, মীয়াম লাঙবগী খোঞ্জেল অমা তারকউ। হন্না য়েংবদা হোল মমাঙদা থানা বাবু ময়াম লৈবদু উই। মুপী পুলিস অনী অহুমস্থু য়াওবগুম তৌই।

—করিনো ?

—য়েংলুসি।

নকশীন্দুনা য়েংলুই। খঙলে মুপী অমদি য়াশি লৈবীহুনি। হমুবীহুস্থ য়াওরি, নহারোল অনী অমস্থু।

কন্সটেবল অহুনা লাউরকই,—কাখৎলু। খবক্তি শুনিংদনা।

মৌ নহা অহুদি য়া ভাংদে। হমুবীহুনা হায়রকই,—ইবুংঙো ইথস্তদি নত্তেদনা। অততাই ওইনা ঐখোয়বু ফারিবা করিগীনো ?

মুপী পুলিস অহুনা মখা তারকই,—নখোয় খয়না ঐখোয় মুপী পূম্বা চেম্বরে। লাইনীংগেদি হায়দনা হমুথংদা হমুবীসিস্থ য়াওরি।

পুলিস গাড়ী অহু মনীং হপ্পিল্লকই।

—কান্নপোৎ নত্তে কাখৎলকউসে।

হমুবীহু পম্বোই থাংবোই তৌহুনা গাড়ী মথক্তা য়োম্রে। তাপ্পা অসিমক্তা চহী৬/৭ মুকী মুপামচা অমা চেনশিল্লকই।

—ইমা। ইমা।

মৌ নহা অহুগী ফিজী পায়হুনা চিংই। হংলকই ?

—কনানো অঙাংসে !

—ইচানি।

—নচাশিমস্থ হুয়ানবা তম্বীনবা পুরক্লিত্রা ?

মৌনহাহু খুমদে।

—য়ুম কদাইদগীনো ?

—য়াংখৈ।

সংলপ তৌনা মুপীহুনা খুম্নকই।

—অঙাং অসি খায়দা শিন্নফম লৈত্রা ?

—লৈতে।

—অত্থদি নমা-নচা পূন্না চৎপা তারে।

মৌনহাত্থ গাড়ী কাদনবা ফনা হোৎনজে। অত্থবু মশা মউ ফরবা কন্সটেবল নহা অনীনা পম্বোই থাংবোই তৌত্থনা হাপকৎথি। পাখঙ মচা অনীত্থম্থ য়াওগ্রে।

গাড়ী থোগ্রে। মীয়াম তিল্লগ্বত্থ কায়গ্রে। গাড়ী হেক চৎখিবগা হোটেল মন্নুংদগী মুপী খূৎপু অত্থ অমুক পাইথোক্লক্লে। তুফক তুফাই ইচন চন্নে। অত্থবু কুম্মে য়েংলম্বা মীয়াম পুম্বদি কল্লক পেল্লবগুম ত্তৌই।

ইবানিস্থ হোল মনুংদা চঙলে। সিনেমা হৌরক্লে। পুক্লীং অসি ইরাঙ লাঙই। মথোঙ মরম খঙদনা সিনেমাস্থ লোইগ্রে। সিনেমা লোইবদা পুং তরেত্ত মখায় তারে। সিনেমা হোল মনাক্তা লৈবা পান ত্থকান অমা অনী নত্তনা পাউনা বাজারগী ত্থকান পুম্বা থোঙ লোল্লম্লে।

—কৈগীনো অস্থুক ঙন্না থোঙ লোল্লিসে ?

—মতম অমগী মুমিদাং পুং ১১ ফাওবা কংলা পার্কতা চানা চাত্থনা মতম লেনবা মতমত্থ নত্রে। মসিগী মতুং তাবদি ইস্কাল সহর অসি সিফাইগা, ত্থইশিংগগীনি।

অত্থমকপু সনাকৈথেল ময়োন অত্থদি পুমতার্ক তাক্লমত্রি। মনা মশীং য়োনবী, ঙায়োনবী, হৈয়োনবী ইমা-ইবেনশিংগী পোদোনগী মৈরিদি মুৎত্রি। মচি মচিদা সিফাই কাওবু কাওবু চৎলি।

—অহোঙ অচাও খরা য়েংলুখিশিরা ?

কুইরে কৈথেল পোৎলক চঙখিদবা। য়েংনিংই, সনা কৈথেলগী ইরাং। ঐনা খুমই,—হোয়।

ঙায়োনফম তাম্না চঙশিল্লি, ঐখোয় অনী। চঙফাৎত্রিদৈদা চঙফমতুমক্তদা ফম্বী হম্নুবীতুনা কৌরকই—ইমাদা পোরোং মচা অহুমসিদা হাপখোবা।

লুকমাই অচৌবতুদা পোরোংমচা অহুমদং থারতুনা নিংথমথাগী অঈংবগা লম্বা তৌরতুনা হম্নুবীতু ফম্মি। মখা তারকই—ইমা, য়াম্না হোঙনা পীগে।

ইবোচৌদি ফনা তাম্না চৎখ্রে। ঐদি খোঙ থাংদোকপা ঙমদ্রে।

—কয়াগীনো ইমা?

—তরুক তরুক য়োনবনি। মঙা মঙাতু পীরম্লো।

—ঙা মচাসিদবো?

—মতুৎনিনে ইবুংঙো। ঈংবসিদা চৎনীংতুনা তৌবনি।

থাংগৈমক হেক শেংনা ঐ লূপা তরানীথোইদগী হেন্না য়াওদে। শেংনা হেক্তা হায়দোক্লে।

—ইমানা পীগে হায়রগা লুপা ১২ খক য়াওরি।

ঐনা ঙম্লে। অতুবু নীংঙমদবা অমদি অতুম্মক লোয়নরক্লে। তশেংনমক অহলতুবু মমলমক ফংদ্রবা জাৎলা! নীংশিংলকই,—লুপা অহুম পীবা টিকেটতা লুপা তরেত পীতুনা লৈরগা সিনেমা য়েংখিবতু।

ইবোচৌতু শরেং অমা য়াল্লতুনা থোক্লক্লে।

—কয়াগীনো?

—কে, জিদা কুন।

ৱারী শার-শারত্তনা ইবানি ঙায়োনফমদগী থোক্লক্লে। শামু মখোঙ য়োৱবগীত্বদা রিক্সা অমা লাকই।

—নাওরেমথোং চৎপা য়াব্রো ?

—মী লৈরে।

রিক্সাৱালাত্থনা লাউরম্মী। ফিংনা থোরকই। খজিক্তং চৎলগা ব্রেক খংফা ফাখি। চপ লেপপী। মাঙমক্তদা ইরাপ লাপ্তনা মপাত্থদা লেপ্লম্বী মো নহাং অমনা ভৈরবীগী শক্তম লৌরত্থনা অথাক অরাওগুম লাউরকই,

—কদাই চৎলুরিবনো ? কয়াম কুইরে ঙাইরিবা·· ······।

ইচীনসিনা পন্নিংদবা অকাম্বা ৱাহৈ কয়া কাপথোকলকই তবা-তবারবা মচীন অত্থদগী। শরেং অমস্থু য়াল্লি। ঙাঙনা ঙাঙনা রিক্সা মথক্তা কাখৎখি। ষ্ট্রিট লেম্পকী মৈঙাম্না মৌনহৌ অত্থবু শকতাক্লকই। ইবোচৌ ইবানি মীৎ চান্নে। মীৎ অনীত্থদংদি ৱারী শান্নখি। পাউ ফাওনখি। ঙকমীন্নখি।

—নৎত্রনে !

—মাম্নিদা !

—মাম্নি। রাশি লৈবীত্থনি।

—থৌনাফবীদো।

দৃশত্থ ময়েক শেংলকপগুম তৌই। ময়েক শেংলকপা নত্তে। মমশিল্লকপনি। ৱাহং কয়া অমস্থু মথং মথং চোংথোক্লকখি,

—অঙাং অত্থনা কৈদা !

—ৱাংথৈদগীনি হায়খিবদাই !

—চৎলিবসিনা কৈদা !

—রিক্সাৱালাসিনা কনা !

—চাউদম শাংদম্নবা, অকি শক্তম ওইবা রিক্সাৱালাহুনা কৱিগী অহুক শোম্মরিবা !

পাউখুম খুম্বা নংদে। চঙক্ররিঙৈ, তিনখ্রে রিক্সা অহু সগোল-বন্দ তাবা থোংনম্বোনবীগী অমম্বা মরক্তা। অহুবু মহাক্কী রাশি, মহাক্কী মথৌনা, মহাক্কী ভৈরবীগী শক্তম অহুমদি ইমীৎসিনা অহুম্মক উহুনা লৈহৌরে। ▣ ১৯৮৪

## বোম! বোম! বোম!

—বোম! বোম! বোম!

অয়ুক অঙনবসিদা পোকতা পোখায়রবোই মীংই, ইমানা মপান্দগী লাউর লাউরদুনা চেনশিল্লকপদু।

—সিফাইনা পূমকোয় কোয়থ্রে। কদাইদনো চেনদোই-সিবো?

মীশি-মীনা, মীহাং-মীপুন, পোৎলাক-শেল্লাক্কী পাউ অমা নত্রগা অনী নোংমতা কাংদনা তারক্লিবসি ফনা কুইশিল্লক্লে। নোংমা ফাদোক তাহৌদবা মুমিৎতদি নোংমগী তৌগদবা ইথৌ অমা ইরাং রাংপগুম হকচাং অসি হামচৎ-হামপোইনৈ। হৌজিক্তা য়াহৌ-রমদাইসিদা থল্লমলিবনি—ঙসিনা করি পাউ অমা তাগদৌরিবা!

—বোয়াই ! বোয়াই নঙবুনে ! করিমতা থৌশা-ৱাশাদবনি। বোম ফুম্লম্লে হায়তুনা মী পুম্নমক থোয়রেন মশা পাইনরে।

মহৌশানা ঐখোয় ইমাসি ফিংই। পাখৎ চাউই। পাউ তম্বদা খরস্থু হেনজনগল্লি। অতুমকপু থাজে করিগুম্বা খরদি শোয়দনা থোক্লম্লগনি। মপান্দস্থু কনা কনানো খরা চিবোন-চিবোন ৱারী শাবা তাই।

ঐখোয় ইমা লেপ্লে ; মরী মরী ভাঙলি—নখোয়গী অরু অরুবা পোৎ, সনা লূপাকাহ্ ঐঙোন্দা পীরকউ।

ঐস্থু ফমুংদগী হৌগৎলে। শুমাংদা মাম্মা চাউবগা নহারোল অনীগা ৱারী শাবতুনা লৈরম্মী। লৈরক্তা, কোম্থোংদা, মচি-মচিদস্থু মী অনী-অহুম, অনী-অহুম চিবোন চিবোন ৱারী শান্নতুনা লৈ।

ঐনা হংই—করি তৌরে হায়গে মাম্মা ?

—থোংখোংদা বোম অমা ফুম্লম্লে হায়ম্লে।

—বোম!

—উম, বোম।

—কদাই থোংদনো ?

—কৈথেল মচাগীদা। সিফাইনা পুমকোয় কোয়খ্রে।

—ঙরাং শিংজমৈদা তৌখিবা অতুম হায়না মতৌরবদি তল্লনিদা।

—পংতৌ তৌবা য়াবা নত্তেদা।

—মতু হায়নু। নহান লাইশ্রম লৈকাইদা তৌখিবতু করিস্থু থোকখিবা নত্তে।

—তৌরগা তৌরে কমদৌনি।

—হায়রিসিবু চৎথোক চৎশিনকা থিংলজাংলা?

—থিংবা হায়ববু সড়ক্তা তুমিং ফাওবা পাইখিদ্রে।

তাঙ্গা অসিদা মক্ষম অহুদা চৎলুবনি হায় ঐখোয় কুমারহু হল্লকই। মাম্মনা হংই,

—কমদৌরে হা?

—সিফাই গাড়ী তরা মুক অমস্থু থুংলহৌরে।

নহাল মখৈদি ব্লারী ওইনা তারস্বনি। পাউনি। মুমিৎ চুপ্পা অমা মুপা মখৈ কৌথোক্লগা মুংশাদা ফৌবগী। নহারোল ফারগা লম্বীদা শল শাহনবগী, মুপী অঙাংদা অহু তৌই অদা তৌই হায়বগী। ঙরাংতসু শিংজমৈদা বোম অমা পোকখায়খি। সরকারগী পাউদা সিফাই অনী, নহারোল অহুম শি হায়। শিংজমৈদগীনি। থৌদোক অহু উহৌই হায়বা অমনদি সিফাই ১৫ মুক শি, মীচম প্রজা মরিসু শি হায়। অথেংবা অহীংদি য়ুম য়ুমদা চঙহুনা কোম্বীং তৌই। কানা-কানি ঙাঙনৈ—মুপী অঙাংদা অহু তৌই, অদা তৌই। লাইবক ফবদগী হায়বতাই অহুগুম্বা লাইবক থিবা থৌদোহু অমুক্তা থেংনরক্তি। অহুবু ঙসিদি থেংনবা তারবরা! নিংদোল চোংলকই।

থেংনদ্রিঙৈদদি ঐখোয়সু হায়রম্মী, ফনবু কাম্নে হন্দকী ঈরাংসি। কোম্হোং পান্দবা, শম্বল থিংদবা ইখোল শম্বল পুম্বা কোম্হোং পান্নরে, শম্বল থানরে।

ঐখোয় ইমানবু হায়—হন্দক্তি ইচা ইশুশিং মরম ওক্লে। নোংয়াই ইতু য়ৌদ্রিঙৈ হঞ্জিল্লক্তবা ইচা ইশু পুম্নমক ঙস্তা ঙস্তা হঞ্জিল্লক্লে। চাবা তুম্বা মতম নাইরে।

অদুবু ইনাক্তা নকশিল্লক্লবসিদদি মুংশা থীরকই। লাই নীংশিংলকই—লাই ইবুংঙো অদুতদি চৎথবীদবা।

য়াহৌরকপগী চীন ফাওবা শেংদ্রি ঐস্মু ফিরোল শেৎচিল্লে। মী অমা অনী লৈরিবা কোম্ফোংদা থোরক্লে। মাঙ্গোলদা লেপ্লদুনা ইমানা লাউরকই—লমহেন তূহেনবা নঙবুনে। কদাইদনো চৎলিদুবো।

—কৈগু চৎলোইদা।

—নঙগী কাদ কায়দু হাপচিল্লুনে। লাপ্পা চৎখিন্নুকো।

মসিমদি চুমই। কার্দ য়াওবনা খজিক্তং ওইরবস্মু কান্নরকপা য়াই।

পঙলাপ লাপ্তনা মাইকতা লাউবগী মখোল অমা তারকই,

—কৈশাম লৈকাই, খুমম্থেম লৈকাই, খুলেম লৈকাইগী এলাকা মনুংদা লৈবা মীওই অমতা এলাকা লাম্থোক্তুনা চৎপা য়ারোই।

লাউথোকপদু তাবদগীদি পাউ অদু শেংলে হায়বা খঙলে। কোম্ফোংদা ঋারী শাদুনা লৈরম্বা বিনয়গা তরুনগনা হৌরকই,

—তাবোয়াই! কুম্মৈ য়েংলুসি হায়ব্রো?

—কুম্মৈ য়েংবা লানলোইনৈ হায়দু তারোইদ্রো?

—অদুক পাংদবা হৌনদেদা তাবোয়াই।

ঐখোয় অদুম হৌনদুনা সড়ক তান্না থোক্লক্লে। সড়ক হেক য়োৌবগা লম্বীগী নাক য়েংতা লৈরিবা সিফাইশিংদু অদুম উরে।

—চঙববু য়াদোইরো?

য়েংস্মু য়েংনীংই। কিগু কি। লাপ্তক্লা সিফাই নগুবা খরদি লেপ্পি। ঐখোয়স্মু তপ্পা তপ্পা মদু তম্মা চঙশিল্লে। য়োৌরম

য়ৌফাৎত্রিঔেদা মীয়াম অহু কায়নরকই। মুমিদাংদা লালটেন পুথোক্লুনা মুপী অঙাং কার্ফিয়ু য়েংবগী খোঙফমহু তাদৌরি। ঐখোয়স্তু করিনো হায়বা খঙদনা পঙচেন্দা চেল্লি। সড়ক ময়াদা লৈবা ডুকানওই, য়ুমওই তৌবা তাকেশোহোয়গী য়ুমদা চেনশিল্লে। তাকেশোহু পরপ পয়প চেম্থোকখিহুনা কোম্থোং লোনশিল্লি। ঐখোয় অহুম তাকেশোগী দলান মথক্তা কাখৎলি। মহুদগী য়েংবদদি পূম্নমক ইঙান ঙান্না উরে।

কৈথেল অকোয়বহু সিক্লাইনা ইকোয় কোয়রি। খূৎলাই পায়বা সিক্লাইশিংনা পোজিসন লৌ-লৌহুনা লৈ। খরনা ফোংনা, খরনা লোংনা। পৃথিবীগী অনীশুবা লাম্লাও মণিপুরদস্তু য়ৌরকখি হায়। বোমস্তু তাখি হায়। কিরবা নেগ্রোশিংগী মারীস্তু তাই। অহুবু থেংনহৌদে। খল্লকই, অস্তুম্না তৌরিদ্রা লাল হায়বহুবু।

—আদা চৈ অমা য়ুংলিবসি উরবরা ?

বিনয়না মখূৎ থিল্লহুনা তাক্লকই।

—মাশাং অসিরা ?

—মসিগী মখোঙদনি।

—ময়াম অসিদি পোকখায়বা ঙাইরিবরা ?

—পোকখাইহন্দনা লৌথোক্লদৌরিবনি।

—কনানা।

—বোমগী এক্সপার্ট অমা লাক্কনি হায়, মা ঙাইরিবনি।

—কদাইদগী লাকতোইবা ?

—কোহিমাদৈ।

—মহু ঙাইরবদি মুমিং তাইনে।

—অদুবুদি চুরুপ মচৈ অমৈ লম ফাপোৎতেদা। হেলি-কুপটরদা ফস।

—ওল্লিভৈদা নহারোল মরি-মগাদি ফাগ্রমাল্লে। য়াম্না থীনা ফুখ্রে হায়।

—করিগী ?

—চিংনবৈনিদনা।

—ঐখোয়দা চিংনবিরক্লবদি মাঙলে।

অরাপ্পদা গাড়ী অনী-অহুম লাকপা উই। সিফাইশিংদু পূমলাং লাংই। মীকুপ্পা থুংলৈ। খামফাৎত্রিঙৈ চোংথরকই, অনৌবা সিফাই মরোল অমা। লৈরম্বশিংদুনা সলাম কৎলি। খোংউপ থীল্লি। অনৌবা থুংলবা সিফাই অচৌবদুনা ফিভমশিং অদু কোয়না য়েংই।

—করম্বা বোমদা ওইরিগবা ?

—তশেংনা বোম হায়দু ওইরমদুনা পোকখায়রকপা হেক মতারবদি অকোয়বদা লৈরিবশিংসি বেসোন তাবগী মানি।

ঙসাইদগী অরুন্দি মা ইঙাঙ ঙাঙদে। ইখঙ খঙহৌদনা শোম্থাংনরকই,—পীকথ্রবা হঙোই ফাওবনা খূৎশি চাদনা লম্বীদা ভাদুনা লৈরম্বা থেংনবদা মুংঙাইতবা পোকপা মীওইবগী থম্মোয়দু মাঙ্গ্রেদকো।

মহৌশাদগীনি, অরুন মা কয়া ঙাঙগন্দে। অদুবু ঙাঙবা তারবদি অচঙবা, ফজ-ফজবা মাহৈ কয়া হেক্তা থোরক্লকই। মতাং ওইনা বিনয়না মথা শমথরকই,—অদুবুদি ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা কনাগুম্বা অমা শোয়বদগী নক্রগা থাঙনা তেম্না শোকখিদুনা

শিবা য়াওরবদি লাপ্ল-লাপ্লবা মফম ফাওবদা য়েংবা চৎনৈ। মতুগী অন্না-মুংঙাই ন্নারীনা হাপ্তা অমা অনীদি লৈপুং ন্নারীগী মচাক ওই। ঙসিদি মী অমা হাৎতোকপা হায়বসি উচি অমা হাৎপগা চপ মান্নখ্রে। লম্বীদা মী অমা শিতুনা লৈবা মমা মচামক নত্রবদি কান্দুনা চৎনরে। মী ফুনবা থাম্নদ্রে।

অরাপ্পদা অহৌবা মখোল অমা তারকই। হেলিকুপটর পাইরকপনি।

—লাকলেহে।

—লমফেল সি, আর, পি, গীদা থামদৌরিমাল্লে।

অমুক লাউরকই,

—কৈশাম লৈকাই......থুলেম লৈকাইগী এলাকাদা লৈবা মুপা মখৈ খুদক্তা ক্লব লম্পাক্তা থোকলক্কদবনি। মুপী নত্রগা চহী ১১ গী মথাগী অঙাং নত্তনা য়ুমদা মুপা অমতা লৈরম্বা য়ারোই।

ঐখোয় অহুম য়েংনৈ।

—হৌজিক কমদৌবা তাবা ?

—থোকপা তারেদনা।

—ঙৈহাক্তং য়েংখিসি।

অমুকম্মু হান্নগী ন্নাহৈ অতুমক লাউথোরকই মী ইথোক থোক্লরক্লে। ইকান কান্নদনা অনকপা য়ুম খরদগী সিফাই খরনা মুপা খরা তাম্মোরকই। চৈ অমা-অনী চাবস্থু য়াওরে। মতু উবদগীদি মথং মথং থোক্লরক্লে। অমদগী অনী অনীদগী অহুম......

—মাইকতা অমুক লাউরকই,—
"খুৎ অনীমক থাঙ্গৎতুনা থোক্লকদবনি"
কমদোসি হায়বা ?
—থোকহৌরসি, চৈ চাদ্রিভৈদা।
—মহাপ্রভু শাবা তারেনে।

ইমূঙদগী তাকেশোনা লাউরকই,—নখোয়স্থ থোরক্লোদনা। অন্দে, মান্দে ঐখোয় অহুমস্থ থোরক্লে। শাউনিংফমস্থ খঙদে, মুংঙাইফমস্থ খঙদে। মুংশাথিবা, মিপাইবগী ইহুল অমদি হুল্লি। ঐখোয়স্থ লেপ্লিবা মীয়ামগী পরেং অত্থদা চঙশিন্দুনা য়াওরে। ঐখোয়না লেপ্লিবা মফমত্থগা বোম ফুম্নল্লিবা অগা অত্থগা এলেক্ট্রিক খুত্তি অনীমুক লাপ্লে। মফম অত্থদগী য়েংবদা য়াম্না শেংবমক্তি নত্রবস্থ ঙম্নমক উই।

মতম অত্থ অয়ুকী পূং ১০ মুক য়ৌশিনখ্রে। অয়ুক অঙনবদগীনি নৈনরক্লিবত্থ। ফনা চাউবা ক্লবকী লম্পাক্তু মীনা চোল্লে। লৈকাই মখিগী মুপা মখৈ চিৎথদ্রে। চিৎথহৌরিবা হায়ববু চহী ১১/১২ মখাগী অঙাংতমক ঙাইহৌরে। কয়াম কুইনা অসুম্না লেপ্তুনা লৈবা তাখিবা! ঐখোয় নহাদি মফরে। অহল ওইরবা ইপাগুস্বা, ইপুগুস্বশিং অসিনা কমদৌবা!

য়ুম য়ুমদা চঙত্থনা সিফাইনা চেক তৌরি হায়। খুৎলাই পায়বা সিফাই মপৈ-মপৈ থোমজীনখি লৈরক লৈরক্তা। মুংশা খিদবা ঙমদে। নীংশিংলক্তবা ঙমদে অত্থঙৈ তাখিবা বঙ্গলাদেশকী লানগী রারী—সিফাশিংনা মুপী অঙাংশিংদা ওৎ-নৈবগী রারী। ইকুই কুইদনা থোকখিবা লৈকাই কয়াগী কোম্বীংগী রারী। য়ুমদা

লৈহৌব্রিবা মশা ম্নাইশংদ্রবী মুপী, ইমা, ইচনমুপী করিমতা খোঙবা ওইসমু। ইবেনবোক্না লীবীরম্বা কুমগী লায়মা লাকপদা হায়নরম্মী হায়বা—খুনসিদদি, লৈকাইসিদদি, লৈরকসিদদি, ইমুঙসিদদি, ইশাদদি হায়বচু অমুক থোক্লরে। অদুবু কমদৌনি লৈপাক্কীনিদনা।

পুং অমা মখায়মুক্কী মতূংদা য়ুম য়ুমদা চঙলুবা সিফাইশিংদু অমুক হল্লক্লে। শ্বর খজিক্তুং হন্দোকই। ইকান কান্নদনা লমফেল-লোমদগী গাড়ী মরি মঙাস্থু মরী মরী থোদোক্লক্লে। সিফাইশিংদু ঈরাং লাঙই।

গাড়ীশিং অদু হেক থুংবগা সিফাই কাওবু অমা অমুক মরী মরী কুমথরক্লে। খূৎশু-খূৎলাই কয়াস্থু পুথরকই। হায়নবা নাইদনা খূৎশু-খূৎলাইশিংদু পানখৎলি। ম্নাং-চাউরবা হকচিন্না মুবা সিফাই অমনা মখূৎ মশাদু থিন থিন্দুনা তাক্লি। থৌরাংশিংদু লোইবগা লাউথোক্লকই,—ময়াম পুম্নমক লৈমায়দা হিপথরে।

মুংশা থিবোই, করিওই মীকুপতা নাপী মথক অদুদা হিপথনখি। য়াম্লবা মীয়ামদু তারুবা নাইদে, উন ম্নাইমুক চিকই। সিফাই ফাওবা অমত্তা চিংথদনা পোজিসন লৌনখি।

কোক অসি খজিক্তুং হাইগৎপদা অরাপ্পদা তৌরিবশিংদু খর খর উই। বিনয়দু মুংশা থিরমাল্লে হংলকই—পোকথায়দোরা জাৎলা ?

—খঙদে। নকোক হাইগৎকমু।

ম্নাং চাউরবা মৈতানমুক মুবা সিফাই অদুনা মরি-মরাং য়াওবা যন্ত্র অমা পায়রদুনা চঙশিনব্রে। অকোয়বদু যন্ত্রদু থা থাদুনা য়েংই। মকম অদুমক য়ৌনদি চঙশিন্দে। য়েংবা মথৈ য়েংলম্নগা অমুক

হন্দোকখ্রে। ইকান কান্নদনা সিফাই মণ্ডানা রাশাং অমা পুশিল্লকই। রাশাংতুগী মতোন্দা যন্ত্র অত্থু কিশিল্লে। মশা মউ ফরবা সিফাই মণ্ডাতুনা রাশাং অতুগী মখোক্তা পায়। মতোন অত্থু য়ুংলিবা রাশাংতুগী মতোন্দা থম্মী। এক্সপার্ট হায়বত্থু ওইরম্বা তাই, রাং চাউরবা সিফাই অতুনা লাপতক্কা লেপ্লতুনা লাউরকই,

—অপ, ডাওন, লেফট, রাইট, শ্লাইড অপ……

সিফাই মণ্ডা অতুনা হুমাং অনপ্পী কাবা মখৈ রাশাংতু পায়তুনা থক-খা, ওই-য়েৎ রাতোন্দু হায়রি। ওডরনি লেপ্পা য়াদে। লাউবা লেপ্তে এক্সপার্ট,—

—অগেন অপ, ডাওন, লেফট, রাইট

য়োং জগোয় শাবগী চৈগুম হায়রি রাতোন।

লাউবা লেপখ্রে। রাতোনসু হাইথিদ্রে। অমুক লাউরকই—ময়াম পূম্নমক লেপখৎপা য়ারনি।

—লৌথোকখ্রজাৎলা ?

—খণ্ডদেদা ইবুংঙো। য়েংদা য়েংউ।

ঙৈহাক্তুংকা ফম্নবদি ওম্বোক্লা মুংঙাইখ্রগনি। হায়নরবদি য়াম্মু য়াবজাৎনি। থোক্লিবা থৌদোক মতা অসিগা হন্দক মরক তান্নিবা পাউ মতাতুগা হঙ্গোইতুনা কনাস্থু হায়দে। ফনা কুইরবগী তুংদনি অমুক লাউরকই—ময়াম পূম্নমক অমুক হিপথরো।

ওম্বোক্লা শাথিখ্রবা বোম হায়বত্থু ওইরমাল্লে। ইপা পাখংনৈ। অমুক হিপথনখ্রে। হান্নগুম্না ঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংই। হন্দক্তি থৌরি লিশাং অমস্থু পুরক্লে। রাশাং মতোন অতুদা থৌরি কোঙ্গোই

অদু য়াম্না রানা লেঙহন্দনা হুকচিল্লে। সিফাই মচা মঙা অমুক থোক্লকুনা থৌরিগী অতোপ্পা মতোন অদু পায়। লাপতক্লা খামলিবা জিপ মথক্তা তোংহুনা এক্সপার্ট অদুনা লাউরকই—এক্সন!

সিফাই মচা মঙাদু মর্মাৎ মনা উইশিল্লদুনা থৌরি অদু খংচিং চিংলগা চেনখি। কোক খংনোন নোনথে। ফনা কুইরে। মখোল অমতা তাদে। ঙৈহাক্কী মতুংদা লাউরকই, —ময়াম পুম্নমক হৌগৎপা য়াররনি।

রাশাং অদু ফুকখ্রে।

খোঙ্গেল মখা অমুক তারকই, ময়াম পুম্নমক হনবা য়াররনি। মীকুপ ফাহৌদবোই নীংই অদুক য়াম্বা সিফাই ময়ামদু গাড়ী মথক্তা তোংখৎলগা চৎনখিবদু। লম্পাক্তগী মীয়াম্না কায়নরকপদু মহুমদগী খোই ময়াম পাইথোরকপদুঙাই। মীয়াম পুম্নমক মফম অদু ভাল্লা চঙশিন্নে। ঐখোয় অহুমস্সু চঙশিল্লি।

হৈখ্রেদা! বোম অদুবু পোকখাইহন্দনা করম্না লৌথোক্লিবা!

—কয়াম চাউই হায়বগে?

—য়ুবীমুক চাউই সিফাইদুনা পুখিবদু।

উদ উহৌবগুম্না অমুক খুম্লকই।

—চাউদেদা কমলামুক্তনি।

অমনা শাউরপনা হায়রকই—কনাই বোমনো? কনা উহৌগে?

—হৌজিক্তা সিফাই অমনা হায়রম্বনি, য়াম্না শাথিবা বোমনি।

—করম্বনা চুমলিগবা। ঐনা খঙবা হায়ববু বোম অতু পোকথায়খিদে। মফম অতুস্থু রা য়ুংলম্বগী থুতুপমুক লুবা অমা নত্তনা অতৈ তৌথোক-খোংতোকখিবগী মফমস্থু লৈতে। রাতুগী মথোক ওইরপ্পা অশংবগা অঙাংবগা লাংবা রায়ার মতং অমতংদি কিতুনা লৈ। ❖ ১৯৮৪

# শামু দশা ফত্তবা অমসুং হঞোই

রাখল ফনা মুংঙাইবা মান্না হোটেলদা চা থক্লুনি হায়দুনা থোকখিবনি। সখিতোম্বীদু ইঙক ঙক্লে, মাগী মুপানা শকফম ইহন হঞ্জিন্না, ইফিং ফিংনা চঙলকপদুদা। রা অমত্তা ঙাঙদে পরপ-পরপ ইমুঙদা চঙখি। সখি তবি-তবি মতুং ইন্নে।

—কৈদৌরগে ?

খুম্লক্কে। ইবোতোম্বী একাগাড়ী ইম্বোক্লদুনা থোক্লকই।

—কদাইদনো চৎতোইসিবো ?

তান্নদুনা হংজে।

—কৈস্সু চৎলোই।

হৈনিংদনা খুম্লম্লগা একাগাড়ী তোংথৎলদুনা থোকখি। মথা তানা হুনবগী তাঙ্গা কংদে। সখি মপুক্লীং ইরাং লাংনা লৈহৌই।

মণ্ডল-মণ্ডল খল্লি। মাগীসিবু ঐবু শাউরিবা হারহুরা। ঐবু ওসি মহাক্না শাউগদবা থবক করি তৌগ্রবগেনে। মরম থিরকই মাগী মুপানা মানা হংবদা নিংথি মুংঙাইনা থুম্নমদনা চৎখিবগী। মাগী মুপানা শাউখিবা হায়বসি লাইমক্না শাউবদগীসু হেন্না কি। মরমদি মা শাউগন্দে। শাউগ্রবদি পাক হন্দে।

ঙরাং অহীংগী রাফম নীংশীংলুরগদি শাউনিংঙাই গুক্লে লৈতে।

—হন্দক্তি শোয়গদবা মান্দে, মথুৎমক্না লৌহোরে। হয়েং লোইশিল্লসি হায়রকই।

কুইনা উরুদ্রবা মুংঙাইবগী মমি অমা তানা মাগী মুপানা হল্লকপদা সখি থম থেংনা মুংঙাইজখি।

—মন্ত্রী-ফাত্রীনদি অমুক য়েৎলক্করোইকো?

—মানবু য়ারবদি মন্ত্রীসু য়ারবনি।

—লাইনিংথৌ ইবুংঙো হন্দক্নীসিদা শোয়বীদবা। শিধা চাউনা থিঙ্গগে।

—তৌথোক্লকপা থবক, ঙাঙথোক্লকপা রাঙাঙ নিংথেমমচাত নিংথেমমচানি।

চহী অমা ফাজিল্লকদৌরে ইবোতোম্বীগী চীন্দগী অসিগুম্বা রাহে-রাতা তারকখিদবা। শরেং অচৌবা অমসু য়াল্লগা পুরকই। মুমিদাংদা থোংহুনা চাখিবা ঙাহুগী মহাও লৈরিবোই নীংই লোংঙাল্লবসি ফাওবা।

—শেনখর ফংনি হায়হুসু কংলদৌ নক্রা সি রারদি?

—লীশীং তরামরি-মঙাদি শোয়দ্রবনি।

—হে সৈত মতুতবু ফংলবদি সনা শিজয়োই, মীগী শেনকা অমতা শিংলোই। গাড়ী মচা অমা তোংগে।

—য়ুমনা নোং য়ুতুনা লৈবা কো।

—শেম কান্দা শেম্মি। অস্তুক কুইবা শেমলক্কবু। থন্নায় য়াম্না চাক্লি জাৎনি। মখোয় কুমারগী মুপী মীৎকুৎপীতুগী মমাঙদা গাড়ী মনীংদা অমুক্তদি তোংতুনা লেন্নগে খল্লিবা কুইরবনি।

—করিগীনো অতুক শাউরুরিবদি?

—মখৌ ইরৈ-লৈত মখৈ মখোয় তামোবু শেল চারুবদগী থবক তৎলে হায়তুনা খা-ৱাং কোইশন শন্দোকপিরদনা। শীংলিবনি ঐ। গাড়ী লৈদা য়াদে হায়রিবসিনি।

—অতুগা ঈশিংনা হেক থোৌবা, কো।

সিনদি শাউবগী মচাক শুকওই ওইনিংঙাই লৈতে। অতুদি করি! লামবা ফংদে সখি। মণ্ডল মণ্ডল থন্না মাগী মুপাগী লম্বী য়েংতুনা লৈহৌই।



চাম্মা চৎপি নোট চবুন্দু উবদা নোকমি নোকমি লৈহৌবা নিংথেমমচাতুগী মাইথোং, কুচু-কুমেন তাঙাং তঙাংবা চীংলেম্নবা শাবান ইবোতোম্বীগী মমীৎত শং-শং উৱি। খোঙলৈ তোইখৎলি একাগাড়ীগী খোচনেৎ! খঙনীংবনা লাংতক্লে—পাউসিবু চুমদ চুম্নবা জাৎলা! চুমলগনা কমদৌবা!

শ্বর মপী হোল্লি। নাতোন নাকচীদা হুমাং অনপ্প ভত্তনা কারকই। ফনা শাংবা লম্বীনি য়ৌথিবা খঙহৌদে। হোসপিটাল

তাবা লম্বী অদু হেক য়োবদা মিকপ থোকলকপগুম তৌই। ফনা গুন্না লাকপনি। অদুবু মীনা পিক থল্লম্লে। লম্বী থিংলে। মী অমতা চঙহন্দে। সিফাইগী গাড়ীদদি ফৎ-ফা ফৎ-ফা চৎলি। লম্বীগী নাকয়েংতু মীয়াম্না লেপফম লৈতে। পাখঙ-লৈশাবী হুন্নুবা-হন্নুবী, নুপী-অঙাং কুক-কুক ইন্নে। হিয়াংথাং বড়দু মঙাই। লৈরক-কোনশাংদগী অনৌবা কয়া অমসু মথং-মথং লাক্তুনা থুংলরি। একাগাড়ীদু মচি অমদা ভাসিল্লগা মীয়াম পরেং অদুদা ইবোতোম্বীসু য়াওশিল্লি।

লাংনব্রিবা, হায়নব্রিবা, হংনব্রিবা মহাক অমত্তা য়াওদে। মীয়াম মরক অদুদা উংতুনা লেপ্লি।



থা অসি হেক হৌখিবগা চহী অমা মপূং ফারগনি ইবোতোম্বীনা তলব তংখায়দা লেল্লক্লিবসি। মহাক লাল্লুরে হায়বদি মহাকসু য়াই। অদুবু অদুক লুম্বা দণ্ডীদি লাক্কনি হায়বা খল্লুদে। লানখিবদুসু লানগে হায়দুনা লানখিবা নত্তে শোয়খিবসু নত্তে। আলহনখিবনি। মহাক্তি কয়ারক হায়জখি,—সার সেনিয়ারিতি কায়না প্রমোসন পীবদি তুংদা ফরোই।

হায়জে কৈদৌনি। য়াথংনি,—মদু নঙগী নথৌ নত্তে। এনা হায়বসি তৌ।

হিকতোকপা ঙমখিদে। চেন্নবগী থৌনাসু লৈখিদে। খুদক্তা ওদর ইসু তৌখি। সেকেণ্ড মাষ্টর তরেৎ হেড মাষ্টর প্রমোসন পীপ্রে। ফংফম থোকপা সেরিয়্যাল নম্বর মঙা অমসুং

তরেৎকী মহুত্তা সেরিয়্যাল নম্বর তরামাথোই অমসুং তরাহুমদোইনা শিনথ্রে। মতমসিদদি অঙকপা অমা নত্তে। অনৌবসু নত্তে।

লাইনা য়ারোই ইবোতোম্বীসু লুপা লীশীং অনীদি কান্নহৌই। শেমফম অতুদি মথোং মরম খঙদনা লোইশিনথ্রে। অতুবু ইকুই কুইদনা লানখিবতুগী চৈরাক থুংলখি। ওফিসারতুনা চীংদা কেরানী মচা ইবোতোম্বীনা সসপেণ্ড।

য়াথং পিরকখিবা মন্ত্রীগীদি করিসু কায়বা লৈতে।

মহাক খঙই রাফমতুনা করিগী অতুক চাউথোক্লক্লিবনো হায়বা। খুরক্কী ঈনা লাই শাবনি। ইকুই কুইদ্রিঙৈগী মমাং ইবোতোম্বী প্রমোসন মচা অমা ফংখি—এল, ডি, সিদগী ইউ, ডি, সি। মতু হেক ফংবদগী মাগী ফিরান মমায় খরা চুমথংলকখি। তলবতগী হেননা ফংদবা কেরানী ওইনা লৈরম্বা ইবোতোম্বী কান্নজরকপা, ওফিসারনা খর লুনা চান্না তৌবসিদা মাগী সেক্সন্দা লৈবা পূম্নমক্কা মাবু কল্লকই। বেড়ীদগী হেন্না থক্লমদবা মানা অহাওবা চুরুপ—গোল্ড ফ্লেক, নেভীকত, ফাইভ-ফাইভতনা নোংমা থকপা লোইবা ঙমদমখৈ ফংবা, মনাদা নানথ্রী অমফাও পকলমদবা মাগী নুপীনা সনা শিগৎলকপসিদা য়ুমলোন-কৈরোন্নবা ফাওবনসু মীৎয়েং চঙলকই।

তাঙ্গা চারুবনসু ওইবা য়াই ফন-ফজনা কান্নবা ফংখি। নিরুবা নত্তে, হায়জরুবসু নত্তে। পীরম্বনি—চে অমা ইখৎপগী, ফাইল অমা থাগৎপিবগী, ওদর অমা থোকপগী, ওফিসারদা রা অমা

হায়বীবগী। নোংমগী শোয়বা লৈতে অমনা নত্রগা অমনা পীরকই—লূপা তরা, মণ্ডা, কুন-কুম্থ্রা, য়াম্খে-চামা। নত্রগনা—চা, কা, কফি-ওমলেট। রানীংঙাই লৈতে মথায় অমা ফাও য়াওদনা ওফিস কারকপগী।

অম্থুম্না কান্নবা ফংখিবদি থা অহুম-মরিত্তনি, নংলিবা দশানা চহী কাজিল্লক্লে। শাংলবা মতম অসি অমদা অমুক হায়জ অমদা অমুক চৎচ খাঙখি। অদুবু ফল থক ফংখিদে। তাইনফমম্থু থঙদে।

মতম চূপ্পা সখি, মাগী মুপাতগী রাজৈ, শেন্নজৈ থেমজিল্লে।

—পাপ্লিনদি নহাল্লা হায়রবনি চহী অমা শনিনা চাই। উকল লৈতে। হৌজিক্তি মতম শুজিল্লক্লে। মরাইনা ফজরক্লনি।

মাবু মুংশিবা মরূপ-মপাং কয়ানদি তত্তনা হায়বী—কাম্নরোই তোম্বী ইখুৎ লাম্থোক্লগা মীখুৎ লাম্থোক্লকদরনি। শেন থরা তিংউ।

মহাক য়ানিংদে, তিংফম থোক্কে হায়না থল্লি। অদুনা খুমই,—মখোয়না ঐবু নমদুনা লালহল্লগা ঐনা শেল তিংফম থোকপরো?

অদুবু মাম্থু থঙই, মাগী মরূপ-মপাংশিংনা হায়রিবসিদা অচুম্বা য়াম্না য়াওরি। হায়জ-চৎচবত্তনদি ওইবা য়ারোই। অদুবু হৌজিক্তি কদায়দগী শেল্লো। চহী অম্না ক্লানিংচিং তঙ্গব তংখায়দা

হীংলকপসিদা লৈজরম্বা, তানশিনজরম্বা পুম্বম্ মহাজনগী মঙ্গুং চনখ্রে।

মুপাগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রবা সখিনা তত্তনা হায়জে,—থোকঅ থোকঅবা লাক্লনি। মতমগীনি মীনা হায়হু পীথোগ্রসি।

চৈহৎতুনতা লাকপনি অসুক কুইবসি—মুপী নঙনা খঙপোৎ নত্তে। পীরোই হায়রিবসিনি।

অত্থবু অত্থক চাউনা খুম্নবগী থৌনা লৈরক্রে। মাগী মুপীগী য়ারক্তা তাররে। মাপী মুপাগী য়ানিংবা মতৌ হাইফেৎ উবদা থৌনা পীবা ওইনা তকসিল্লকই,—লৌ লৌরাক অমা মহাজন্না চাহুন্না লৈরিবসি হৌজিক-হোরেন হন্দোকপা ঙমদৌবসু মানদে। মসি থাদোক্লগা মীনা পীয়ু হায়হু পীথোকগ্রসি।

হায়রিসিনা চুমগদৌরি। মপুক্লিংদা খল্লি ইবোতোম্বী। অত্থবু রাদি ঙাঙদে। সখিনা রাগী রাপাং ওইনা মখা শমথরকই—ঐখোয়দি হায়রুম্ন। আ! চরাকাও অনীগুনা চা ফংদবা ইনে তমুবীকাও মচানুপা বি, এ, হু অয়ুক্কী ওঝাত ওইরবসু হাপ্পীনবা ঈখোল বনধব থমলগা লুপা লীশীং নিপাল পীজগ্রে, নখোয়গী নিংথেমমচাহুদা। ঙসি হুয়েংসিদ চে থোক্লনি হায়।

ইবোতোম্বীসু খনরা মখৈ খল্লবা তুংদা য়ারে।

ঙরাং লুপা লীশীং মঙা থিল্লুরে। হরাও-হরাও লৌহোই। মোন্দা মুংঙাইনা হল্লকখি। মাগী মুপানা হরাও-হরাও হল্লকপা, কুইনা উকল্লবা মাগী মুপাগী মাইথোন্দা মুংঙাইবগী মমি তাব

উরগা সখি থম্মোয় মুংদা মোমোন তৌজে। হৌখিবা অরাবা পুম্বা মিকুপতুদা পুমকাউ কাওথোকপগুম তৌই। নাপল মচা অমগা লোইননা হায়রকই,—ঐনা হায়দ্রা ঐখোয়গীসু মতম মরাইনা লাকচনি।



ঙরাংগা ঙসিগা কয়াদা খেন্নব্রা। করিগুম্বা ঙসি তারিবা পাউ অসিনা চুম্বা তারবদি কমদৌবা।

মথং মথং রাহং অমগী মথংদা অমা থোক্লকই। পাউখুমদি ফংদে। থাজবসু ঙমদে। ঙরাংতা হায়রকখিবা মহাকী রাহৈসিংহু হৌজিক ফাওবা মনাকোংদা নিন্দুনা লৈরি।

—হয়েং ঙৈহাক চংথোকলকউ। লোইশিনবা ঙম্রা য়েংসি।

পুং কয়া, মতম কয়া হৌত্রবগে মহাক খঙদে। অয়ুক অঙনবদগী লাকপনি। মুমিৎ য়ুংলে। রাবগী মথোংসু খঙদে।

অরাপ্পদগী তারক্লে ধোনগী মখোল, পুঙ ঝানগী খোঙ্গেল। থুনীং কাঙথংতুনা য়েংই অরাপ্পদা মীয়াম পরেং লাকপা উরকই। লাংবা নিনবসু হেঙ্গৎলকই।

১—নহান মখৈ রাবন শারম্বদু লোইরেনে।

২—করিনো, নঙনা হায়রিবু মী অশি-অনা থোক্লগা?

১—অসিগুম্বা অশি অনাসিদি মুংতিগী থোকই। তৌমুনে মীমুংশি চাওবা খিং শারমু।

৩—অমতা ফা' ঙমহৌদ্রবনিনে?

৪—নোংমৈগী মমাংদবু কনানো বহাদুর শাদৌইবা।

৩—মাগী অয়োকপা হূই ময়াম অমা লৈদাইনে। মথোয় অনীতনা ভমগ্রবোইয়ে।

৪—মীবুদি পংলক লাকপা পংলৈ-লৈবনিদনা। অহুম তৌরকনি হায়দি কনা খভলুগদগে সেকেও অনী অহুমদগী য়ানি।

ঙাঙন শরুরিবশিং অহু ইবোতোম্বী মনাদা চঙদে। হেক উড্রিমখৈ থাজদে। অশেংবহুতা খঙনব, নোং-ফুং ঙানবদগী মুমিং চপ য়ুংলশিফাও ঙাইরক্লিবনি।

হৌজিক্তি মীয়াম পরেং অহু নকশিল্লক্লে। পরেংগী নাক য়েংতু সিফাইনা খুরক হাঙদনা ঙাক্লি। সিফাইগী বেও খুৎপু অমনা মাও থাই, হেক থংনবদা পুঙ-ঈশৈ পালা। পালাগী হেক মথংদা মিংশেল চনবা ফোটো পুবা জিপ। জিপতুগী মথংদা লৈতনা য়োমলবা কু। কুহুগা হেক থংননা মীয়াম পরেং। মীয়াম পরেং অহুদা ঙম্না য়াওরে লৈপাক অসিগী য়াইতোং-খমতোংবা কেরানীদগী মন্ত্রী ফাওবা। শাংলবা মীয়াম পরেং অহুগীসু মথংদা গাড়ী পরেং অমস্থু লেংলি। গাড়ী পরেং অহুগী লোইশিল্লকপদা শাংলবা মীয়াম পরেং অমস্থু লাক্লি। অহুক শাংবা প্রোসেসন, অহুক য়াম্বা মীয়াম, গাড়ী অমুক্তস্থু পুন্না উখিদ্রি।

কুহুগী নাক য়েংতা শিজহনগা, শিজতোনগস্থু মকোক মরু খুন্নহুনা মমায় মমিং ইপোম-পোম্না চংলি।

৫—অনীসিবু করি খল্লমগদগে?

৬—কনাবুনো?

৫—শিজহনগা শিজ্জতোনগা।

৬—করি খন্নি সনাগী খূৎ মাঙথ্রে সিঙাইদনা।

৭—মচাশিংদি অমত্তা উদেনা।

৮—অমনা লণ্ডনদা, অমনা জর্ম্মনদা। অতৈনা দিল্লিদা।

৭—মখোয়দি অমতা নংদ্রেদো ?

৮—দোলাই তোংবীগীদমক ৱাইকুপ পূবীনা ৱাবিরিবরো ?

প্রোসেসন অদু য়ৌশিল্লকপগা লোইননা কপন-লাউনবা তারক্লে। ইবোতোম্বী খূনিং কাংখৎলি, মংক থাংগৎলি। ফোটোতুতনি মহাক্না য়েংনবা ঙাইরিবা। শকফম খঙহন হঞ্জিল্লি। ফোটো অদু উবদগী মনাক্তা লেপলম্বী হমুবী অমা ইখঙ হেক খঙহৌদনা মপি হেক তাবা মখৈ তেংথারকই।

—পামুইদকো ইবুংঙো, হন্দক মপোকী লোইরেদকো। নশকনে, নতৌনে, নগুণনে, পুকচেল্লা পুকচেন চাউরিবা।

ইবোতোম্বী হনুবীতুদা খারপ য়েংলম্লগা লেপফম হোৎথি। হৌজিক্তি চিংননিঙাই লৈত্রে। পাউ অদু চুম্লে।

অদুবু করিদি তৌরুনি হৌজিক !

অহৌবা ধোনগী মখোল, য়াক্লবা পুঙ-ঝানগী খোঞ্জেন অমস্তুং মীকপ-মীরাওখোলনা য়ৈশিল্লকই মনাকোং অনীদা তকশি শোল্লি—"ঙসি ফাওবদং ঙাইরম্লবদি কো।"

ইতন তম্বনা ময়ুমগীদমক মমায় হেক লৈথোক্লকপগা মনাকমক্তদা মীয়াম চেম্লরকপা উরকই। ইবোতোম্বী মিকপ

খঙথোক থোক্লকপগুম তৌই। হেক মায়োক্লনা থেংনরুই হন্নুবী অমা তুহ্নুনা লৈবা। মীয়াম চেনশিন্নে। ইবোতোম্বীস্নু চঙশিল্লি। কোকচাওবী কাই। মনে তমুবীনি।

হংনরকই,—কৈদৌবগী অস্নুক অহল ওইরবীসিনা মীয়াম মরকসিদা লাক্লিবনো?

কনাস্নু খঙদে, চহীনা নল্লবী, শোল্লবী হন্নুবীহ্নুনা করিগী লাক্লিবা। করিগী ব্লাস্থররিবা। ইবোতোম্বীতদি খঙই। য়াম্না মুন্না খঙই—করিগী মনে তমুবীনা ব্লাস্থরিবা।

—ডিসেম্বর, ১৯৮২

## সনা খুদোপ

হুমিং নীনি শুজিল্লক্লে পিশক মচানা তুম্বা চাবা মপুঙ ইফা ফাদনা থম্মোয় নীংদোন পোমহ্নুনা লেল্লক্লিবসি। পোৎ মাঙখিবগী সুংঙাইতবনে মমান মমাম্লবনা লাকচখিবগী শাউনিংবনে ইয়ান য়াম্নে। মপোৎশু মাঙবা মৌ য়ুমগাইবীস্নু তাবা। অহুবু কনাদা তাইনরুনি।

তাইনক্ষম খঙদবশিমরুনি পিশক মচানা থম্মোয় খূতুম শুল্লিবসিস্নু। মপোৎ মাঙখিবহুনা মাঙজগ্রবস্নু মপুক্লীং লাংবহুতং মতাং চানা ফাথবিরম্লবদি অস্নুক মথক্সায় শোক্লমলোই। পিশক মচে অহল্লবু য়ারোই। মহাক্লনি ইহান হানবা মক্তদা মৈ চুরকখিবা। চুম্লতা বেচাগা শাম্লহৌবনি হায়রুবতনি। হায়জিনবস্নু নত্তে,

মহাক্না চাকখুম চংলমদাইদা মবানি মাঙ্গোলদা শান্নহৌবনি। মহাক্নস্থু হায়রম্মী—নংনা চংলমদাইদা ইন্দোমচাদা হায়রম্মুকো, বেচা।

মচানা খঙকপ কপলকখিবা মতমত্থু পিশক থাউ কম্না ঙৌরি। খুদক্তা থোকপা ঙমহৌদে। মহাক্না য়েংবা মতমদদি বেচা লৈরমদ্রে। মত্থুদতা খঙলকপনি, মচাগী খুনাওবীদা শিবা খুদোপ্তু য়াওরমদ্রে। মথং মথং হংনরকপদা ন্নাফম অত্থু হায়রুবতনি। কাওবা য়াদে পিশকমচা মচেম্না মথুংও মশাও চোংথোক্লকখিবত্থু।

—হে অঙাং মীঙম্বী, থোক্লকউ। চেকশিন্দদনা নপোং মাংহল্লরগা ইচাদা তাইনবা য়ারোই। শাখি পুথোরকউ। নত্তরদিনে ঐদি য়ারোইদৌনি। হৌজ কয়ারক্তি য়াম্মে? নচাগী শান্নপোং মাঙলে ইচাদা হেক্তা তাইনবা।

পোং মাঙবগী মথন্নায় মুংঙাইতত্থুনা লৈরিঙৈত্থুদা মচেগী অশাবা খোন অত্থুনা অমুক ন্নায়ররে। খুমদোকল্লুরে।

—তৌবু তৌদ্রো! ইচাগী পোং অমত্তা নীনি শুব্রো?

মচেত্থু হন্দে, মখা তারকই—নচা লৌরমদাইদনা হা বেচা, হা তোম্বী। হুন্নানবা শিনবা কৌবিরিবোয়য়ে।

মখা তানা খুমগে খনবনি। অত্থুবু মচে য়াইমনা খামলবত্থুদা তোক্লে। খাম্বনিদি হায়রগা মচে য়াইমগী ন্নাহৈশিং অত্থুম্থু মরো লৈ।

—ফরে ইবেম্মা নঙনা অঙাং হায়বত্থু থোকই, মখা তারম্থু। নঙগী সনা মচাত্থু লৌবীনিংঙাই, ইমুঙ অনী অত্থুমসিদা লৈতে। মচি অমদা তাত্থুনা লৈরমবা য়াই। অমুক্তা মুন্না খিখো।

খুম্নদবা ঙমদ্রে পিশক। হেন্নহুম অথোম্নবে। মচে য়াইমদা অমুক ওনশিল্লকই—ঐ কনাদস্সু লৌই হায়জদে। ময়াম্না পুক মাংহ্না পঙখন খঙ্গবনি। মাঙবু মাঙমন্দে—ময়াম্না ইচাশিদা য়েংশিনবগী হায়রুরবদি।

খোন অহু থাক্লবদগীদি মচে য়াইমহুস্সু অয়োইবী থারক্লে—করি হায়বা, চুম্নগী চুম্না হায়য়ু—নচা মুপাহুবু কপ্পদা সনা, নোকপদা লৃপাগা থোকজাংলো? করিনি হায়হুনা নচাহুবুদি য়েংশিনগদৌরিবা? ঐগীস্সু ইচা মঙানে, সনাগুম্বা, মণিগুম্বা ঙাক্তা মতুম মতুম। নঙ মঙাইরেহে ইবেম্মা নচা মুংশি খঙলিবসে?

অরেং অরেং পুথৈ পিশক। মথল্লায় মুংঙাইতা মুংঙাইতা মুমিংতুমা হৌথি। অহীং চুপ্পা তুম্বা য়াখিদে। খল্লি—ঐবু কয়াম কায়খ্রবগে!

মৈরিক্তগী মৈজাওবী—লোইবা নাইদ্রে ল্লাথোক্তু.। নোংবু ঙাদ্রি মতৈহন্না শুমাং মতোন্দা লেপ্লহুনা কৌথোরকপহু। করিগু লৈতবা তেনশিনবা য়ারম্বা ল্লাথোক্তুদা মতৈমক্লা অহুম্না য়াওরক্কনি হায়বদি থক থল্লুদে। তুম্নম্বদগী ফুক হৌগৎখি পিশক্কী মুপাহু। মচিন মনাউদি য়াম্না চাম্নে। মপানা পিশক পিক্লা হুন্দোক্লম্বদগী ময়াম্বা অসিনা মপা শক্তুনা নাউকোল্লকপনি। মী ওইনবা শেম্বীরকপনি।

মচেহলনা কয়াম ময়াই কনবা হু কাপশিল্লক্লবনো খঙদে মতৈ অহলহু মশা থক থক নিল্লহুনা মনাউদা হাররকই—ঐনা থল্লা নঙবসিদা নথোয় ফাওবনা ঐবু উশিংত্রেনেকো! কৈ, ইচানা হুই হায়বা সনাদো কয়াগী মাননো হংউ। ইয়াম্বা শিংগে। মহু ফাওবদি নয়াম্বা শিংবা ঙমগনি।

পিশক্কী মুপাদি পুমঙক ঙকপ্রে। মাদি মুমিদাংহুসু থেঙনা হল্লকই। মচাগী সনা মাঙই হায়বসু খঙদ্রি। হন্দক তারিবা মরাম্বগী রাহৈ অসিগুম্বা, পুকলৌ পারোবা রাহৈ মপুন্সিদা অমুক্তসু তাদ্রি।

পাউখুম অমতা পীবা তৌদনা মাগী মুপীব কৌথোকই।

—নঙ তাদদা করি হায়রুই।

পিশক মচা খুমদে। মাগী মুপীনা খুমদ্রিবহু মরান অমা অমা শোইদনা লৈরে হায়না লৌই। হান্নদগীসু মাগী মুপীগী য়ানিংদবা শাজং খরা লৈ। মচা মুংশিবা অতাক অফোংনৈ। খমন চাওই। মচাগী হাকন্দা মথস্তা পোংথাবা শংজদবা মখৈ থবক চিল্লি।

অমুক্তসু লাউরকই—নচীন্দু পান্দ্রো খুম্মুনে।

তকশিল্লকপহুদা শিরগা শি চংলগা চং হায়হুনা খুমদোক্লরে—ঐদি কৈসু অকায়বা হায়বা নত্তে। হুরাল্লি হায়বসু নত্তে। চুম্লতা বেচাগা শান্নহৌবনি, খূদোপ মচাহু মাঙলে হায়বতনি।

রাহৈ লোইরম লোইফাংত্রিঙৈদা মাগী মুপাহু পিশক তম্না হোংচিল্লকই। মুপাগী খুবাক অচৌবহু অহুম মরি চারে। পিশকসু লিন্দা অমনি। চেন্দে। লাউরকই—হাংলু নখোয় শাগৈ চংহুনা ঐবু হাংকে হায়বসু হাংলু।

ময়াম চেম্থোক্লরক্তুনা খামদোক্লখি। লৈকায় মচেম মনেম খরসু চেনশিল্লক্তুনা খামদোকপা য়াওরে। চপ চানা লৈকায় কুম্মৈ হায়বহু ওইরে। উশম কোল্লুপ্তা অস্নুম্না মচিন মনাউ খংন-চৈনবা থোকপসি হুন্দক্কীসিনা অহানবনি। মচিন মনাউ চান্না-চিন্না

লৈবগীদমক উশম কোল্লুপ হায়না অহল লমন হাক্তক্তগী মম্নিং লৈরকপনি।

নোংয়াইচবুক লানশিনখ্রে। মুমিং খরনিছুদা থোকখিবা থৌদোকশিং অতুনা লাই শাতুনা মাবু তুম্বা য়াহন্দ্রে। মাগী মুপা ক্বাওবনা মাগী মায়কৈদা লেপ্পিদ্রে খল্লুবদা অমুক্কা হেন্না মপূক্লীং মুংশিহল্লে।

মচা মুপাতু মিকপ থোক্লকই। মচাবু কোনশিল্লি। মচাগী মকোক্তা নাল্ল নাল্লতুনা মওন মওন খল্লি। জ্ঞান অমা খঙলাক লাকপগুম তৌই।

—মাইবী শেন হুল্লবদি কমদৌই!

কয়ারক খল্লবা মতুংদা লেপলে—পোৎ ফংবা ক্বংদবা, অস্মুক মুংঙাইতনা লৈদৌশক্লক মীশক্তদি মখঙদোক্লগে।

( ২ )

নোংঙানবগা, মাগী মুপানা ওফিস হেক কাখিবগা মচা মুপাতু পোশিল্লগা মপাম চৎলে। পাউ পুম্বা মমাদা তমলে। মমাদি হায়—কৈ কাননোদা অয়াম্বা পোৎস্থ নত্তে তুমিন্না লৈথোকলো।

মৈদা ঘী হৈবা ওইনা থোক্লে। হান্না মথন্নায় মুংঙাইতদনা লৈরিঙৈগী মথক্তা মমাগী ন্নাতাতুদা হেন্না মপূক্লীং মুংশিরক্তুনা মথোন থোকপা মখৈ কপথোক্লে। ঐগী মী অমতা লৈপোৎ নত্তে। চৎকনি ইথম্তা য়েংলুনি।

য়ান্নরোই খল্লমাল্লে, পিশক্বী মমাতু মচাগী তুং ইলক্লে। অনৌবা য়াম্না চুমই হায়না হায়নবা কোংবগী মাইবীগীদা চৎতুনা

শেন হল্লুরে। ফনা চুম্না থোকউরে। মমিংনা হেক উবগুম লীথরকই। পিশকমচাহ্নু পূম্মুন মুল্লি।

ময়েক শেংনা ফাওরকই—য়ুমগী অরাং পাংনা লৈবী শাগৈগী মৌনহা অমনা লৌবনি। শাবান, কুচু, শকওং শাদা মরিক চুম্না থারকই।

খল্লি—কনা ওইবা তারে অহুদি। অরাং পাংনা লৈবী শাগৈগী মৌনহা হায়রবদি মনাউন্নুপী নত্তনা অতৈ ওইনিংঙাই লৈতে। মহাক মক্কা থবক অহু তৌরমগনি হায়বদি থাজদবনি। অহুবু থারকলিবা শকওং শাদা, কুচু কুমেন হায়রবদি য়াম্নমক চান্নে। অমুক্কম্নু নুমিৎ অহুগী অয়ুক্কা মনাউ নুপী অহুনা শেনকা লৈত্রা লূপা য়াঙ্খেতা পুগে হায়রম্বহু নীংশিংলক্কুনা চিংনবা অসিদা অথোম্নররে।

ময়ুম হল্লকলমদাইদা মমানা পাওমেনলকই—ইবেম্মা খঙদা খঙজিল্লু, খৎন চৈন তৌরুম্নুকো।

ময়ুম য়ৌরে। লৈতাফম খঙদে পিশকমচা খরা য়াংগদ্রা হায়হুনা তৌরুবনি। মসিনহুম হেন্না পোৎলুম ওইরে। মহাক্না ময়ুম য়ৌথিবদা মনাউ নুপীহু ওফিস কুমলক্লমদ্রি। ইমুংদা ফমহুনা লৈবা য়াদ্রে। কোম্বোংলোমদা মচা পোশিল্লহুনা থোরকই। খল্লি, করিগুম্বা মানা মরৌরম্বা তারবদি ঐহাক উবদা শাজৎ অমদি মহোংগনি।

মুংগুক মুংজাননা কোম্বোংদা লেপ্পুনা লৈবহু উবদা লৈকাই মচন-মনেম, অচৎ-অওক্না হংলকই।

—ইবেম্মা পোৎ মাঙখি হায়বত্থ ফংলবরা ?

থুমই,

—কাইদৈনোদা, লৌগে লৌগ্রপোৎপু।

অরাপ্পদা মনাউ মুপী রিক্সা অমা তোংলত্থনা লাকপা উই। করি করিনো পোৎ ময়োম ময়াম অমস্থ পুরকই। মনাউ মুপীগদি মহাক কৈদৌঙৈদস্থ খৎন-চৈনখিবা লৈতে। ঙরাং নহান লাওন-খিবত্থদস্থ মহাক্তি য়াওদে।

মচেনা লেপ্তুনা লৈরম্বত্থদা হংলকই—ইচে অত্থম ফংদ্রবরা ?

—খিদ্রে ইবেম্মা, অরৌবা মীত্থ কয়াম মুংঙাইগে য়েংগে হায়ত্থনা।

মখা তারকতে মনাউমুপীত্থ। খাউদগী বিস্কুট লৌথোকলগা মচেনা পোরিবা অঙাং অত্থদা অমা পী। পিশক্কা খুদোংচাবা লৌত্থনা মরৌ লৈনা হায়রকই—পিজরুম্নু, লমদমননি ইবেম্মা, অত্থম হায়না ঙমোক খর, মঙ্গল অকংবা খর পিজরগা মোইথেম তৌত্থনা লৌবিগ্রবরা খঙদ্রপোৎনি।

মচেগী কোচি থাংবা রাহৈত্থদা মনাউমুপীত্থ মায় হায়ফেৎ ঙাংখি। অত্থবু মথরায় মুংঙাইতদনা পঙঙাঙ ঙাঙজবনি খন্দুনা মখা তারমদে।

মথস্তা শোম্বাংনহৌই—মোন্না শেঙ্গাও হেক লাক্লদনা।

ময়ুমদা হপ্পিন্দে। খাদা অমুক, রাংদা অমুক ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলি। মনীংগী মনে চাওবীয়াইমাত্থ থেংনৈ। কোথ কোথ হংলকই। রারী তৌরকই। মাগী মীচংদা মীচং ওইরবোই নীংই। কনাদস্থ তমথোকলোই খনবা মাইবীগী রাত্থ রারীদা হেক য়াওথোকদ্রে।

তমথোক্লরবা মতুংঙ্গমক্তদা খনবদি খনখিবনি। অফবা অমদি নত্তে। নীংবগা তৌবগা করম্বা মতমদা চাওবীয়াইমনা তমলুবনো খণ্ডদে, মনাউ মুপীগী নাকোং য়ৌথ্রে। মা ভাগুদবী, ফনা তপচ-ইংজবী ওইত্তুনস্থু মতাং অসি য়ৌশিল্লক্লবদি তুমিন্না লৈবা য়ারকত্রে। মথন্নায়দ্ভু হেক শোকলূরমাল্লে, কপ্প কপ্পত্তুনা মচে অহলদা তমলুৱে। হান্না মৈ হৌদনা লৈরিভৈদা অনৌবা লৈথেৎ অমগা য়াওশিনলকপা অত্তুদা অথোম্নরে।

খুদক অত্তুদা লান হৌরে।

—কনাগী মাইবীনো মশম ফোইদৎকে। কনাগুম্বা অমতদা মমিংনা হঙ্গৎনা য়েংজদবী ভরাংতা লাক্লীবী ইনাউমুপীসিদা বদনাম পিশিনবা। লৈকাই কুম্মৈ ওইনি হায়ত্তুনা ফনা হনবনি।

নেমথবা য়াদ্রে। চাউবীয়াইমা কৌক্লত্তুনা ৱাফংনরে। চাউবী-য়াইমা চেন্দে—হায়বগী হায় হায়বনি। নওবু হায়বু হায়দ্রো।

পিশকস্থু হন্দে খুমলকই—মাইবীনা হায় হায়বগী হায়বনি।

হেন্না মুংঙাইরিবদি থংনবা অয়ুক অত্তুদি। নোং হেক ভানবগা মনাউ মুপা ইতোন তোনবত্তুগী ইমুংদা লান হৌরক্লে। মখোয় মচিন মনাউশিংগী মৱক্তগীস্থু খ্বাইদগী শাথিরিবদি মনাউমুপা অতোম্বত্তুনি। মাগী মুপীবু চিংথোক্লত্তুনা শুমাং মতোন্দা ফুথরকই—সনা হুৱানবী, সনা কদাই থম্মী হায়য়ু। মচিন মনাউ পুম্বা চেম্মোরক্তুনা খাম-দোকনরে। পিশকমচাগী মুপাত্তু খল্লু খল্লুরগা মাগী মুপীবু শাওনিংই। করিগু লৈতবা সনা মতৎ অত্তুগীদমক লৈকাই কুম্মৈ ওইরে। শাগৈ চেম্মরে।

পিশকী মুপাহু হন্দক্তি অয়োইবী থারে। ফুদে, মা য়াম্না ভাণ্ডদে—য়ুমসিদা লৈ য়ারোই, হৌজিমক নপাম চৎকদবনি সিনি।

পিশক মপাম য়োথ্রে।

( ৩ )

মুমীৎ নীনি পিশক মপামদা লৈরুরে। ফজদে হায়দুনা ময়াম চৎহুনা অমুক কৌরুরে। মখাদি অমুক তানদ্রে। পিশকসু মা মখা ভাণ্ডদ্রে ; অহুবু তৌগে হায়বা অমা য়াওনা খুদক্তা কোনশঙ্দা চৎতুনা হান্নদগী তন্থায় হেন্না চাউবা সনা খুদোপ অমা অমুক কোল্লুরে।

মপামদগী হল্লক্লবা মতুং নীনি চনবদা মনেম হন্দক্তা লৈখিদবহুগী থাগী দীন থোকই। মী তিনগদৌরি। হন্দক্তি মচে য়াইমখোইগী পালিনি। পিশক্তি মশাহু ইহে হৈনিংদ্রে। ইকাই-মুংশি য়ান্নে। নহান মখে মথরায় মুংঙাইতবহুনে করিনে—য়েনখা-লুখা কাহু ইচাই চাই।

থাগী দীন মুমিৎ অহুনি। অয়ুক ওস্তা মাগী মুপানা লাউরকই—য়েনখা-লুখা কাশি অমাংবও করিও লৈরিবসি খরা শেংদোক য়াদ্রো?

ফুক হৌগৎলি। নহান মপাম চৎত্রিঙৈদগী লৈহৌরবা মচাগী অমাংবনি। শেংদোক্কেদি খল্লম্বনি। লাওবহুদা অহুমক কাওদ্রে। মা ভাণ্ডদে, য়োৎপাক অমা পাইরহুনা থোক্লকই।

ইকং কংশিল্লে, লৈপাক্তা ওন্না পকশিনদ্রে, অমাংবহু য়োৎপাক অহুনা লৈপাক য়াওনা কোংথোকই। অহানবা খুৎথা অহুমক্তদা মখোল অমা তারকই। থোইনা খল্লুদে। অমুকসু তারকই।

কোকচাওবী কাই পিশক। মুন্না য়েংই। উরকই অকংবা অমাংবা মরক্তা তোঙানবা মচুগী পোং অমা। মীরক-নারক য়েংলগা অমুক্তমু লুকথহুনা য়েংই। শোয়দ্রে, মচু অদো সনা খূদোপ অহুমক্কনি।

১৯৭৮

## লৌখোং মন্ত্রী, ভয়া কেশো

মহৌশানা তোমাল য়াহৌ ঙনগল্লি। ঙসিদি হান্না ঙন্দুনা লৈবত্নগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না ঙল্লে। অহিংতুমা তূম্বা শুকয়ামক হেক য়াখিদবনি। থোঙ হাংদোক্লবদা মমত্তুনা লৈরম্বত্নদা অমুক ফমুংদা চঙশিন্দুনা ফম্মী। বেড়ী মচৈ অমা চমখৎলি। মাগী মুপী, অমম্নুং মচাশিং পুম্নমক তূমলি। থোঙনাউ তোইনা হাংদোক্লুনা য়েংই। মঙাল থজিক থজিক লাক্লে। মাগী মুপীবু হৌদোক্লকই—তোম্বী, তারিবরা নঙবো হৌগৎনবা তৌরো।

মিকপ থোক্লকই তোম্বী। থেঙদ থেঙলবোই নীংই। মমিং পাংথোকই। ইমম মমলগ্বত্ন উবদা শাউরকই—কৈদোগে নোংতদি শ্বানখিশনু।

তোমালদি হৌগৎথ্রে। শুমাং-থেল্লোং, য়েনথা-লুখা, লৈরক-কোনশাং শিং নাননা শিংতোকক্লে। পুম্নমক লোইরমলগা ইমুংদা চংলকই। কনামতা হৌগৎলমদ্রি। লাউরকই—নখোয় অহুম লৈরোকো। অচৌবা, নখোয়গীসি তৌগে হায়রুনা তৌরিব্রা? উশিংত্রিবা হায়রুরা?

তোমালগী মুপীহু ঙৈহাক উরোন তৌরুরমাল্লে। ইফিং ফিংনা হৌগৎলকই। খুমলকই—তারে, তারে।

—অচৌবহু হৌদোকলকউনে। লফু অনীদং য়াল্লু হায়য়ু। ঙাহুস্থ শেমদোইপা য়ারে। মী থবক চিনপ্রবা পোৎনি। ঐখোয়গীদমক ঙাইবিয়ু য়াবা নস্তে। পুং তরা মখায় হায়হু হেক্তা তাশিল্লকদবনি।

মপানা ঙাঙবহু তাবদা অচৌবা তুম্বা য়াদ্রমাল্লে, হৌগৎলক্লে। তুমশিং ফা কাৎতবগী শাউরং-ঙৈরংনৈ। অহুবু রাদি ঙাঙদে।

তোমাল মথস্তা ঈরাং-লাঙই। থবক্তি লেপ্তে।

—মাই পিশক হায়হুনা ঙস্তা লাকউকো হায়রগা নেক্তা নেকপা অতাক্লৈ।

মাগী মুপীহু তাহুনা লৈবা ঙমদ্রমাল্লে খুমলকই—কৈদৌগে, নোংঙান্দা ঙাইরি মরাই লাকচনিয়ে। মী অনীথক্কী চাক থোংবু কয়াম কুইনি হায়গে?

তোমাল মখোয়দৌ প্রোক প্রোক চাকই।

—নখোয়বু কমদৌশিগে? লাকদৌরিবসি মন্ত্রীনিনে, মন্ত্রী।

—মন্ত্রী 'ওইরগু ফাত্রি ওইরস্থ নংনি। নংনবা ঐখোয় তৌরিদনা।

ঙসি তোমাল হোইগী খুন্দা লৌখোং মন্ত্রী খুনগী অনৌবা তৌবা লৌখোং শঙ্গাবা লাককদৌরি। ময়ামদদি মন্ত্রীনি। অতুবু তোমালগীদি ভয়া কেশো। পিশক পিকঙৈদগী তিন্নরকপনি। স্কুল অমতদা লাইরিক তম্মীন্নরকই। পাখঙ্‌ ঙইরিঙৈগী ভয়ানি। মখোয় অনী অমনা অমবু ভয়া কৌনৈ।

চহী অনী ফাজিল্লকদৌরে মবানি উন্নখিদবা। কেশোনা মন্ত্রী হেক ওইখিঙৈদগীনি। নহান নোংমতংদি খুনসিদা মহাক লাকনি হায়বত্থুদা চংলুই। মত্থুদস্থু মশা উন্নরক্তে। মাগী মুপী লৈমা থেংনরকই।

তোমালদি ঙকপ্‌ ঙকলুরে লৈমা উবদা। মশক খঙলুদ্রে। কুচুকাত্থু ভৌরোক ভোথোক্লম্লে। মহৌশাগী মহৌশা গ্রোং গ্রোং চংশিল্লি। মুপী অমনা খামলকই—অহল, কদায়দনো চংলিত্থুবো?

অত্থুকা তাদে কৌরকই—লৈমা! লৈমা লৈত্রো?

মুপীত্থুনা শাউরপ্না চৈরকই—অঙাওবরা করিনো, মীনা হায়স্থু তাদেনে।

খোন্দাত্থু তাবদা শাউরে তোমালত্থু। ওনশিল্লকই—কনাদনো নুঙনা অঙাওবা হায়রিদো?

লাইবক ফবনা তাঙ্গাত্থুদা লৈমত্থু ইমুংদগী থোক্লকই। তোমাল উবদা ইঙক ঙকলুরে। মুপীত্থুনা মখা তাথরকই—মীনা চঙখিন্নু হায়রকা তাদেনে।

লৈমনা খামই—ক্লারে, ক্লারে।

তোমালনা ন্নারৌবগা লোইননা খুমলকই—মীশক খণ্ডদা শারদনা। মানা ঐবু অঙাওবা কা হায়ন্নদনা।

লৈমনা থেমজিল্লকই—খণ্ডদত্থনা তৌন্নিবনি। শাউবিরুম্মু তাদা। ইথা থাজদনা করি থবক্কীনো?

—ভয়া উন্নগে লাকপনি। চোংলম য়াম্না চাদেদা, কোম্মোংদা ফংলে, নখোয়গী সিফাইশিং অসিনা চণ্ডহন্দদনা কয়াম কুইরে লেপলক্লিবা। লাকলোই, মতুংদা খক লাকলোই।

লৈমনা নোক্লত্থনা অমুক থেমজিল্লকই—মতুংদদি তৌন্নরোইয়ে তাদা লাক্কনি হায়বা খণ্ডহৌদত্থনা ঐখোয়স্মু হায়হৌদ্রে। মতুংদা তাদা লাক্লবদি থিংবা য়াদে হায়জগে।

—হোয় অত্থম তৌন্নবা অমা য়ারে।

তোমাল শাউরম্বা পুম্বা ফখ্রে। মহাক্না পুরকপা থাউ অত্থ পীশিল্লি।

—ঐগীদা য়ানবা লৌউনি। নহানমুক মুনবদস্মু থিল্লকে খনবনি ঙমদে। ভয়াদি লফোই য়াম্না পাম্বনি।

—কৈদৌনা অস্মুক য়াম্না।

—হ্মুয়েং ভয়া খুন্দা লাক্কনি হায় চুম্বা?

—চৎকনি হায়বনি। ঐস্মু য়াওরক্কনি। তাদ হোইদস্মু চংলকসি হায়নরিবনি।

—অত্থগীনি লাক্লিবসি। হ্মুয়েংদি অঙাংশিংস্মু পুরকউ। ঐখোয়দা চাক চাসি।

তাঙ্গা অত্থদা হ্মুপী অমা চংলকই—সাহেবনা কৌন্নিয়ে, ইনমবেম্মা।

চেনশিনখি লৈমা।

তোমাল কাহ্নদা মথন্তা ফনা কুইনা ফমলে। চা গীলাস অমা অঙাং অমনা পুথোক্লকই। মহ্ থকচিল্লি। অঙাংহ্নদা হায়খি —লৈমহ্ ঐ চৎলগে হায়য়ু।

ফনা কুইনা অমস্মু ঙাইরে। লৈমা মপান্দা মুপী কাঙবু অমগা ৱারী শাহ্ননা থোকখিবা উই। তাঙ্গা চারে খল্লহ্ননা কৌই—লৈমা 'হ্নদি নবুং চৎলগে ?

—চাকা ফাল্লবরো ?

লৈমদি কাউবু কাউরুরে।

—থক্লে।

—সাহেবতু থোক্লকনি হায়বদাই, থোক্লকত্রিবরো ?

মহৌইববাদগী সাহেব ওনখিবা তোমালনা ঙসি তারিবসিনা অহানবনি। তোমালনা খুমলকই—শংদ, তৌরি ওইরিনি। নহাক থেংনরবনিনা উন্নদ্রবস্মু য়ারে। হয়েং থেংনদৌস্মু লৈরে। ঐ চৎলগে। থেংলবদি গাড়ী য়াম্না চিল্লি।

তোমাল খোঙ থাংবা হৌখি। অমুক ওনশিন্দুনা লাউরকই —অঙাংশিংস্মু পুবিরকউকো।

লৈমা খুমহৌই—হোই, হোই, এনশাং হাওহনবীরস্মু।



তন্দে মান্দে তোমালগী মচাহ্ লফু অনীখক য়াল্লুরে। মপাদা হংলকই—কদায়দা কৈদৌদৌরিনো শে ?

—কোম্থোংদা য়ুংগদবনি।

মপা মচা লফুহ্ চিংবোই থাংবোই কোম্থোং তাম্না পুথোক্তুনা য়ুংলুরে। মখোং অহ্ ৱাই নিংথিজনা তৈশিল্লি। নিংথিজনা

কেঙদোক্লবা সনাবুল অমা খিনজিল্লে। থবক অয়াম্বা লোইশিলক্লে। বেড়ী মচৈ অমা চমথৎলদুনা ৱাখল অমুক তৌই। মী অমা কোম্থোংদা তুবৎ ফাওদুনা চৎখিবা য়াদে। হংহৌই—পুং কয়া তাপ্রে, হা? অরাপ্পদা মাইক খোংবা তাই। করি করিনো লাউরি। লৈকাইগী মী কৌরকই। খুন অদু ঈরাং-লাঙই। মাইক্তা লাউ-খোঙবদু ভাবদা তোমালস্নু লাউরকই—তাব়বা লাউরিশে। মতম য়ৌশিলক্লবনি। ইবেমপিশকতু খৱা থুজিল্লু হায়য়ু।

মচা মুপাদা অমুক ওনশিল্লকই—অচৌবা নঙস্নু ঙা শেম্বদু লোইরদি ময়াম তৌরিসি খৱা য়াওরুচো। করি করি হায়রম্বা তারুচো।

—কৈকানোদা, অচৌবদু শাউরপ তৌনা লাউরকই—মখোয়গী ৱাথিশিংদু তানিংদে।

তোমাল ফ্রং শাউগৎলকই—মী বুদু, তানিংলবস্নু তানিংত্রবস্নু লাক্কদৌরিবসি, মন্ত্রীনিনে। অদুগীস্নু মথক্তা নপাগুম্বা, ঐগা চাক চাকলুক অমতদা চামিন্নরকপা।

—মন্ত্রীনি হায়দুনা কৈকান্নদোইনো। ঐখোয়গী করি তৌবিরক্লবগে?

—নখোয়দা লাইরিক তমহল্লিবসি শেল পাম্মুইদা। নখোয় গুম্ব নশাগী কান্নবতা থিবা কাঙবুশিংননি মন্ত্রীশিং অসি মাঙহল্লিবসি।

তোমাল লাইরিক য়াম্না তমহৌদ্রে। ক্লাস আইট ফাওবদং তম্মীন্নরকপনি। তম্মীন্নরকপদা নত্তে। থান্নরকতবনি। মন্ত্রী কেশো খ্বাইগী মন্ত্রী ওইরবস্নু মাগীদি ভয়া কেশোনি। মতম

অমগীনা এক দেহ এক্তা প্রাননি। মতম কয়া অমস্তু, কেশোনা ইম্ফালদা লাইরিক তম্বা চৎখিঙেদা কায়নরুরে। তোমালগী মপাহ্ন লৈখিদঙেদগী মহাক্তি মথা তমখদ্রে। লৌ-শিং উহ্নুনা লৈরে। কেশোনা তোমালগী মপুকচেল থঙই। মবুধি-মরোশিংস্তু থঙই। তোমাল লাইরিক তম্বদা থরায় য়াওবমুক থবক্তস্তু থরায় য়াওই। শেল য়াম্না পাইদে, অহ্নবু চাবা থকপা লেম পানা কোন্নে। মচা মশু লাইরিক তমহনবা ঙম্মী।

কেশোনা লাইয়িক তম্বা লোইরহ্নুনা খুন্দা হল্লক্লবা মতুংদস্তু অমুক হন্না তিন্নবগী তাঙ্গাদি ফংদ্রে। লম্বী তোঙান তোঙানখিব-ননি। অহ্নবু থম্মোয়গী মরীদি তংনবা নত্তে। মরক মরক্তা নহা ওইরিঙৈ, মুমিদাং লৈকাই কোয়মিন্নরিঙৈগী রা নীংশিংলুবদা মুংঙাই। কেশোবু কাউবা ঙমদে। মহাকী মুপী চেনবা হাক্তকতা কেশো জেল ফাওবা চংখি। তোমালস্তু কেশোগী মুপী লৈমা অসিগী হাক্তকতা চৈ কয়া চাখি।

পূম্নমক অসি কাউথোক্লহ্নুনা য়ুমপানবগী পাক্লবা সমুদ্রদা লুপনরুরবা তুংদা কেশো তোমালগীদা লাকখি।

—ভয়া, হুন্দকী ভোটসি কমদৌসি হায়বা?

—করি তৌসিগে, ভয়া?

—ঐখোয়গী এম, এল, এ সিবু পেল্লিবরো?

—পেন্দে হায়হ্নুনা কৈদৌরুনি?

—মী অমা থাগৎশিন্না হায়মী?

—কনা থাগৎতোইনো? চপ মান্নে। কনাবু লৈগে?

—ঐদি ঐ ওইনা চোংথোক্লসিরা খল্লবনি।

—ভয়ানবু চোংথোক্কনি হায়রবদি, ঐ লৈরিসিদি। নখোয়গী খুপ্পাওত্নদা লেপ্প্রু। ঐখোয় শোমগীসিদি, লোইনমক হায়বদি হেঞ্জিনবা থোক্কনি। আইটি পাসেন পীবা ঙমগনি।

—ঐখোয়রোমগীদি লেপ্লবনি। নখোয় শোমদগীবু আইটি পাসেন ফংলবদি কাবদি শোইদ্রে।

—অদুগীদি ঐ লৈরিশিদি।

হায়বগা তৌবগা চপ মান্নে। চহী অদুমক্তদা অহানবা ওইনা কেশো ভোট কাখি। ভোটতুদা তোমালনা কেশোগীদমক লৌখিবা থৌদাং অদুদি অঙকপনি। ময়ামবু হায়নখি ভোট লেপ্লিবসি কেশো নত্তে তোমালনি। তশেংনমকস্তু তোমালগী খুন্দগী ফংখিবা ভোটশিং অদু তোমাল য়েংহ্নুনা থাদখিবা ঙাক্তনি। চহী অদুদদি তোমাল ভোটকী চেল্লিঙৈদা লৌ ফাওবা মীঙোন্দা শান্দোক্নুনা উখি।

ভোট লোইখ্রে। ভয়া কেশো, এম, এল, এ কেশো ওইখ্রে। কেশো মাগী মরূপপু কাউদে। এম, এল, এ ওইরিঙৈদা তত্তুনা লাকই। অদুবু মতুদা খুদোংচাবা লৌরগা মশাগী কান্নবা থিবা তোমাল নত্তে। কেশোনা এম, এল, এ ওইরগা তোমালদা তোংজরিবসি করিনো ?

মাগী মুপীমক্না তত্তুনা হায়।

—মতুংদদিনে মখোয়গী ভোট কাদু খিৎ য়াওবিরম্তু। মীনা হুংশিদনবা।

—কনানা কৈদৌরগে ?

—লোইরে লাইশ্রম ইমুংসিনা ঐথোয়গী মরমদা ভাগুলিসি। তশেংবস্নুনি। ভোট লোইশ্রবা মতুং চহী কয়া হৌথ্রবসি ফাওবা লাইশ্রম কোল্লুপকা চঙনদ্রি। লাইশ্রম কোল্লুপ্তা নত্তে। কৌনদবা ইমুঙ কয়া খুন অসিদা লৈরে। ভোট মমাঙদদি লৈরম্বা নত্তে। অহূবু মখোয়শিং অদো এম, এল, এগীদা চৎতুনা ওইজ ওইথক লৌই, ব্রানোম্মী হায়বদি তাই। তোমাল মহূদা করিম্নু নাচুংবা তৌদে। মহাক্কীদি হামু হামুনি। লৌ অহূম উই। ব্রাচৎ-ব্রানোম তৌদে। মহাক্কী মরূপ মপাংশিংনহুম তত্তনা হায়—নঙনা লবুকসিদা লৈংন্দুনা লৈদৌ শরুক, এম, এল, এগীদা চৎলগা, নঙলা নচাম্নুপারা অমা থবক পাইনবা তৌ। খুদোংচাবা হায়বসিদি থক হল্লকত্তবনি।

তোমালনা নাপলগা লোইননা খুমলকই—ভয়ামরুস্ন অপাম্বা অমা হায়য়ু হায়হুনা হায়রিবনি। ঐনা অহূম্না তৌথ্রবদি মীনা করি-হায়খিনি। মীনা মশাগী ওইজবা থি হায়রোইদ্রা ?

নাকল অমদা মাবু য়েংশিল্লিবা কাঙবুনদি শন্দোক্লি,

—উরেদনা তোমাল হৌই কুচু কুমেনগা থোক্লিসে। মাবু অস্নুম তৌরম্বরো। ময়ুমগসি তিন কুপথ্রে।

তোমালগী থোইদোকপা গুণ হায়ববু শাওগন্দবা খাঙবা কনবা অসিনি। মীনা হায়নবা পুম্বা তাই, শাউদে। হৌজিক্তি এম, এল, এ

ওইবদৈ হেন্দোক্তুনা কেশো মন্ত্রী ওইগ্রে। মসি ফাওবদসু তোমালদি করিসু অহোংবা লৈতে।

꙳

পাউ তারে মন্ত্রী লাকখ্রে। খুন পূম্বা হুপ্না চৎনখ্রে। তোমালদি চৎতে। মচা মুপাহু নমহুনা থাখি। থৌরম অহু হেক লোইবগা চাক চাবা য়ানবা শেম শারি। ঙাঙই—খরা থুজিল্লু। মন্ত্রী থবক চিনবনি। কুইনকা পন য়াপোৎতে।

মন্ত্রীদা নত্তনা লৈকাইগী অহল অনী অহুমসু বার্তন তৌই। ভোটতা য়াম্নমক রাজখিবা ঙাক্তনি। মখোয়দি কুইরে লাক্তুনা লৈরবা।

—তাদা করিমতা হঙ্গোইবিরুম্নু। য়াম্না চম্বনি। তাদহোইনা হায়নিংবা হেক্তা হায়বিয়ু।

মী অমতা তুবৎ চৎ য়াদে হংই—কয়াম রাংহৌরি, ইবুংঙো?

মহাক্কী মতৌ অহুদা অহল অমনবু হায়—ইবুংঙো তোমাল ঙৈহাক পোথাও মরাইনা লাকচরনি।

অহুকা তাদে। কোম্বোংলোমদা অমুক থোকখি। থাপ্না য়েংখিবদা লম্বীদা উফুল রা রা কারকপা উই। তোমাল ময়ুমদা পরপ পরপ চংশিনখি। অহলশিংহুদা পাউ পীরুই—মন্ত্রী লাক্লে, অমুক্তা ওকলুশি।

চন্দন চন্না ইরং লং অহলশিংহু উরিরোম মচুগী খুদৈ অমমম মরেংবান্দা য়াল্লহুনা থোক্লকই। তোমালহু নোকফেং নোকফেং গাড়ী লাক্লিবহুগী মায়কৈদা য়েংহুনা লৈ। গাড়ীহু নকশিলক্লে। য়ামগ্রে গাড়ীহু, সিফাইগী গাড়ী ওফিসারগী গাড়ী, ঠিকাদারগী গাড়ী। মরী, মরী থৌজিল্লকই।

হায়না হায়না য়ৌশিলক্লে। লম্বীগী উফুল অঙকপা ফংনা হৌই। করম্বা গাড়ীদা মন্ত্রী তোংবা উবা ফংদে। মখোয়গী মপা য়ৌরে। অদুবু গাড়ী অমতসু থামদে। অমা হেন্দোকখি, অনী হেন্দোকখি। মথং মথং হেন্দোক্লুনা চৎখ্রে। গাড়ী মখোন তাখিদ্রে।

উফুল মখৈ কাহৌরে।

তোমাল চপ লেপ্তুনা লৈ। নাকন্দা অহল অহুমহুসু লেপ্লি। অমনা হায়রকই—মন্ত্রীগী গাড়ীদি য়াওখ্রেনে, ইবুংঙো।

তোমাল খুমদে। মুংশাশ্বর অমা শাংনা হোন্দোক্লহুনা হায়রকই—লেঙশিল্লসি তাদা, চাক চথোম অমমমতং চামিন্নখিসি।

১৯৭৩

# দাৰ্জিলিংগী চা

লাকচখিবগী মুংঙাইতবা অমগা লোইননা মেরাজাউ নোংমা চঙনা চেকশিন্না নপ্পবা তন্না চংপী নোট অহু পায়রন্থনা মী কোম্বা, মৈ ঙানফাৎতবা দুকান থিন্নি। হায়দোক্কদবা ইকাই মেন্না।

—কয়াদা লায়না অপঙ শিন্নবা!

নীংশিং-নীংশংলিন্নগা খোইশাওনবা হেঙ্গৎলকই। মপূকচেন শেংনা ভন্না য়াওদ্রে হায়রমলমদি অস্থক মুংঙাইতবা তৌরমলোই। মুমিদাং অহুদা লাপথ্রবা মকম অহুদস্থ থিলহনবা, নোট শেগাইবা অমস্থ পীরম্বা। অহুতস্থ নত্তনা লুপা মরিস্থ তরং তরং হন্দোকখিবা। মসিদবু কনানা শাউনীংলোইদৌরিবনো।

—মীনদি ঙমলগা ঐনদি করিগী ঙমলোই !

পান তুকান অমদা চংশিল্লি ।

—এক পান, মিথা পতা, জরদা—একশো বিস ।

নোট অদু থাদে। কা মতপ অদু হুকচিনবতা ঙাইরি। তুকান্দারদুনা হায়রকই—নোটসি অমতা শিনবিরম্মু, ভয়া।

—কৈদৌরবগে ?

খোন কল্লপ হায়রকই মেরা। মী অনী অহুম তুকান্দুদা চংলকই। খোন নেমথৈ—কৈদৌরগেনে ? হৌজিক্তা হোটেলদগী হল্লকপনি।

ঙাঙনা ঙাঙনা ফুরিতখাউদগী লূপা চৎপী নোট অমা লৌথোক্তুনা থাদে। মখা তারমদে নীংবা কায়না থোক্লকই কাদু চপ চপ শাইরদুনা।

হনগেদি নীংদ্রি, মেরা। তুকান অমদগী অমদা চৎলি। লাইবক য়েংই। মপা ইচুম চুমদে। অমুক্তা কা লৈ, অমুক্তা চুরূপ, অমুক্তা মিথাই। মচিৎ মচিৎ লূপা মরি মঙাদুম শুথ্রে। পাউনা বাজার, টিকেন্দ্রজিৎ রোড থুংলে।

থঙ্গাল বাজার তমলকই। ফুটপাটকী মচি অমদা মুপা অমথক চা মনা য়োন্দুনা লৈবা উই। পোৎ শিৎত্রবরা খঙদে হকাম রা রা চল্লি। মেরা চংলকপদুদা ফুক হৌগৎলকই। সন্ধ্যাগী থুলাংখাংদদি কৌরগে মতাগুম।

—হায়বিয়ু বাবু।

মেরানা মুপাদুগী মমাংদা পৈরিবা চা মনা পেকেট অমা পাইথৎলদুনা হংলকই—থরা চাউবসি কয়ানো ?

—মাপল মখায়তনি বাবু। দার্জ্জিলিংগীনি। থক্লগা খঙগনি।
নুপাদুনা অকায়বা পেকেট অমদগী চা মনা খরা লৌথোক্লগা পীরকই।

—য়েংবিয়ু মনমসি, বাবু।
চাদু মনম নমলগা ফুরিতখাউদগী তরা চৎপী নোট অদু থাদৈ।
—অচোইবদি অমতা ভাদেবু বাবু।

মেরা, মপুকচেন চাউরকই—য়ারে য়ারে মখায় অমদুবু। হন্না য়েংলমদে মেরা পাইথোক্লকই মনাকুদগী। মথন্তা শোল্লি—তশ, কমদৌই!

মাই পাকপগী মিনোক্কা লোইননা ময়ুমদা হল্লকই। মপুক্লীংদু খরা হেক ঈংথৈ। ময়ুম হেক য়ৌবগা চা মনা পেকেট অদু মাগী নুপীদা পীশিল্লি।

—গীলাস অমতং হাওনা লোল্লকউ। মনা য়াম্না হাপলুদু দার্জ্জিলিংগীনি।

নোকমী নোকমী মফি হোংই মেরা। ফুরিত কুদাম লৌথোকপ-ফাওবা লোইদ্রি মাগী নুপীদু শিথ শিথ নোক্লদুনা মমাঙদা লেপলৈ।

মেরা ইঙক ঙকই। হংলকই—কৈদৌরে?

নুপীদু খুমদে। অদুম নোক্লি।

—কৈদৌরগে হায়মী?

খুম্বা ঙমদে মেরাগী নুপীদু নোক্লি। মমায় ফাৎতোক্লবা চা পেকেট অদু পীরকই।

মেরাহ্ মাগী মুপীগী মতৌহ্‌দা শাউনিংবগা লোইননা চা পেকেট অহ্ লৌহ্না য়েংই। মিকুপ্তুদা শাউনিংবদগী ইকাইবরোমদা ওহ্ম্বি।

হোরাই মকুম্না থন্না য়াওবা চা পেকেট অহ্‌গী মন্নুংদা চে মচেং অমা য়াওরি। মতুদা ইরি—দার্জিলিংগী চা। ✿ ১৯৭৩

# ইন্সপেক্সন রিপোর্ট

থবক চঙবা প্রমোসন কাবগী মমলনা চেঙ, হৱাই, থুম-থাউগী মমলগুম মমল নাইরবা মতম অসিদা শেলা তিংহৌদবহুনৱা খঙদে প্রমোসন ওডর উরবা ফাওবদস্লু থাজবা ইঙম ঙমদে। শেন তিংহৌদবসিগীস্লু মরম লৈ। ইমান্নবা পুম্নমক্তি নহান্না অা য়ৌগ্রবনি। হন্দক্কীদবু হুন্দোক্লস্বা য়াদবগী য়াওরকপনি। অসিমক্তদা নোংমা মুপা অমা লাক্তুনা খোই থাক্লে।

—ওঝা তোস্বা, হন্দক ওঝা খরা এ, আইদা প্রমোসন পীগদৌরি ওঝাস্লু য়াওহৌনবা হৌনবী খরা তৌদনা।

থবক তোক্লমদাই হয়েংত ঙাইরবা মতমসিদা প্রমোসনগী

করিগী মিহৌবা লৈত্রে। অতুগীস্মু মথক্তা মখোয়গী হৌনবীদু তৌনবা শেনস্মু লৈজদে। অতুনা খুমখি—য়াওরে ফরে, য়াওদ্রে ফরে। ঐগীদমক্তদি থোইনা খনবিরুরম্মু।

মুপাতু নীংবা কায়না হনখি। মখা তানস্মু লাকখিদে।

ইকুই কূইদনা পাউ তারে প্রমোসন লিষ্টতা ঐ য়াওরে। খজিক্তদা নানথোকহৌই খোইতুদগী। প্রমোসন ফংবদা মুংঙাই-রোইদবা থবক তৌবা মী লৈবা হৌনদে। ঐস্মু অতুমঙাই। য়ামদ্রবদা ওফিসকী কেরানিনা থীনা থীনা লাকচবা, জগতকী মরান পূম্বা হৈজিনফম ওইবা স্কুল ওঝা হায়বতুমক্তি ওইররোই খল্লুবদা খরগা হেন্না নুংঙাই। মসিগী মথক্তা মথৌ তৌদ্রবা ঠিকাদার ওঝা, ব্রানোম্বা ওঝা, স্কুল কাদবা ওঝা মচা-তরাগী মথক্তা য়েংশিন্নবা হক খরদি লৈরে খল্লুবদা অমুক্তা হেন্না নুংঙাই। ইথৌ তৌজরিবা, শেংনা ওঝা ওইজরিবা মীওইশিংদা মখোয়না লক্কখিবদো, করেম্ন-খিবদো ঙসি ফাওবদা নাকোংশিদা ঙংতুনা লৈরি।

—"হন্দকী ওঝাগী নেসনেল এৱার্দসিদি ওঝা তোম্বনা শোইদ্রে।"

মখোয়তুগী মথক্তা তাঙ্গা ফংলবদি লমন খুম্নবগী খুদোংচাবা লৈরে হায়বসিদনি ঐনা প্রমোসন অতু লৌখিবস্মু।

স্কুল ওঝা ওইরম্বদগী ওফিসতা চঙবা পুমনৌ নৌবা মথেল অমনি। থবক হেক পায়বা হৌবগা মুম্নিং তরেতনিগী মন্নুংদা ঐগী সার্কলগী স্কুল থুংনা চৎপা ঙমখি। অহানবগী খোঙচৎ অতুমদি শকথঙ মাইখঙনবা চৎপনি। স্কুল কারমদবা ওঝা কয়া থেংনরকই। অতুবু চুম্নতা হায়রম্মী "মতুংদা থেংনবা তারবদি লেম্না তোক্লোই।"

থা অমগী মন্নুংদা নুমিৎ তরামঙা স্কুল খুদিং চৎতুনা য়েংবা নুমিৎ তরামঙানিনা ওফিসতা কমতুনা থবক শুবা ঐগী ইথৌনি। টেনটেটিভ টুর ডাইরী পীশল্লগা য়ুমদা কমতুনা লৈবা, লম্বীদা থেংনবা ওঝা খরদগী পাউ লৌরগা রিপোর্ট ইবা এ, আই অমদি ঐ ওইগে খন্দে। ঐগী হৈজদবা খঙজদবনা অমনি ওঝা ওইরিঙৈদস্থু থরায় ফাওবদি য়াওজবনি। অতুনা অনীশুবা খোঙচৎ থুনমক অমুক হৌরম্মী।

মমাঙগী খোঙচৎতা মওং চাদনা লৈহৌবা স্কুলশিংগী মন্নুংদাময়াই লৈকায় প্রাইমারী স্কুলস্থু অমনি। অহানবমক্তদা স্কুল অতুদা চৎলে। ফনা ঙন্না থোক্লকপনি। স্কুল য়ৌবা মতমদা অয়ুক্কী পূং ৭ খরা হেল্লে। অতুবু স্কুল অতুদদি য়াম্না ঙল্লম্লি। ওঝা অমত্তা স্কুলতুদা উদে। লমপাক্তা অঙাং ময়াম শান্নরি। খরনা স্কুলগী ডাড়ীদা তোংলতুনা খুল্লোকপী শান্নরম্মী। খরনা থৌরী চোংলি। খরনা স্কুলগী ফক্লাং অহোবতু ফাওদোক ফাও-দোক্তুনা অমাংগোই তান্নরি! অঙাং অমদা ঐনা হংই, নখোয় ওঝাশিংদি ?

—হোটেলদা।

হায়নরিঙৈ অতুমক্তদা ওঝা অনীখক চঙলকই।

—নমস্তে, ওঝা।

হেড পণ্ডিত অতুনা অঙাংশিংতু কা মন্নুংদা তানশিনথি।

পূং কয়াদা স্কুল হৌবগে ওঝা ?

—পূং ৬'৩০ দনি। ঙসিদি খরা থেঙদোকপ্রে।

থংনবা কাদগী অঙাং অমনা লাউরকই—ছুটি চেনপ্রে ওঝা।

হেড পণ্ডিত অদু চেম্থোকখি। ঙৈহাক লৈরগা ঙাঙল-ঙাঙলদুনা চঙলকই—ওঝা লেঙলকপদুদা হীদাক কাপ্পা লাক্লবোই নীংদুনা চেল্লিবনি।

ঐনা মখা তানা হংই—ওঝাদি কয়ানো ?

—মঙা, হেড পণ্ডিতনা খুম্লকই।

—অদুম অমদি ?

—অমদি লাকপু লাক্লে।

লাপতক্লা অঙাং পোবী নুপী অমা লাকপা উই। হেড পণ্ডিতনা শক তাক্লকই—ওঝা থম্বো, ঐখোয় প্রধানগী মমৌনি।

হেড পণ্ডিতনা শক তাকখি—ওঝা তোম্বা, ঐখোয় সার্কলগী এ, আইনি।

ওঝা নুপীদু ইপা পাখৎচৈ। নমস্তে তৌরকই। মাগী নমস্তে ওক্লগা ঐনা হংই—ওঝাবু নুংতিগীগুম হায়না থেঙনা কাবীবরো ?

মপুকচেন্দি শেংই ওঝাদু। খুম্লকই—মমলিঙৈদগী হৌরগা হোৎনবনি, হেক্তা থেঙদোকখি।

এটেণ্ডেন্স রেজিষ্টারদা নুমিৎ নিপালনি সাইন তৌরমদে। ঐনা মখা তানা—হংই-নুমিৎ নিপালনিসিদি কাদ্রবা ?

ইপা পাখৎনা খুম্লকই—হে সত্য, সৈতন্য শাক্তি, থেঙলবসু থেঙনা কা কাওবদি কাজবনি সোই তৌজদবগী রানি। মপুকচেন মতাদু অয়ানবদি ঙাঙলমগদবা মানদে।

—সাইন তৌসিনবীয়ু। মতুংদদি খরা ওন্না কানবা তৌসি। পুং নিপাল হায়জিনগ্রে। ওঝা অনীদু মাগী মাগী কাদা চঙনগ্রে।

ওঝা অনী অমদি মতমতু ফাওবা কারক্রি। এটেণ্ডেন্স রেজিষ্টার সাইন তৌদবা মুমিং ৩৫ নি শুরে।

—সিনা কমদোবা ওঝা ?

—মাগী রাশি হায়নিংদে ওঝা। ওঝানা শুম ফৈ হায়বতু তৌবিয়ু। হেড পণ্ডিতনা খুম্লকই।

—থা অমমুকশি শুকলাকমক লাকখিদ্রবরা ?

—লিশাংশিংনা শুকলাকমক লাক্কে হায়বদি হায়জরোই নোংমফাদোক ফুৎ ফাওদোকলক্কনি। সোই ময়াম অমা নারোন্দা তৌশিল্লম্লগা অশুরাই ফাওবদং হায়রম্লগা মাঙখিগনি।

—মহাক্কী ক্লাসতি ?

—অরাকপা ঐখোয়না খর মেন, খর মেন্দা লেল্লি।

—ওঝা মশা শুই হায়তু অমতুদি ?

—মাদি অা ইস্ফালদগীনি। নোংমখক লাক্লম্লগা লাকখিদ্রে। ঐখোয়না তাবদা ইস্ফালগী স্কুল অমদা ইউটিলাইজ তৌগ্রে হায়। মহুৎসু থাবিরক্কে। তলব লৌবদি ওফিসতা হেক হেক লাকই।

তাঙ্গাতুদা অঙাং অমা হোবে হোবে চঙলকই। ওঝা, চাওবনা পিশক্কী মখজাইদা খুজীন্না শিকপিরে।

হেড পণ্ডিততু শাওরে। লাওখি—নখোয় ওঝা লৈত্রো ?

—লৈতে।

চৈশাং অমা পায়রগা চংখি। থংনবা কাদা শেং শেং ফুবগী মখোল তাই। ঙাঙ ঙাঙতুনা অমুক চঙলকই—চৈ হেক নংত্রিমখৈ য়োংগী মচাশিংশি লাকন ওম্বপোৎ নত্তে।

হেড পণ্ডিতনা ক্লাসতা চঙলিবা ওঝাদু কৌথোক্লুনা হংই—থরোদি ?

ওঝাদুনা খুম্লকই—ওঝাগী চা লৌরুনি হায়দুনা চংখি।

ঐস্মু ক্লাস য়েংনিংদুনা কাদা চঙলে। ফনা চাউবা কা মরিগী স্কুলনি। অদুবু ফক্লাংশিংদু য়াওদবদুদা কা অমতগা মান্নরে। ঐখোয় চঙলকপদা অঙাংশিংদু ফমলম্বদগী ফুক হৌগৎলকই। উফুলনা কাদু মমই। চাইরিবা চে, নূং মচা, কোংকুৎ ময়াম শঙ্গোলনা খরতুম ফরমগনি।

ঐনা হংই—ফান মখৈদি কদাই চংখ্রে, ওঝা ?

—তেকখ্রে, খরনা হুখ্রে।

—চৌকিদারদি ?

—লৈতে। হান্না লৈরম্মী হাকুম শিখিবদগী মহুৎ লাকত্রে।

অঙাং অমনা লাউরকই মনিংদগী—ওঝা মপান থোকউগে। খুম্বা নংদে ফক্লাং অহোবদু ফাওদোক্লুনা থোকখি। য়াম্না পিক্লিবা অঙাং অমা কাদুদা কপ্লকই। কাচিন্দা অঙাংপোবী নুপী মচা অমা লেপলিবদু উই।

ঐনা হংই—অসিনা কনানো ?

মঙাশুবগী ছাত্রিনি। পুরকনু য়াদে। অঙাং লৌবিনিঙাই লৈতে, স্কুল কাগনু হায় হায়দুনা পুরক্লিবনি।

ওঝা থরোদু করি করিনো অচা অথক থরা পুরগা লাক্লে। অহল অমসু লোয়নরকই। প্রধাননি হায়। থুংলবগা নমস্তে তৌরকই। হেক থুংলবগা কোইলাঙ লাঙই।

—নখোয় চাকাহ্ পুরক্লো এ, আই সাহেবকী।

তাঙ্গা চারে হায়দুনা হায়হৌই—খুন্না প্রধান, কায়ন্নিবা হোন্নিবা ফক্লাং, ওঝা কাদ্রিবকাশিবু ইয়েংমক য়েংবিদ্রমালেনে?

—এঃ লাইরিক হৈবশিং অসিনবু ঐখোয়না হায়বা ন্না লৌবিরবদি লোইরেদনা। সরকারগী স্কুলনি, ইবুংঙোখোই সরকার লৈরিনা।

—সরকারবুদি লৈরি। অদু প্রধান সাহেবহোইগী ইচা-ইশুস্থ মতম্নিবনি খজিক্কংদি য়েংবিবা ময়াই হায়বগী ন্নানি।

প্রধানদু নাপল অমগা লোয়ননা মখা তারকই—এঃ ইচা ইশুকাদি অঙাং মাঙনি হায়দুনা সরকারগী স্কুলদা তমহল্লে। মমাঙগী চহীদা খুঙ্গা ময়াম হৌদনা ইংরাজী স্কুল অমা এম এল এ সাহেবনা চিয়ারমেন, ঐনা ভাইস চিয়ারমেন, ঐখোয় হেড পণ্ডিতনা সেক্রেটরি ওইদুনা লিংখৎলে।

—হেড পণ্ডিত সাহেবকী অঙাংশিংস্থ অনৌবা স্কুলদুদা তম্বা?

হেড পণ্ডিতদু করিমতা নাচুংবা তৌদনা খুম্নকই—মমাঙগী চহী ফাওবা স্কুলসিদা তম্নমই। হন্দক্কী চহীসিদগী স্কুলদুদা তমহনখ্রে।

তাঙ্গাদুদা ওঝা থরো চঙলকই।

—ওঝা,, চা ফানখিসিদো।

ঐনা খুমই—ঐদি চা থক্তে, ময়াম থকপিয়ু।

ঐস্থ ক্লাসতগী থোক্লে। পুথম অমদা কিং বোল মঙা তরুকা

চা গীলাস মরি মঙাগা লৈরম্মী। ওঝা ঐখোয়গীসিদি লল্লায়নিনা কয়া জুগোৎ চাবা নত্তে। অচৌবা হোটেল অমতস্থ লৈতে।

হেড পণ্ডিত অহুস্থ মতেং পাংশিল্লকই—হান্নবা পাউ পীবির-ক্লবদি চাক ঈশিংগা থৌরাং তৌজরম্বা য়াবনি।

প্রধান্না মখা শমথল্লকই—হৌজিকস্থ মতম লৈরি। থৌরাং তৌ য়ারি।

মখোয় পুন্নমক ইরাং লাংই। ঐনা খামই—ঐ পুন্নমক ওকচরে তৌবিরুম্ন।

তাপ্পা অহুদা পাখঙ মচা অমা অনীখক চঙলকই।

—ইন্দোমচা কদাই থনম্মুগে ?

—শিদা পুরকউ।

মুপা মচা অনীহুনা কোবী ফুল অচৌবা মঙা তরুক পয়ানা লেংহুনা পুরকই। ওঝা থরোনা মখা তারকই,

—ঈঝোলদা হৌবনি, ওঝা পীজনিংহুনা।

ঐ শাউস্থ শাউনিংই, নোকস্থ নোক্লীংই। ঐনা খুমই,

— ঐ ওফিস য়ৌজরুখিনি, পুজরোই।

নৈনরিষ্টৈদা পুং ৯ তাশিনখ্রে। ইবা য়াবা ইরে। ঐদি অহুমক হায়দোক্লম্মী—কারকত্রিবা ওঝাসিমদি এক্সন লৌবা তারে।

নমথোক্লবা এক্সপ্লেনেসন কোলগী চে অহু মেনশিল্লগা কপি অমা হেড পণ্ডিততা পীরম্লে।

—মুমিং মঙানিগী মন্নুংদা ওফিসতা লাক্ত য়াদে হায়য়ু।

অমুক পম্বরমত্রে। সাইকল তোংলহুনা ওফিসকী লম্বী পাংলক্লে। তশেংনমক বীভুলানি স্কুলহুদা তৌরিবহু। শোরকা

ইস্কুল ফুনগৎপগুম তৌই। কনাগী অঙাংনো হৈগদৌরিবা। ওফিসতবু কুইনা লৈরমদ্রে। রিপোর্ট অতু ইন্সপেক্টরদা পীশিল্লগা য়ুমদা হল্লক্লে। ফনা শাথিনা হকচাং অসি চোকথৈ। লমশাং চৎপগী রাবনে, চাক্লগা লাম্বনে।

পুং ১ তারে ঐনা য়ুম য়ৌরকপদা। কোম্হোংমকুদা স্কুটর অমা থারম্মী। ঐ ইঙক ঙক্লে, মাঙ্গোলদা কোবী ফুল ময়াম অমা লৈরম্বতু উবদা।

—কাইদৈনো সিদি ?

ঐগী মুপীনা খুম্লকই—আ ইবুংঙোসিনা পুরকপনি। ঐগী কাদা মুপা অমা ফম্লমই। ঐ উবদা নমস্তে তৌরকই। ঐ মুপাতু উখিবগুম তৌরে। হংবা নংদে মুপাতুনা মখা তারকই—ঐ জাতুমনিনি। ময়ায় লৈকায় প্রাইমারী স্কুলদা ওঝা ওইজবনি। ওসি স্কুলদা ওঝা লেংলক্লম্মী হায়। ঐ থেংনবা ঙমহৌদ্রে। এম, এল, এ সাহেবকী থবক অমা চৎত য়াদতুনা। চাক ঈশিংকা অমত্তা তৌদনা লেংগ্রে তাবদা মুংঙাইত্রবনি।

ভাব খঙতা তারকই। থা অমা হেন্না কাদবা ওঝা অতুনি। ঐনা হংই—ওঝাদি ঙসিদা নত্তমাল্লে। থা অমা হেন্না কাদ্রমাল্লে।

—হেড পণ্ডিত হন্নুবতুনা হায়রি ওইরিনি। মানি কাদ্রিবদি।

ওঝাতুনা খুম্লকই। মখা তানা ঐনা বেগতগী এটেণ্ডেন্স রেজিষ্টারতু পুথোক্লতুনা হায়—কনামতনা হায়বা নত্তে ওঝা এটেণ্ডেন্স রেজিষ্টারসিনা হায়বনি।

—সোই তৌদবগী রানি, নোংমা তাঞ্জা চাবা অমদা তৌগে হায়তুনা।

হনবা লৈত্তে ওঝাতু চেনফম লৈত্রবতু ফাওবা চেন্নবা হোৎনরি। চাক্কা লাম্বনে, ন্নাঙাং শঙাংতুনে। ঐ খোয়দৌশি লংখৎলকই। করি হায়বিনিঙবা ?

নোফেৎ নোকফেৎ তৌরতুনা খুম্লকই—থবক তৌনরিবা মশেন্নি। এক্সপ্লেনেসন অতু অদা কোইথোক্লু্দৌ শরুক ন্না তেন-শিন্নরসি হায়জগে লাকচবনি।

ঐগী অপাম্বগী মায়োক্তা ঙাক্তনি মানা হায়রিবশিংসি। অতুবু মফম চাদে খন্দুনা ঈংথজরে। ঐনা হায়—ওঝা ওফিসতা ওইনা ন্নারী শারসি। ঙসিগীদি রিপোর্ট পীশিল্লম্লে।

ঐনা হায়বতুকা তাদে ওঝাতু। ওন্ন-ত্তৈননা ঐঙোন্দতুম ধমকা তৌরকই—কান্নদেদা, এ, আই সাহেব, ন্নাসি তেনশিন্নবা ফৈ। শাংদোক্লুরগা ন্না কায়নরকনি।

ঐস্নু মীনি। শাউদনবা ফনা হোৎনবনি খোন্দাতুদা শাউদবা ঙমদ্রে। হায়দোকপ্রে—লেঙঙো, থরা থুনা লেঙঙো কুইথরবদি কয়া ফরোই। নঙনা অপাম্বতু তৌরকপা য়াগনি।

অতু ফাওবদস্নু হন্দে ওঝাতু। মীগী খোইদৌশিকপা মীনোক অমগা লোয়ননা খুম্লকই-অতুদি নঙস্নু তৌনিংবা তৌরকউ। য়েংনা তারেদনা।

ন্নাগী মতৌতুদা শাউনিংবদি লাইরতুনা ইঙকত্তুম ঙক্লে। ঐনা চঙক্লরিঙৈদা মহাক থোকখিবা খঙহৌদ্রে।

নীনিগী মতুংদনি অহল অমা লাকখিবতু। মশক কাবক কাবক খঙবগুম তৌই। ওফিসতা য়াম্না তোয়না লাকপা থেংনৈ।

অহল অহ্নুনা অমুক্কা খোইদৌ শাউগৎহল্লে। ঐগীদমক ব্নাবীরহ্নুনা অহল অহ্নুনা হায়রকই—

ইবুংঙো এ, আই মতমসি ফত্রবনি। মান্নরুন্নু কান্নদে। নঙনা ঐনা লায়েংবা ঙম্নরোইদবা লায়নানা নারবনি মতমসি। সমাজ অসি নারবনি। লুপা ২০০ অসি লৌশিনহৌ। নুপাহ্নু নঙ ঐনা লাক্ক ঙম্বা নত্তে। ঙঝা অমনা শারিবা য়ুম, তোংলিবা গাড়ী নঙ উরেদনা। মতমসিদা খুয়া তুশিংনা হিংগে হায়রবদি মীৎ খরা তাঙশিন্ন, না খরা পঙশিন্না লেনবা ঙাই। তলব শোয়দ্রগা লোইরে।

খোয়দৌ শাউগৎহ্নুনা লৈরিঙৈহ্নুদা মহাক্কী উশিং থঙইদবা ব্নাঙাং শঙাং অহ্নুনা অমুক্কা হেন্না অথোম্নরে। তথি তথি চৈরশিন্না খল্লি। অহ্নুবু ইয়ুম হেক ওইবহ্নুদা পাঙ্গল থোকপা ঙমদে। ঐনা হায়খি—ব্নারৌ য়াদে। তাদা অহ্নুগী ওইব্নবদি লেঙঙো। ঐগীদি হায়খিবহ্নুনা লেপ্লবনি। মখা তাবদি ইথক থোংবা ময়াম লৈরি।

অহল অহ্নু থোইনা নাচুংদে। মমায়হ্নু মচেৎ অমফাও ঙাঙদে। ফরে য়াত্রবনিনা চৎলেদনা হায়রম্লগা চৎখি।

এক্সপ্লেনেসনগী থান্নবা মুমিৎ অহ্নুনি। পুং ১ ফাওবগী মন্নুংদা হায়বনি। অথেঙবা ফাওবা লাকত্রে। ঙাঙলম শকলম্বা ব্নাহৈশিং অহ্নুনে, উশিং থওইদনা ইব্না লৌবিদবগী শাউনিংবনে ঙপথবা য়াদ্রে। ইন্সপেক্টরগীদা চঙলে। ব্নারী পুম্নমক লীরে। ইন্সরেক্টরনস্নু য়াবিরে। হায়্নরকই—তলব থিংউ।

খুদক্তা তলব থিংবগী চে থোক্লে। ব্নাখল কাবক মুংঙাইনা য়ুমদা হল্লক্লে।

—য়েংগে হায়বা কয়াম কুইনা লাক্ত ওমগে ?

মগুক ফাওবদি ওখাক কনবা ওঝানি। নোংমতা লাকখিদে ওফিসতা। চেহ্নু ফংথ্রে হায়বদি তাই।

তলব মতম লাক্লে। তলব ভাইহুনা ঐস্থু ওফিসতা ফম্লি। চপ্রাশি কুল্লো চঙলকই—ওঝানা অমুক্তা চঙবীরকউ হায়য়ে।

পন্দনা ঐ ইন্সপেক্টরগীদা চঙলম্মী। মী অনীখক ফম্লমই। অমদি ময়াই প্রাইমারী স্কুলগী ওঝাহুনি। অমনা ঐগীদা নোংমা লাক্লম্বা অহল অহু। ঐ উবদা ইন্সপেক্টরনা হায়রকই—লেঙশিল্লু ওঝা জাহুমনিনা হৈ মহী লৈগে হায়রিয়ে।

ঐ ভাব খঙত্রা তারকই। হায়নরিঙৈমক্তদা হৈ মহী পুশিল্লকই।

ঐনা ব্রা অমত্তা হায়দ্রিঙৈদা ওঝাহুনা ইন্সপেক্টরদা ওনশিল্লহুনা হায়রকই—ওঝা, চে অমতং ইবিত্রগদি।

পন্দে ইন্সপেক্টর করিনো খরা ইরগা পী। ঐঙোন্দা ওনশিল্লকই—ইবুংঙো এ, আই হন্দমুক্তি ওঝা জাহুমনিসি ঙাকপিরসি।

ঐনা করিগুম্বা অমা হায়গে তৌবহু ভাব তামাল্লে চে চবুন অমা পীশিল্লকই। চেনা অহুম্লি। অমনা এম এল এগী ডি, ও অমনা প্রধানগী, অমনা হেড পণ্ডিত অমম্বুং ওঝাশিংনা স্কুল কায় হায়বগী চে।

ইন্সপেক্টরনা মখা তারকই—চেশিংহু ফাইলদা হাপচিল্লু। ইন্সপেক্সন রিপোর্ট অহুদি মাঙহনখ্রো।

অনৌব ফম কাবগী অহানবা থেংনবা পড়ানি। কাহুদা মিকুপ অমা ফাও পন্থরমদনা খোক্লক্লে। ইন্সপেক্টরনা লাউহৌই—ইবুংঙো ভোম্বা হৈ মহী লৈরে।

খুম্নমই—য়াজরে ওঝা।

খোঙকাপ মরি মঙাবু থাংদ্রি অহল অতুনা হায়হৌবা তাই—মৌ অনৌবীগী ব্লাই খুতৈ হায়বতুনি, মরাইনা ভাব তাজরকথিনি।

মখোয় অহুম ব্লা লাউনা নোকথি। চোংশিন্দুনা মখৌরি মেৎলশিরা শ্লল্লি। তাঙ্গাসিদা চপ্রাসি কুল্লোনা হায়রৈ—কেসিয়ারনা তবল লৌবিররো হায়য়ে, ওঝা।

নীংশিংলকই অহল অতুনা নোংমা হায়রম্বা ব্লাহৈ—মতমসিদা খুয়া তুশিংনা হিংগে হায়রবদি মিৎ থরা তাংশিন্না, না থরা পংশিন্না লেনবা তাই। তবল শোইদ্রগা লোইরে।

স্বর অশাংবা অমা হোম্বরগা খাঙই। কেসিয়ারগী লম্বীদা খোঙ থাংই। অতুবু থন্দবদি ঙমদে—ঐবু স্কুল অতুদা ইন্সপেক্সন চৎখিদ্রা। ❀ ১৯৮৬

# মুকথ্রবী,
# হঙোই অমসুং লিন

থা তরুক্কী মতুংদা হঙোই অহু লৈমুংদগী থোক্লক্লে। লৈশৌপুংহুদা তোংলহুনা মুমিদাংৱাইরমদা মুকথ্রবীশিংনা মপাং থিবা থোক্লকপহু ঙাইরি।

ঙাইজমনগী কান্নবা ফংজরে। শক্তি লৈবা হাইগৎলাং পানবা মরৈ অহু তিংথোক্লহুনা অমমমতা ওইনা ফারগা য়োৎশিল্লি মখুন্দগী পাইথোক্লকপা মুকথ্রবীশিংহু। কয়াদা নুংঙাইজরবা! চোম্থরবা মপুক্তু শোরে শোরো চিংলহুনা কুমথরকই লৈপুংদগী।

মতৌ অহু উবদা লৈক্রক মমুংদগী মকোক থিন্দোক্লকই মহু পানবা লিন অমোম, মরৈ তমলহুনা। মমিৎ কুপ্তে, মতিন চোথরকই। শিথ শিথ নোকই হঙোইহুগী মতৌহু উবদা চরাম্নরবা লিন অমোমহু শিথ শিথ নোকই।

১৯৭৩ 

## কাকী মচা কাক
## উরোকী মচা উরোক

মাঙোল উখোকতেন্দ ঙাম্রিবা খুবাকমুক্তা পাকপা মিংশেন্দুদা য়েংলত্তুনা চন্দন থিল্লি ইবেনি। কৈথেল কারমদাইশিদি হোবে হোবে হাথু-হাথু ঙাক্তনি।

—মিংশেল 'সিদ শিনগে হায়রবু থিবোংদা কিং-কিং নমশিন্দুনা তোক্লে।

মথক্তা মরুম মুরুম শোল্লি। হোবে-হোবে মরকসিদা মীয়াই ওইপ তৌবী মুপী অমম্তু য়াওরে।

—ইবেম্মা! নঙগী থবীত্তু লুপা অমতে খাইরম্মু। নঙ তাদত্তু চমফুং চানিংই হায়রে।

—লুপা অমৈ থবী কন্নম হায়না তমদোইনো খঙদ্রেদ্রা।

—ইবেমশা নখোয়স্থু হাকমল্লেদা লুপা অমৈবু খায়দ্রবদি।

—ঐখোয়না হেন্না য়োম্নিংলিনি। চিংদ তৌরিনি ইচে।

—হোয়নে, হোয়নে মতমগীনি নঙনা থোকপা পীরম্মু।

—ইচে ওইবগী খায়রবনি।

—য়াম্না শিংৎলকউসে।

মুপীহু চংশ্রে। কা নৈবা চংলুবা মচা মুপীহু হাথু-হাথু চেল্লকই।

—ইমা! ইমা! নহানরাইগী পুপুদো লাকহৌই।

—কনাই পুপুনো?

—মশা য়াম্না চাউবা ঈম্ফালদৈদো।

—হৌজিকপো অস্থুক থেংগ্রকান্দ।

ইবেনি খঙই। মহাজন শেলুং শোয়দনা ওইরমগনি। অস্থুক কুইবা চহী অনী হেল্লবসি লাকউদ্রগা, কন্নিগীনো ঙসি! মরম অমদি শোয়দনা নৈরমগনি।

নোংমতংদি লম্বীদা থেংনখি। হায়রম্মী,

—কেশতো ঐখোয়না শোয়দনা ঙমলগনি। মীহাৎপদো মফম লৌথোক্লে। কেশ হেক লোইবগা ইশু মুপাহুগী মমিংদা লৌফম অসি পাল্লদৌনি।

ইবেনি, মহুদা থৌইনা হয়াওবা তৌদে। মপুক্লীংদা থক্লি-কন্নিবু কাম্নরুদগে। জেন্দবু পীরবস্থু, থবকপু লৌথোক্লবস্থু। অঁস্থুক হল্লকদবস্থু নত্তা।

অহল অহুনা মখা তারকই,—ইবেম্মা ব্লারবস্তু ব্লানা মতম খরদংদদি খাঙলো। ঈপা, নোংমা চংথোরক্কে। শে লুপা চাম্মসিদং ইশুশিংগী মফি মরোল লৈবিয়ু।

অহলহুনা লুপা চাম্মাখক পী। ইবেনি লৌরক্কে। হায়রম্মী, —দরকার লৈরকান্দ হায়জরক্কে।

হায়রম্বগী ব্লানি নোংমতম্ভ্র চংলুদে ইবেনি। ঙৈহাক খঞ্জার্ম-রুরগা মচা মুপীদা খোঁদারকই,

—ইবেম্মা! চিনি মখায় অমতংগা লৈরু।

ইবেনি তপথরে। নোংম ফাদোক লাকপনি, খঙনা খঙনা করম্মা উন্নদনা চংকনি। খবী থুমোক অহু মাঙ্গোল কাচিন্দা খাংজিল্লে। ফদি অমা পায়রহুনা থুম্মোক মনাক্তা ফমথে। অমমমতা ওইনা খবীশিংহু লৌখংলহুনা তৈথোকই। মমিংনা কোম্মোংদা য়েংই।

—খজিক্তুং থুনা লাক্লদি ফনিদা।

কাউগে খন্না কাউরুরবনি মাঙগী ব্লা, মাঙগী খোঁদোক। অহুবু ঙসিদি মমিংতা ঙম্না চোংথোকলক্লে। হংহুনতা লাক্লবা ব্লাহং অহু ঙসিস্থ হংলি—ঐনা কনাদা করি লানখিহুনা অস্থক তমথিবা চৈরাক অসি ফংলিবা।

১

মচানুপী অহল অসি পোক্লবা মতুং কাইনথং ফাওবা মাগী মুপাহু খবক অমত্তা পায়য়ু য়াখিদে। ফনা নৌহুনা হায়জহুনা য়েংই।

—করিনো, খবক অমত্তদি পায়নবা তৌশি।

য়াইমা খুমদে।

—লৌপরি অমতং ওইরবস্থু পায়রবদি, মী হায়র য়াম্বা নত্তে। চাবা ক্বাওদি লেম পানা কোম্নগনি।

—লাঙ্গোলদুতং পায়রোই হায়বগী অস্থুক কুইবসি চরা নাম্মতা চারক্বাও খাঙলক্লিবনি।

খুঙ্গংদা পোকপা, খুঙ্গংদা লৈবা লৌমী মচা অমনা করিগী লাঙ্গোল পায়রোই হায়না লেপলিবা? মসিগীস্থু ৱারী লৈ।

লৌমী ওইজরবস্থু, খুঙ্গংদা পোকচরবস্থু য়াইমগী মপাদু মমিংতা লাইরিক ময়েক খরা উজগৌই। মহাকথক লৈত-লায়রগী মৈশানা মনীং থুংনা মহৈ তম্বা ফংলকখিদে। অদুনা মচা মুপাসিমতংদি চরা নাম্মতা চারবস্থু লাইরিক-লাইশু হৈবা মীওই অমা ওইহনগে হায়বসি মাগী মঙনি।

চহী তরামুক শুবা অদুরাইদা য়াইমবু ইম্ফালদা থমদুনা লাইরিক তমহল্লম্মী।

—মেট্রিক হেক লোইদ্রিক্বাও য়ুমদা হল্লক্কে খনগন্নু।

মপানা চেৎনা শিনৈ য়াইমদা। অস্থুক চেৎপা ৱা অমা মপানা মঙোন্দা করিগী শিন্নরিবা! মপানা হিংলিঙৈদা খঙহৌদ্রে শিগ্রবা মতুংদা খঙলকই।

য়াইমাগী মপাগী মতৌ অসি উবদা মাগী মরুপ-মপাংশিংনা, শেল পুংগে হায়রুবদা মহাজনশিংনা তক্তনা হায়রকই; চরা অনীগুনা চাবা ফংদবা নঙনা কৈ কাম্নদোইনো, নচা লাইরিক তমহল্লুদনা। মেট্রিক লান ঙমদৌরিব্রো? ক্বাক্কী মচা ক্বাক, উরোঙ্গী মচা

উরোক, লৌমীগী মচা লৌমী। শিদৌ থল্লায়নি অদুই শরুকপুদি লৌরা ইথোল্লা অমা পানবিয়ু।

খুমদি খুমলমদে। মপুক্লীং কিশি কিদুনা লাকখি—নখোয় পুম্নমক্নী মমাংদা অমুক্তংদি হায়দুনা। অদুবু মঙতা মঙ ওইদুনা তোকখ্রে। চাউরবা মাইথিবগী চৈনাখোল পুদুদা য়াইমগী মপাদু লৈখিদ্রে। চৈনাখোল অদু য়াইমদসু ফাওহৌই। অদুনা লেপখি, চরা লখা হেল্লবসু ইপানা পামলমদবা শিনশিদদি শোকখ্ররোই।

অদুবু হিংবগী ফিভমদি নোংম, নোংমগী ফংচীল্লক্তে। মপা হেক লৈখিদবদগী লাইরিক মখা তমথবা ঙমদ্রে। মপাগী মঙ অদু মঙফাওনহনবা ঙমদ্রে চহী তরাহুমদোই তরামরিতা ঙাইরিবা লৌমী মচা অমনা মতম অসিদা করি তৌবা ঙমলুগনি। ময়ুমদা হল্লক্লে। চহী খরগী মতুংদা ময়ুম পাল্লে। মচা নুপী অমসু পোক্লে। ফিভম অসি নোংম নোংমগী লুশিলক্লি। য়ুম পুবগী লুমলবা পোৎলুমমা মকোক থক্তা ননথরক্লে। য়াইমগী নুপী ইবেনী মপুরোইবগী পুকচেল খঙ্বা, খাঙ্বা কনবী মৈতৈ নুপীনি। খাঙবা য়াবা খাঙদুনা মপুরোইববু পেন্নবা হোৎনজে।

অদুবু, ইবেনি মীনি। নোংম ফাদোক শাউনিংবা নুমিৎতদি ৱাহৈগী লাল হৌরকই। ৱাকৎলকই ৱাকৎফম থোকপা নুপীগী ৱাকৎ।

—নুপা নত্রো থাকউদনা।

ৱা য়াম্মা ঙাঙদে য়াইমা। তেনশিল্লকই—ঐগীদা লৈবা নুংঙাইত্রগা, নঙনা পাম্বা তৌখো।

ইবেনি, মখাদি তাখিদে। দাবী পীবা ঙমদ্রবা মুপাগী মুংগুক মুংজানবা মতৌদুনা হেন্নদুম নীঙঙমলক্কে।

করি মুংগী হায়রুরবা।

ঙসিস্ু অসুম্মক তাবগুম তৌরি ঙাঙথোক্কনা ঙাঙলকপা মাগী মুপাগী মচু চেল্লবা ৱাহৈ—ঐঙোন্দা লৈদনা নঙ য়াম্মা ৱারমাল্লে।

—কনানা হায়রিবা অস্ুক মুংঙাইরিবসিদি।

পুমঙ্গঙ ঈঙখি, পুমপেন পেন্নখি ৱাহৈ অমমমতনা থম্মোয় অনী অদো!



—মখায় অমগী টিনিনি হায়য়ে, অমুক থাকফাও কোম্নরোই।

চিনি লৈবা চৎলুবা মচানুপীদু অমুক হল্লক্লে।

—ইবেম্মা! ঈশিংদু খরগা শাহন্দুনা থম্মু।

মচা মুপা স্কুল কারুবদুসু হল্লক্লে।

—ইমা! ঈশিং থক্কে।

গুমাং মতোন্দগী লাউরকই।

—চাক চাবদা থক্কদবনি। চাক পীয়ু হায়য়ু নচেদা।

ইবেনিগী আশা হায়ববু মচা অনী অসিতনি। মপা হেক লৈখিদবদগী মচা অনী থাকপা, শেম্বগী ভার পুম্বা মকোকথক্তা আরে। মচানুপীগীদমক্তদি থোইনা খল্লুদ্রে। মচানুপা অসিমতংদি মপানা নীংজরম্বদু থুংহনগে হায়বসি ইবেনিগী অচেৎপা অনীংবনি।

২

মচানুপা অসিগী হাকতক্তনি, মাগী মুপানা পুকচেল ওনখিবদু।

—থবক অমা থিদ য়াদ্রে।

ইবেনি পুম্নঙক ঙকখি। মহাক্না কয়ারক হায়জ থেমজহুনসু ওলহনবা ঙমখিদ্রবা পুকচেল অহু মচামুপা অসিনা কয়াদা লায়না ওলহল্লক্লিবা।

—অঙাংসিমতংদি শেমদা য়াদে।

ইবেনি করিমতা থূমখিদে। মপূক্নীংদদি হরাওবগী ঈথক কারকই।

মুমিৎ নীনি হুম্নি মুকী মতুংদা অমুক হায়রকই।

—হয়েংদি চাক ঙস্তা থোংউ।

—কৈগীনো ?

—থুরাইবুংঙো শেলুংগী ঐখোয় বাজীনা উরম্বা লৌক্ষম অহু ঐনা উব তারে। পরি অমনি। চে চাং পুম্নমক ইনরমলে। লুপা চাম্মাস্থু ফো ওইনা তমগে হায়হুনা লৌরক্লে।

—লৌক্ষমহুদি শগোলশেমগী বোকুলনা উরি হায়দায়নে ?

—লৌশান পীদে হায়হুনা শৎতোক্লে।

—কৈকাননোদা। মরী-মখোঙ শেংদবা থবক তৌগুমসি।

—নঙ থঙপোৎতে। মশানা য়াহুনা চে-চাং পুম্নমক ইনরবনি।

—হৌজিক কানসিদ ঐদি কিজগ্রে।

—করিদি তৌনি? ইচা করম শেমনি। কদায়দৈ চানি। মথা করি তারুনি ইবেনি।

কুম অনী ওনগ্রে, য়াইমনা লাঙ্গোল পায়রকপা। লেম্ক পাবমক নংত্রবসু চরা অনী কাওবদি পুক থল্লা চাবা কংজরে।

লৌ মতমদা লৌবুক কুমগনি। অতৈ মতমদা মচা-মুপা স্কুল থিনদোক-থিনজিন তৌগনি। মচা লাইরিক তাকপীগনি। শাম্নমিন্নগনি।

চহী অনীগী মতুংদনি। নোংমা মহাক্তন্দু লাকখি।

—ইবুংঙো য়াইমা! লৌহু কমদৌরি।

—খুরাইবুংঙো! ঙসি তরানিমুক লৈরগদি খাওবা ময়ারনি।

—মতুদগী মুম্বিৎ নীনি হুম্নিকা ঙনখৎপা য়াররোইদ্রা?

—করিগীনো? খুরাইঙো!

—শুম তৌবনি। লৌক্ষম অসি নঙ বাক্সী লৈরিঙৈ চহী তরা মুক্বী মমাংদা কৈশাম দারোগা অমরদগী লৈহৌবনি। অস্নুক কুইবসি হায়রকত্রগা থনাপী কম মচা অমা পায়জৈ হায়বরা করিনো মচা মুপাহুনা মপাগী লৌনি মা অমুক হন্দোকচরগে হায়। ঐস্নু য়াই। মপা মপুগী ললনি লৌজশনু। ত্তৌবতদি চহী তরাগী মমাঙদা লূপা লিশিং তরেততা লৈবনি। চহী তরাগী শেন্দোই শেলেপ পুন্না থিয়ু নত্রগা লম শমদা লিশিং তরামঙা থিয়ু হায়বনি। মানা হায়ববু তরেততা য়োনখিবনি, অমা শেন্দোই হাপকে য়াত্রগা মুন্দুনা লৌগনি হায় হায়য়ে।

—মানা হায়রগা হেক্ত য়াবা নত্তেদা।

—নঙবু থেম্বা শোইদনা লাকখিনি। ধমকা কাস্নু তৌররনি। চেকশিল্লু হায়গে লাকপনি।

—মতুগীদি করিস্নু মুংশা থিবীরুনু। মথক্কী তৌবা ম্নাবহুতা তৌবিরকউ।

মুমিৎ তরেত নিপালনি লৈরগা পাউ তারে। লৌকম অসি কেশতা লৈরে।

নোংমা মহাজন্দু হোবে, হোবে লাক্নুনা হায়রে—মমুন কাবা কাদবা ওসি নীনি হুমনিসিদা ফৌ অসি থাওদবা য়াদ্রে।

মৈরিকপীদগী মৈজাওবী। নাকল অনীমক হন্নদ্রে। ইনাক খুনবা সঙ্গ লৈবা, খুকন পাঙ্গনবা ঙাক্কনি। করি তৌগনি য়াইমা! লামবা ফংদে। তূম্বা য়াদে ফৌনা মহাক্নী থরাইনি মহাক্নী আশানি। ইবেনিসু অতুমঙাই। মুপাগী রাবদা রাবা মুংঙাইবদা মুংঙাইবা মুপীগী হৌনশানি। মহাক খঙই মাগী মুপাগী মসিংজেন। অতুনা রাই, মুংশা থিজৈ। থেমজিনজৈ।

—মখোয় শেঞ্জাও পায়বা, সঙ্গ লৈবা ঙাক্কনি। খৎনগে হায়বমখৈ খৎনজসমু। শাউবিরুমু।

—মতু হেক য়াবা নত্তে। চহী অনী মহাজনগী চেঙ চাতুনা হিংলক্লে। খুদোংথিরবা কান্দা চেনগদ্রা?

—শামু অনী য়াথিন্নবদা হঙোইনা কৈদৌদোইনো? কান্নদেশো।

—তূম্মিন লৈয়ু, নঙ খঙপোৎ নত্তে।

লাউহৎলি। য়াইমসু খঙখিদবা নত্তে, মাগী মুপীগী রাতুদা অচুম্বা য়াওরি।

রাথোক অসি নোংম নোংমগী কনশিলক্লে। কেশ লোইদ্রিমখৈ নাকল অনীমক্না লবুক্তা কুম্বা য়ারোই হায়না হুকুম থোক্লে। মুংতিগী সিফাই লাক্নুমা শঙলরে। তিনফা-ককফৈ, নোংজু-মুংশা মরক্তা তূম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎতা উজখিবা লৌ, মতুনা মমুন ফাতুনা

মচুলাংশিলক্লবা মতমদা লৌফম চংবা য়ারোই হায়বসি তাবদা য়াইমা লৈফম-চাফম খণ্ডদ্রে। মুমিং মরি-মণ্ডানি লৈরগদি মমুন কারবা কৌশিং অদো চরোংদগী কেনগ্রগনি।

মাগী মুপীনা পাউ অমস্থ পুরকই,—হয়েং সিফাই শণ্ডছুনা লৌ খাওগনি হায়ছুনা শগোলশেম বোকুলনা মী খোমলি।

—বোকুলনা? মাদি করিগী?

—ঐদি নহানঙৌনা হায়জবছুনি। মানা উরম্বা লৌফমনি কৈগু মুংঙাইবা হৌনদে।

—ঐনা মুন্দুনা লৌবা নপ্তেনা।

—খণ্ডদে, খণ্ডদে, য়াওদ খিং য়াওবীরুরম্থ হায়রিসিনি। খোকঅবা অমা মরাই লাকচরনি।

অমরোমদনা মহাজননা হায়,—ইবুংঙো য়াইমা মীশিং অসি য়াম্না ফংত্রে। ইপাদি ফনা হনবনি। য়াদ্রবনিনা খেংনবা তারে। হয়েং অসিমক লবুক কুমদবা য়াদে। খাওবা, লোকপা গুম্নমক হয়েং লোইনবা ঢোৎনগদবনি। অপাম্বা পৈশা পীনি হায়থু, খুলং থিরু। বোকুল হায়বা থরোই অহামবা অত্থনস্থ শাক্তিনি কা হায়ছুনা চোংথোকপা শাই। য়েংউ! মাগী হুকুম হায়বছু ককলবনি। মাগুম্বনস্থ সিফাই শণ্ডছুনা লৌ খাওগানি কা হায়রদনা। কনানা খাওগে য়েংশি। ইপা লৈ করিমতা কিগমু।

য়াইমা করিনো তৌগদবা! মণ্ডগা চপ মান্নদ্রে। খুলং নেকম্বুবস্থ কেশ লৈব লৌফমনি হায়ছুনা অমতা য়াবিরকত্রে। য়াইমা মীনা গুাঙনবা তাই,—কেশ মীনা গুমগ্রে।

কনাগুম্বনা মঙোম্দা হায়রকই,—তা বোকুলনা হায়রিবদি কোশ মখোয়না ঙমলে হায়না ?

য়াইমা তপথকম খঙদে। অশাউবা অমম্পুং লাকচথিবগী মৈশানা মশা শিননা য়ায়রকই। খনবা মখৈ খল্লুরগা চপ য়ুংনা লেপলে—অহিংসিমক্তদা লৌ অসি খাওগনি।

কনামতনা থেম্বা তাদ্রে। থাঙ্গোল অমা পুত্নুনা লবুক কুমথ্রে। ইবেনি, করিনো তৌগদবা! মচা পিশক পিশক অনীত্নুগা করিদি তৌগনি। অহীং চুপ্পত্নুমা নোংঙানবা ঙাইত্নুনা লেনখি।

নোংহেক ঙানবগা মচা মুপাত্নু পোশিল্লগা লবুক তম্না থোকলক্লে। ময়ুমদগী লবুক ফাওবত্নু কিলোমিটর অমমুক্তি ওইগনি। চেনবোই-চোংবোই লাকপনা য়োৌখিবা খঙহৌদে। লাপতক্লা উই, মীয়াম অমা লবুক্তা লৈবত্নু। কোকচাওবী কাখি। অসুক ঙম্না কদোমদগী মীয়াম্নো!

মীয়াম কায়ত্নুনা চেন্নরকই। ইবেনিদি নকশিল্লগা উরকই মীওই অনীথক করিনো অমা মুন্নরিবত্নু। হেন্না হেন্না চংশিল্লি। খঙলে অমদি মাগী মুপানি। মহাক্লা লাপুক্লা কম্থি থোক্লা লাওখি,—করিনো, তৌরিবত্নুবো?

মীয়াম মরক খাইত্নুনা চেনশিনখি। লৈকাইগী মী খরনা ফাই,—কান্নররোই ইবেম্মা। নঙ চঙলুরব্নু।

কনানস্নু খামদে। ঙৈহাক্কী মতুংদা অহৌবা মখোল অমা তারকই। মীয়াম কায়ত্নুনা চেনথ্রে। ইবেনিদি চেন্দে। চপ লেপ্তুনা লৈরে।

মুপা অদু চেনখ্রে। মাগী মুপাদু তপ্না তপ্না তুথখি।

অদুক তমথিবা মিকুপ অদুবুদি ইবেনিনা করম্নদি কাউরক্লগনি। ঙসি মকস্থ মমিংতা শংশং উরি, গুলিগী চৈনা ফংলবা মাগী মুপানা ওন-থোইখিবদো, মরোন মরি থোক্তমখৈ লাউ খোংখিবদো।

—ইমা। ঈশিং য়াম্না শৌরে।

মচানুপীনা ইমুঙদগী লাউরকই। ইবেনি মপি তৈথোকই। কপই খঙদনা কপখিমাল্লে।

—ইবেম্মা। নঙ অমুক্তা য়েংলুচো। চংখ্রবরা

মচানুপীদু চোম্থোকখি। থবীশিং অদু তৈথোকপা লোইরদুনা ফি অমনা খুমজিল্লে। মতম য়েংই। মুমিং জুরি কুমখ্রে।

মচানুপীদু অমুক চেল্লকই।

—ইমা। শগোলশেম খুরা বোকুলগীদা ফমদুনা লৈহৌই। ইবেনি মখা তারকখিদে। মমিং তন্দন পাইবগুম তৌই। মখুৎতগী ফদি তাখি।

—তু ইমা! আদা থোক্লক্লে।

মহাজন শেলুং, বোকুল অদুগা মাগী মুপাবু নোংমৈনা কাপখিবা মুপা অদু। মরী মরী থোক্লকই করি করিনো ঙাংলদুনা মরী মরী চংখি মখোয়গী কোম্থোং লাননা। হন্নাফাও য়েংলমদে, মহাজন শেলুং। বোকুলদংদি ফলপ ফলপ য়েংলম্মী।

—ইমা! হোয়েন ঐগী লৈখা বোই অমা লৈরকউ।

মচানুপাহনা ইমুঙদগী চেম্মোক্লুনা হায়রকই। ইবেনি মিকপ খংথোক থোক্লকই। মিৎ পাঙনা পাঙনা মঙ মঙলুরে। মচানুপী-হুদি মমাগী মতৌহু হাইক্কেৎ ভাব তাবগুম তৌই। ইবেনি না অমতা ঙাংদে। মফি তনহোং হোংই। মাঙ্গোল কাচিন্দগী থবী থুম্মোক্তু মকোক্তা থোঙ্গৎলহনা পরপ পরপ থোকখি।

শুমাং মতোম্দগী লাউরম্মী,

—অঙাংহু পুখ্রিদকা কুমহনগম্নুকো।

ইং ১৯৮০ 

## ভী আই পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

॥ কোওনবা লাইরিক্শিং ॥

**খুমনলেম্বম ইবোমচা :**

১। শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোঙ্গেন শাবীগে ( শৈরেং )

ইং ১৯৭৪ দা ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা ফংখ্রবা।

**লমাবম বীরমণি :**

২। পিক্লিক পিক্লিক ( ৱারী মচা )

৩। চেক্লা পাইথ্রবদা ( ৱারী মচা )

ইং ১৯৮৪ দা নেসনেল সাহিত্য একাদমীগী অমস্যুং ষ্টেট কলা একাদমী মনা ফংলবা।

**খাংজম ইবোপিশক :**

৪। নোংরোক পাতান পৃথিবী ( শৈরেং )

ইং ১৯৮৬ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা ফংখ্রবা।

**এলাংবম নীলকান্ত সিংহ**

৫। তীর্থ যাত্রা ( শৈরেং )

ইং ১৯৮৭ তা নেসনেল সাহিত্য একাদমী মনা ফংল্বা।

**নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ :**

৬। মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা

(মণিপুরী সাহিত্য অমস্যুং থিয়েটরগী নৈনবা ৱারেংশিং)

**নন্দ হৈক্রুজম্বা**

৭। ঐগী মিং তাক্লিংদে ইমা ( শৈরেং )



নমাবম বীরমণিগী অতৈ লাইরিক

## পিকনিক পিকনিক

ৱারী মচা তরানিপালগী লাইরিক
অনীশুবা খুৎনম ১৯৯১,
মমল লুপা কুন

## চেক্লা পাইখ্রবদা

ৱারী মচা মাপলগী লাইরিক
ইং ১৯৮৪ দা সাহিত্য একাদমী অৱস্থং
ষ্টেট কালা একাদমী এৱার্ড ফংলবা
অনীশুবা খুৎনম ১৯৯০
মমল লুপা কুন

---



ডী আই পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল